প্রকাশক :-

শ্রীলৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ

অহান্ব সংস্করণ—

এপ্রিল ১৯৬৭

কোপি— ১০০০

মমল— পাকা—লুঃ ৪.০০

সাধারণ—লু ৩.৭৫

মুদ্রাকার —দি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস, পাওনা রোড, ইম্ফাল

## শান্তিপাঠঃ।

ওঁ সহনাববতু। সহ নৌভুনক্তু। সহবীর্য্যং করবাবহৈ। তেজস্বিনাবধীতমস্তুমা বিদ্বিষাবহৈ॥
ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

ওঁ পরমাত্মানা ঐখোয় অনিবু (গুরুগা শিষ্যগা) ঙাক্পিসনু। ঐখোয় অনিবু য়োক্পিসনু। ঐখোয় অনিমক্না বিদ্যাগী বীর্য্য (মতিক্) ফংজবা ওইজগে। ঐখোয় অনিনা তম্জবমখৈ তেজ লৈরসনু। ঐখোয় অনিমক্ অমগা অমগা য়েংথিনদবা ওইবসনু। কায়বদি ভুল তৌদুনা বিদ্যা তম্বিবদা অদুগা তম্বদা দোষ তৌনবদগী অমগা অমগা য়েংথিনবদু লৈতবা ওইরসনু।

---

## উৎসর্গ

হে জননি, মণিপুরি! তৎসম-তদ্ভব
বিদেশীজ-দেশজনা শ্রীঅঙ্গ লৈতেংবি!
অলঙ্কার-জ্যোতিঃ পুষ্প কচ্চরি নহাক্কী
চরণ অরবিন্দদা ভক্তিগা লোয়ননা।

গ্রন্থকার

---

# BIBLIOGRAPHY.

১। সাহিত্য দর্পণ
২। অলঙ্কার কৌস্তুভ
৩। অলঙ্কার চন্দ্রিকা—(শ্যামাপদ চক্রবর্ত্তী)
৪। অলঙ্কার-জিজ্ঞাসা—( শুদ্ধসত্ত্ব বসু )
৫। রঘুবংশ ( কালিদাস ) মণিপুরী অনুবাদ
৬। মেঘনাদবধ কাব্য (মাইকেল) মণিপুরী অনুবাদ
অহান্ব—অনিশুব খণ্ড
৭। বীরাঙ্গনা কাব্য ( মাইকেল ) " "
৮। কিরাতার্জ্জুনীয়ম্ ( ভারবি ) " "
৯। স্বপ্ন-বাসবদত্তম্ ( ভাস ) " "
১০। প্রতিমা নাটকম্ " " "
১১। প্রতিজ্ঞা-যৌগন্ধরায়ণম্ " " "
১২। মহাভারত—বিদুরনীতি " "
১৩। রামায়ণ—শবরীনা ঙাইবা " "
১৪। পৃথ্বিরাজ-নাটক " "
১৫। মাধবী ডা: কমল
১৬। থাইনগী লৈরাং-খ্বা: চাওবা
১৭। লৈ-চরোং—অ: ইবোহল
১৮। অঙাঙ্গী অনিশুব—সং:বোরমনি
১৯। ব্যাকরণ কৌমুদী ( ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর )
২০। ভগবদ্গীতা ২শুব অধ্যায়—
২১। Inter English Made Easy 1949. [K. Banarjee]
২২। অমর কোষ—চৌখাম্বা।
২৩। ভট্টিকাব্যম্—মণিপুরী অনুবাদ।
২৪। Good-English.

*The expressed opinion of Dr. Suniti Kumar Chatterji, National Professor of India in Humanities. (His letter of Novr. 9, 1968.)*

'Your book on Rhetoric ( Alankara Jyoti ) seems to be a pioneer work of its kind, and it is most excellent, quite learned and lucid in its exposition ; and one great value in your book is in this that you have given examples from Manipuri literature.'

# ভূমিকা

মণিপুরী কাব্যালঙ্কারগী মরমদা ছাত্র ছাত্রীশিঙ্গী অসুবিধা য়াব-মথৈ কোক্লনবগীদমক 'অলঙ্কার জ্যোতিঃ' কৌব গ্রন্থ অসি ইজবনি। মসিগী য়ুমফম্দি—সাহিত্যদর্পণ, অলঙ্কার কৌস্তুভ, অলঙ্কার-চন্দ্রিকা অমসুং অলঙ্কার-জিজ্ঞাসা—গ্রন্থ মরি অসিনি। মসিদা পীরিব—উদাহরণশিংসি মখাগী মহাকবিশিঙ্গী ওাক্তনি :—

(ক) মহাকবি কালিদাস—রঘুবংশ মণিপুরী অনুবাদ—লোন্দা হোংবা-অলঙ্কারদি original অদুমক্ লেওদনা লৈবা। করিনা—অর্থ মাল্লবনা।

(খ) মহাকবি ভাস—স্বপ্নবাসবদত্তম্, প্রতিমা-নাটকম্, প্রতিজ্ঞা-যৌগন্ধরায়ণম্, উরুভঙ্গম্ কর্ণভারম্,—মণিপুরী অনুবাদ।

(গ) মহাকবি ভারবি—কিরাতার্জ্জুনীয়ম্—মণিপুরী—অনুবাদ।

(ঘ) মহাকবি ভট্টি—ভট্টিকাব্যম্—মণিপুরী অনুবাদ।

(ঙ) বঙ্গ কবি মাইকেল্—বীরাঙ্গনা কাব্য, মেঘনাদ—বধ কাব্য-অহান্ব অমসুং অনিশুব খণ্ড ( মনিপুরী )

(চ) ডাঃ কমল—মাধবী অমসুং খ্বাই চাওবা-থাইনগী লৈরাং—অসিনচিংব অতৈ অতৈ লাইরিকশিং।

মওং—অলঙ্কারশিঙ্গী সজ্ঞ ( Definition ) ছাত্রশিংনা ইরাই-লায়না খঙবা ওশ্নবগী মওদা ইরি। অলঙ্কারশিঙ্গী মমিং অমসুং আলঙ্কারিক ভাষা ( Technical terms ) সংস্কৃতবাণী ওইরবসু খুদিংমকী মণিপুরী অর্থ অদুগা English synonym

পীরি। উদাহরণ খুদিংমক্ শব্দোক্পা ব্যাখ্যা তৌহনা পীরি। য়াম্না তোয়না শিজিন্নব-অকা৩বা অলঙ্কারগী খুদম্ মশা-তরুক্তগী তাদে ; কবিগুম্বদা তরাদগী হেন্বা য়াওই। খুদম্শিংসি নিংথিনা পাবদা birds' eye-view দা ছাত্রশিংনা থঙ্বা ওম্গনি।

সংস্কৃত অলঙ্কারদ নশুনা মণিপুরীদা শিজিন্নবা ইংরাজী Figure of speech সু খুদম্ পীহনা উৎলি।

মণিপুরী সাহিত্য ভাণ্ডারগী বস্তু অমা ওইননবগী সুধী শিঙ্গী মফম্দা লাম্থোক্চরি। লৌশিন্নিরবদি নোম্জবা মহৈ য়ানগনি।

অলঙ্কার-সমুদ্রদা ইরোইরি অপংব ঐনা।
মণিক্-মশুণ তাবদা ইথক্-থরা পাম্মুহনা।
গুণ-দোষ মুম্না থঙব জ্ঞানীশিংনা পাদোবনি।
অক-কন্তবা সনাগী মৈতদা চাংয়েনবনি॥

ইতি—

শ্রীলৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ

# অলঙ্কার-জ্যোতিঃ।

## ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।

### মঙ্গলাচরণ।

জয়জয় গণরাজ গণপতি গজানন।
ঙাথিয়ু ইমা ভারতি ! নচাগী হৃদিমুংসিদা ॥
সরস্বতি মহাভাগে বিদ্যাকমল-লোচনে।
বিশ্বরূপি বিশালাক্ষি বিদ্যাংদেহি নমহস্তুতে ॥
কাব্য-দেহ-অলঙ্কার-মহাসিন্ধুনা কদায়দা।
বিষয়্ খরত খঙজব ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা ॥
জ্ঞান তাদব মরম্মা লানৃঙমদব সাগরবু।
লায়িঙ্লি অপংব ঐনা খো-রা-শাদনা পোঙ্নবু ॥
বজ্র-বিদ্ধ-মণিমুংদা খোংপ-লংনা চঙ্বগুম্মা।
মানী-কৃপাতনা চন্দোরি সিন্ধুসিদা ঐনা ॥

মীওইবনা কী-য়োন্, লীক্-কোয়চিংব শেচ্ছাবদা মপোকী মশক অহু লংনা অমস্তুং কজনা উই, অহুগা য়েংবদা মিং পেন্নি। লংখংহৃব অমস্তুং কজহব কী-য়োমচিংব অসিবু খাইনা অলকার (লৈতেং) কৌনৈ। 'অলম্ করোতীতি-অলঙ্কার—'অলম্' ভূষণ (লৈতেং) অর্থগী খঙনৈ। (অমরকোষ) লৈতেং—কজবা ওইহনি হায়রুনা অলঙ্কার কৌই। মমাঙৈগী আলঙ্কারিকশিংনসু হায়রম্মী—

'সৌন্দর্য্যমলঙ্কার' ( বামন ) কজবা অলঙ্কারনি ; 'অলঙ্কারোহি-চারুত্বহেতুঃ' ( আনন্দবর্ধন ) কজবগী মরমত্থ অলঙ্কারনি। অরায়ব অর্থদা—কাব্যগী মশাপুম্ব চমৎকার ওইনা কজহৃব মরম্ অমুবু অলঙ্কার কৌই।

অমুগা, মীগী দেহগী অলঙ্কারদি মপান্গী অতোপ্পা পোৎনি। অম্বুবু কাব্যগীদি কাব্য-দেহগা ইতোৎ-তোৎনম্থনা দেহগী মচাক্কোনা লৈরবনি। কবিনা কাব্য শেম্বদা ইরোইননা অলঙ্কারস্থ অম্থম য়াওরবনি।

কাব্য— 'বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্'—( সাঃ দঃ ১।৩ ) রস-না আত্মা ওইবা বাক্য কাব্যনি। আলঙ্কারিকশিংনা কাব্যবু অনি-থোক্না খায়দোকই :—দৃশ্য অমস্থং শ্রব্য। দৃশ্যকাব্য—নাটক ; অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, প্রতিমা নাটকম্। শ্রব্য কাব্য—মহাভারত, রামায়ণ, বীরাঙ্গনা কাব্য, মেঘনাদবধ, রঘুবংশ-নচিংব। দৃশ্য শ্রব্য কাব্য অনিমক্ পদ্য, গদ্য নত্রগা অনি-য়াম্বব ( চম্পু ) মওংদা ইনৈ। পদ্য কাব্য মখৈ ছন্দ য়াওনা ইনৈ। ছন্দ য়াওবদগী পদ্য কৌবনি। ছন্দ য়াওদ্রবদি পদ্য কৌনদে। যেসা লোল অমদা রাগ-রাগিনী পান্দুনা শক্পদা তাবা মুঙাই অমুগা ইরিব লোল অম্থগী অস্তিত্ব ( existence ) মাঙদে। অমুগুম্না যেসা ছন্দ অমা ( সংস্কৃত, ইংলিশ, হিন্দি ) পান্দুনা পদ্য ইবদা কবিগুম্ব লোল অমগী অস্তিত্ব অম্থমক্ লৈ। লোল অম্থগী মশাগী হান্না লৈজবা ছন্দ অম্থগী মথক্তা অনৌব-অতৈ ছন্দ হাপচিম্বতনি। মহাম্দি তাদে। পদ্যগী ছন্দ ঈশৈগী সপ্পগুম্বনি।

**কাব্য-দেহ**— মথক্তা হায়খ্রে, কাব্য-দেহদি বাক্যনি। মপুং-ফাব ভাব ( sense ) কোংদোক্পা শব্দশিংবু ( words ) বাক্য ( sentence ) কৌই। অদুনা বাক্যগী দেহনা শব্দ ময়ামি। শব্দ ময়েক করামরম্না শাই। অদুনা শব্দগী দেহ ময়েক ময়ামি।

কাব্যগী দেহ অমসুং লোয়নব অলঙ্কারদি শব্দনি। শব্দগী শরুক অনি লৈ—মপান্দা হায়দোকপগী মখোন্ অদুগা মনুংদা অর্থ,—হায়বদি মপান্দা খাইনা তানরিব মখোন্ ( sound ), অদুগা মনুংদা মাগী অর্থ—খাইনা খণ্ডনরিব ভাব ( sense )।

## শব্দ অমসুং অর্থ

মীমাংসা শাস্ত্রদা হায়রি "শব্দ অমসুং অর্থগী সম্বন্ধ (মরী) নিত্যনি ( parmanent )।" হায়বদি শব্দ নত্তনা অর্থগী অমসুং অর্থ নত্তনা শব্দগী জ্ঞান ওইদে। অনি অসি মহৈ-মহৈ নৈ। শব্দ অমা ওইরবদি অর্থ শোয়দনা য়াওগনি, অদুগা অর্থ লৈরবদি শব্দ অমা শোয়দনা ওইগনি।

শব্দগী অর্থ কোংদোকব শক্তি লৈ; শক্তি অসিবু আলঙ্কারিকশিংনা বৃত্তি কৌই। বৃত্তি অহুম গুই :— অভিধা, লক্ষণা অমসুং ব্যঞ্জনা।

**অভিধা**— শব্দগী মুখ্য অর্থ ( মরু ওইব অর্থ ) কোংদোকপ বৃত্তিবু অভিধা কৌই। শব্দগী মুখ্য-অর্থ মপুং ওইনা য়াওব গ্রন্থবু অভিধান কৌনৈ।

অভিধা-বৃত্তিদা শব্দহু বাচক্নি ( Expressor ) অদুগা অর্থনা বাচ্য ( মুখ্য অমদি অভিধেয় ) হায়বদি অভিধা বৃত্তিনা খঙহল্ল অর্থ। বাচ্যার্থ অহুম্নি :—

(১) রূঢ় ( খ্বায়না খঙনব )—মখুদি, 'কাক্-কৈথেল' হায়বদা কাকী কৈথেলগী মম্নি লৈনদে ; খ্বায়না কাক্‌কৈথেল কৌবা লম অহুতা খঙনৈ।

(২) যৌগিক ( মচা খায়দোক্পদগী থোরক্প derivative ) মহুদি :—লৌ-উই হায়নুনা লৌউব খঙনৈ। থাঙ্‌শাই হায়নুনা থাংশাব অমদি থাংজব খঙনৈ।

(৩) যোগ-রূঢ় ( যৌগিক+রূঢ় ) মখুদি— থাঙ্গোন্—থাঙ +অকোম্ব—যৌগিক বৃত্তিদা অকোম্ব থাঙবু খঙনরে। মসি লৌন-দনা রূঢ় বৃত্তিদা খ্বায়না খঙনব লৌখাওনব অমদি শজিক্ ফাম্নব থাঙ্গোন্তবু মখঙনৈ।

লক্ষণা— বাক্যগী অমদি বাক্যাংশগী মনুংচম্ব শব্দ অমগী মুখ্য অর্থনা বাক্য অমদি বাক্যাংশগী অর্থ হায়বদা চানদ্রবদি হায়বদি মুখ্য অর্থদুগা পুন্নমক্কী অর্থগা চুনদ্রবদি শব্দ অদুগী গৌণ ( মরু ওইদব ) অর্থগা চুনবরা হায়না য়েংবা তারে। অম্নুম্না গৌণ-অর্থ পুথোক্পগী শক্তিস্নু শব্দগী লৈ ; শক্তি অমদি বৃত্তি অসিবু লক্ষণা কৌই। অর্থনা লক্ষ্য ( খঙ্গদব ) ; শব্দনা লক্ষক ( খঙহল্ল-থোবু )। মহুদি :—'রিক্সা, অসোম্‌দা লাউ'— মসিদা থম্মাইপান্নব রিক্সানি ; মাবু কৌরবস্নু খুম্মোই, লাক্পস্নু ঙম্মোই। রিক্সাগী মুখ্যার্থ লৌরবদি অর্থ য়াদ্রে। অদুনা গৌণ-অর্থ

রিল্লারাপাবু খঙনয়ে; হায়বদি রিল্লারাপা লক্ষ্যার্থনি, লক্ষণানা রিল্লাগা তিন্নব মী ভাক্‌ই।

ব্যঞ্জনা—অভিধা অমসুং লক্ষণানা শব্দ অমগী অর্থ পুথোক-পদা মাগী মাগী শক্তিগী রাংমদা লৈগ্রবদা শব্দ অদুগী অনৌব অর্থ অমা উৎপা ( suggest ) ঙম্ব বৃত্তি অমদি শক্তি অদুবু ব্যঞ্জনা কৌই। মদুদি :—'সনা-খুত্তা সনাগী খুজি'—

অভিধাদা— সনানা শাব খুৎ—অর্থ য়াংয়ে, করিনা খুৎকী মচাক্ সনা নত্তে।

লক্ষণাদা— সনাগা খুৎকা মচু মান্নদে; অদুগা সনাদি লম্‌ন্‌ম্ খঙনৈ। অর্থ চানদয়ে। মহৌশানা ফজব সনা, হেন্না ফজনা খুজি শারে সনা-শাবনা। খুৎনা— বিশ্ব-শাবনা ঙন্না-নিংথিনা শারে। অদুনা 'সনা' শব্দগী অর্থ নিংথিবা অমদি ফজবা তাক্লিব বৃত্তি অসিবু ব্যঞ্জনা কৌই। অর্থনা ব্যঙ্গ্য (an implied sense ), শব্দনা ব্যঞ্জক ( suggester )। ব্যঞ্জনাগী লোয়নবনা লক্ষণা।

ব্যঙ্গ্য অর্থনা মপুং ওইব মকমদা ধ্বনি কৌই। মপুং ওইদ্রগা গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কৌই। ( secondary implication ) অদুনা শব্দগী অর্থ মথকী বৃত্তি ময়াম্‌সিগী মতেংনা লেপ্লগনি।

শব্দগী অলঙ্কার মখল অনি ওই :— শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার।

## শব্দালঙ্কার।

শব্দ উচ্চারণ তৌবদা মখোন্‌গী মতেং চঙিঙ; মখোয়া মপুং ওইব-অলঙ্কারবু শব্দালঙ্কার কৌই। শব্দালঙ্কার মখল অনিনি; [১] শব্দ অমা অহুমগী ময়েক তোঙান-তোঙাব নত্রগা পুন্নপকী মখোন, অহুগা [২] অতৈ অর্থ য়াওদব শব্দ অমগা লোয়নব মখোন। অহাব মখলগী শব্দালঙ্কার মখল তরুনি :—অনুপ্রাস, যমক, শ্লেষ, বক্রোক্তি, ধ্বন্যুক্তি অহুগা পুনরুক্তবদাভাস ( হয়া হায়বগুম মাব )। অনিশুব মখলগী শব্দালঙ্কার— শুমাং-খেলোং, য়েনখা-লুখা, নাপি-শীংবি, মনা-মশিং, হরাই-চেংরাই, ভু-খোং, ঈশিং-মায়শিং, কবোক্‌-হৈবোক্ কী-রোন্, চরু-চনাই—অসিনচিংবা; মসিদা খেলোং, লুখা, শীংবি—নচিংবগী অর্থদি য়াওদে অহুবু মখোয়সিগা লোয়ননা হায়দোকপদা অভাবগী নাকোংদা মরিক্ চুমা খোকঈ অহুগা উচ্চারণ তৌবদা চমৎকার অমা পোকহল্লি। অহুনা মসিগুম্বসি শব্দালঙ্কার অমনি।

### ১। অনুপ্রাস ( Alliterations )

ময়েক্ অাং অমা অমদি ময়েক্ কাংবু অমা হয়া হয়া শিজিন্নহনা মখোন মান্ননা খোকহৎবু অনুপ্রাস কৌই। 'অনু' তুংদা 'প্রাস' থম্বা, লেংবা, শিজিন্নবা। অনুপ্রাস ওইরিব ময়েক অহু অমদগী অমবু য়ান্না লাপ্পা কান্ননা শিজিন্নরোই। নরুবনি অনুপ্রাসগী লক্ষণ মপুং।

ময়েকী মখোন্-মান্নবা শব্দ মান্নরগা ওই। শব্দ মান্নবা মখল অনি খোকই— মথং মনাও মান্নবা অহুগা মশক মান্নবা।

(ক) 'থরো-থম্বাল্-থারিক্ থানা।
শাৎলি ঈম্নাইদা, নিংথিনা ॥'

মসিদা অহাম পরেংদা— থ-থ-থ থ, অমস্নুং র ম মথং মনাও মাইম অহুগা অরোইব অনিগী না-না মাইম।

(খ) কনা খঙিও মায়া-মায়া, মায়া-সংসারদা ? (মেঃ বঃ কাঃ
তপ্না তপ্না ওমা বলী চৎলম্মী'মুক্ হম্না। ৫।৩১৩-১৪)

মসিদা মথং-মনাও অমস্নুং মশক্-মান্নবা—
মায়া-মায়া-মায়া অহুগা তপ্না-তপ্না।

(গ) হায়য়ু, দেবি, বীণাপাণি, অমৃত বাণীনা,
সেনাপতি বরিহুনা, করম্ব বীরবু,
থাখিবগে লান্দা অমুক রঘুবীর-বৈরী
রাবণ্না ? (মেঃ বঃ কাঃ ১।৩-৫)

মসিদা অহাম পরেং— ব-ব-ব, ণ-ণ-ণ; অনিশুব
পরেংদা— ন-ন, ব-ব-ব-ব, র-র-র; অহুমশুব
পরেংদা— বীর, বৈরী— ব-ব, র-র।

(ঘ) × × × ডাকু রত্নাকর
কাব্য রত্নাকর কবি। × × (মেঃ বঃ কাঃ ১।২০-২১)

মসিদা রত্নাকর-রত্নাকর মশক্ মান্নবা, অহুগা
কাব্য, কবি— ক-ক, ব-ব ক্রম মান্নবা।

স্বর ময়েক্ হম্না হায়ববুদি অনুপ্রাস লৌনদে। 'স্বরমাত্র-সাদৃশ্যংতু বৈচিত্র্যাভাবাৎ ন গণিতম্,। (সাঃ দঃ) স্বর মান্নবদি বৈচিত্র্য (অঙকপা) য়াওদে, অহুনা লৌনদে। ব্যঞ্জন ময়েকী

অনুপ্রাস লৌনৈ। ব্যঞ্জন ময়েকশিংদা তপ্নিবা স্বরশিংহ মাল্লবস্থ অনুপ্রাস লৌনৈ। 'অনুপ্রাসঃ শব্দ সাম্যং বৈষম্যেহপি স্বরস্য যৎ।' (সাঃ দঃ)

মথক্কী (গ) খুদমদা—'বীণাপাণি', 'অমৃতবাণীনা' মসিদা 'ব' দা ঈ, আ অমুগা 'ণ' দা আ, ই অমম্নং ঈ—স্বর তপ্নি, স্বর খেন্নরবস্থ 'ব' অমম্নং 'ণ' অনুপ্রাসনি।

অনুপ্রাস মথক্ল মঙানি :— শ্রুতি, অন্ত্য, বৃত্তি, ছেক, লাট। মসিদা লাটানুপ্রাসদা শব্দ হন্না হন্না হায়, অতৈদনা শব্দগী ময়েক হন্না হন্না হায়।

## (১) শ্রুতি+অনুপ্রাস (শ্রুত্যনুপ্রাস)

খৌরি, ঙৌ, য়া-নচিংব যেসা মকম অমদগী হায়দোক্লকপদা ময়েক তোঙাম্বশিং মখোন্ মান্ননা সুংশিনা খোক্লবদি শ্রুত্যনুপ্রাস ওই। মতুদি :—

(ক) ক্রোং ক্রোং গ্রোং গ্রোং ওল্লি কাংখোংনা
ক্রীক্ ক্রীক্ ইখিন্না গ্রীক্ গ্রীক্ তক্ই।
খিং খিং লাউনা গ্রং গ্রং চেল্লি।
ঘম্-ঘম্ লাউনা গং গং খোংজিনৈ।

(খৌরিদগী খোকপা)

(খ) চরপ্‌, চরপ্‌, চপ্পী ছর্ ছর্ নাইহে।
শৃ-শৃ নাল্লি জ্‌, জ্‌, চৎলি।
ঝন্-ঝন্ লাউনা জর জর চৎলি।

(ঙৌদগী খোকপা)

(গ) তরক্ তরক্ চৎলি থরক্ থরক্ নীরা।
দং দং য়াল্লি ধং ধং চৎলি।
তন্না তন্না থিন্না থিন্না শুকয়োই।
( য়াদগী খোকপা )

(ঘ) কর-করৎ হাইনা পর-পরপ, চৎলি।
পাক্-পাক্ থানৈ কাক্ কাক্ নোক্নৈ।
পীঙ-পীঙ, লাউই কীঙ, কীঙ, চোঙিঙ।
ফ্রং ফ্রং কাপ্লি ব্রং ব্রং ঙাঙিঙ।
( চিন্নান্দগী খোক্পা )

## (২) অন্ত্যানুপ্রাস ( অন্ত্য+অনুপ্রাস )

কবিতাগী অরোইবদা ময়েক মান্নরবদি অন্ত্যানুপ্রাস কৌই। মসিনা কাব্যগী নিংথিজবা অমসুং চমৎকার হেল্‌হল্লি। মগুদি :—

(ক) অকিব উৎপাৎ লৈতনা,
ঐহাক্কী প্রজা পূম্বনা,
মীওইবৈ পুন্সি কংতুনা,
লৈজরিবনি হিংতনা। ( রঃ বং ১ )

মসিদা 'না' অন্ত্যানুপ্রাসনি।

(খ) কনা হায়রিবা ভাই নংবু, শোক য়াদে মাঙিঙ?
তত্তনা ইল্লি অশেংবা নহাক্কী নতুংদা;
নহাক্ লৈবদগী খাইনা য়ুম্বাম্বা হৈনিঙিঙ,
নত্রবদি চৎলম্লিদো কোয়না মীনা বন্দা।

মসিদা, 'মাঙিঙ', 'হৈনিঙিঙ', অদুগা দা—দা।

(গ) পাম্‌জৈ ঐদি লায়র-শংদা পুক্‌চেন্‌ চাউনা লৈবা।
রানা নোম্‌জবগী—ইচেং মুঙাইনা চাজবা ॥
× × × × ×
থবক শূরকৃষ্ট লৌবৃক্তা অঙাং ওইরিবৈদা।
লেম্নবনি মহু ঐগী কৈ-ইকাইনি 'তুদা।

(ঘ) লেঙ্‌শিন্‌খরে শ্রীরাম্না মাতঙ্গগী আশ্রম্‌দা।
উজখরে শ্রীরাম্বু শবরীনা অহুদা।
শবরীগী আনন্দ থিংবা ঙম্‌দে মহুদা।
য়াথং হন্না হঙ্গচে রঘুমণি চরন্দা ॥ (রামায়ণ)

(ঙ) কুণ্ডগুম মখোম্‌পাম্বী অহুগুম্বী নন্দিনীনা।
মচাবু হেক্তা উবদা মখোম্‌ জরজর থাহুনা ॥
যজ্ঞতুংদা ঈরুনবা ঈশংদগী হেন্না শেংবা।
চোৎহল্লম্বী পৃথিবীবু যঙ্গোম্না লুম্বু শারবা ॥ (রঃ বং ১)

(চ) রাগী অহোবা মখুন্দা নুংশিৎনা থম্না য়ৈবদা
খোক্লম্বী বাঁশী মখোন্‌নুংশিনা।
উমং লাইনা কুপ্লশিংদা খোঞ্জেন্‌ রাংনা শকৃচবদা
তারম্বা মাগী মিংচৎ মহাক্কী ॥ (রঃ বং ২)

(ছ) মচাপোরুব ব্রতগী পাম্বোম্‌দগী লৌথরম্মী।
অরাম্ব ভার রাজ্যগী মন্ত্রিশিংদা শিন্নরম্মী ॥ (রঃ বং ১)

(জ) আশ্রম্‌ রাবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা।
কোয়বগুম্বী তেঙ্গোম্না মতিক্‌ মঙান্‌ উবদা ॥ (রঃ বং ১)

(ঝ) মকম অমদা মখোয়না য়েংখোক্লম্মী মরায় কাওনা।
পরেং শাবা রাইনুশিংনা লৈরাং পরেং ওইরহুনা।
খোঙ-য়াওদবা সনখোঙ্গী খোংলম্মীনে খোয়থুম্‌না ॥
(রঃ বং ১)

## (৩) বৃত্ত্যনুপ্রাস ( বৃত্তি+অনুপ্রাস )

শব্দগী অমা নত্রগা ময়েক কয়ামরুম হন্না হন্না শিজিন্নরবদি বৃত্ত্যনুপ্রাস ওই। মহুদি :—

(ক) মশা কল্লি কিদনা ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।<br>
পৈশা লোই পাম্‌দনা বিষয় চায় লূপ্তুনা ॥ (রঃ বং ১)

মসিদা অহাঙ পরেংদা ক—ক, ল—ল, দ—দ, ন—ন।

অনিশুবদা— প—প, ল—ল, ন—ন বৃত্ত্যনুপ্রাস অমুগা কিদনা, নাদনা, পামদনা, লূপ্তুনা— ন—ন—ন—ন অন্ত্যানুপ্রাস।

(খ) × × × গুলৈব লম্লাঙ<br>
গুলৈতব ইশাগী মী, অনিগী মরক্তা<br>
গুলৈতব ঐ-মীনা কৈ, লম্লাঙ, লম্লান্ব।" (মেঃ বঃ কাঃ)

(গ) মমাগী থাদা তূম্লিব, কপস্মী খুদক্তা<br>
অঙাংশিংনা নাহেম্বনা, কপা মতৌগুম্না,<br>
ব্রজদা ব্রজৈ অঙাংনা, ব্রজ মক্কান্দুনা,<br>
ব্রজ মণিনা চৎপদা, মধুপুর তান্না ॥ (মেঃ বঃ কাঃ)

মসিদা 'ব্রজ' মরিয়ক।

(ঘ) মন্ত্র-খঙব মন্ত্র-হৈব নঙ্গী মন্ত্রগী-মতিক্কা।<br>
অয়াম্লদগী য়েক্লব মাঙ্‌হন্বিবনি নহাক্না ॥ ( রঃ বং ১ )

(ঙ) গুরু ব্রহ্মাগী-মচানি ঐহাক্‌মকীস্থ গুরুনি।<br>
অকব-চিন্তা ঐহাকী তৌবিবসিদা গুরুনা।<br>
রাব-নংদব-য়াইকবা করিগী ওইরোই তক্তনা ॥ (রঃ বং ১)

বৃত্ত্যনুপ্রাস মখল অহুম্নি— উপনাগরিকা ( বৈদর্ভী রীতি ), পরুষা ( গৌড়ী রীতি ) অমুগা কোমলা ( পাঞ্চালী রীতি )। অহুম অসি মখংশিংনা মাধুর্য্য ( মেঙ্না-থুম্না-নিংথিজবা ), ওজঃ ( পাঙ্গল, থৌনা—spirit, vitality ) অমসুং প্রসাদ ( পেম্বা-নুঙাইবা ) গুণশিং পোকই।

উপনাগরিকা বৃত্তিদা— টবর্গ য়াওদে ; অতৈ অতৈ অমসুং অনুনাসিক ময়েকশিং য়াওই। খুদম্ (ক), (খ)

পরুষা বৃত্তিদা— টবর্গ, ময়েক অনিথোম্ব (ক্ক, প্প, ত্ত নচিংব) ময়েক অনি তিন্নব ( ঙ্গ, ঙ্ক, দ্ধ-নচিংব ), রেফ্ য়াওব ময়েক, শ, ষ-নচিংবা অকম্ব ময়েক অমদি সমাস অশাংব য়াওই। মতুদিঃ—

নুমিৎ তাবদা অকংব চরু-চনাই লোক্‌শিন্দুনা।
পর্ণশালাগী শূমাঙ্গী থম্বা মপৈ পৈশিন্দুনা।
ময়া'তুদা শক্তিশিংনা শগুপ্-শায়রি কূল্লতুনা॥ ( রঃ বং ১ )

মসিদা শ নিপাল্লক্।

কোমলা বৃত্তিদা— য, র, ল, ব, স, হ—নচিংব ময়েক, সমাস মচা মচা অমদি সমাস তৌদ্রব শব্দ য়াওই। মতুদি মথক্তী খুদম (গ)।

## (৪) ছেকানুপ্রাস।

ব্যঞ্জন ময়েক অনি অমসুং অমুদগী হেন্না অনিরক্তং বাক্যদা য়াওরবদি ছেকানুপ্রাস ওই। (অনিরক্তগী হেল্লবদি বৃত্ত্যনুপ্রাসনি।) ছেক হায়রবদি পণ্ডিত, মমাঙৈদা পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্ব অনুপ্রাস

য়াম্না শিজিন্নরম্বনা অলঙ্কার অসিগী মমিং অসি থোল্লম্মী।
মহুদি :—

[ক] মায়য়োক্লনা থেংনরগা, বীর বীরবাহু। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[খ] হায়য়ু, দেবি, বীণাপাণি, অমৃত বাণীনা। " "

[গ] হা ইবুঙো, বীরবাহু, বীর চূড়ামণি। " "

[ঘ] তুমিন্থ্রে ররাব বীণা, মুরজ, মুরলী ; " "

[ঙ] × × দর্প তৌনা, কন্দর্পবু কৌব। ( বীঃ কাঃ ২।৩১)

[চ] খাংজেৎ, নম্খাং, ফুরৎ, কোক্ফা, কঙ্কণ কিঙ্কিণী।
(বীঃ কাঃ ২।৪৯)

[ছ] চিন্তাবিয়ু, চিন্তামণি, মাবু খঙলবরা ? ( বীঃ কাঃ ৩ ৬৬)

[জ] লেঙথরগা রথদগী ইন্দ্র-ইন্দ্রাণীনা। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[ঝ] × × × মায়াখবা পীগনা
নংবু লান্দা, কৃত্তিকাগী মবুঙো কার্ত্তিক। ( মেঃ বঃ কাঃ )

[ঞ] তাঙ্জা-তাঙ্জাগী থৌখঙবা ইন্দ্রিয় য়াম্না লাক্শিন্বা।
( বঃ বং ১ )

[ট] হংলম্মী কুশল্ রাজাদা মুনিনা মুনিঙম্বব……(রঃ বং ১)

[ঠ] কক্ল কক্ল তেল্লকই তক্ল তক্ল তুম্নকই,
তম্ন তম্ন হৈরকই শম্ন শম্ন শাংলকই
মল্ল মল্ল শোল্লকই মেল্ল মেল্ল হোরকই ॥
(অঙাঙ্গী ২শুব লাইরিক)

[ড] থাইনগী লৈরাং অমম্ব, মল্ল মল্ল লৈল্লুংশি,
……………………………… ( থাঃ লৈ )

## (৫) লাটানুপ্রাস।

শব্দ অমস্তং অর্থ অনিমক হৃন্না হায়, অর্থদি অমত্তা ওইরগা তাৎপর্য্য তোঙাল্লি। মতুদি :—

[ক] অতুবু নমৌ **অসিনা** মচা পোক্তবা **অসিনা**।
পেল্‌হৎবা ঙমদে ঐহাকপু রত্নপোকপী মেদিনীনা। (রঃবং১)

মসিদা—অহাম্ব 'অসিনা' গী অর্থ অমা হায়বদি 'নমৌ'গী বিশেষণ হায়বদি 'this', অতুগা অনিশুবগী 'অসিনা' গী অর্থনা 'মরম্না' ওই। অতুনা লাটানুপ্রাসনি।

## ২। যমক।

যমক শব্দগী অর্থ অনি (তুমা) হায়বনি। শব্দ অমা নত্রগা খোম্থোক অমত্তগী শব্দ অনিরক নত্রগা অতুদগী হেন্না তোঙান তোঙাব অর্থদা শিজিন্নরবদি যমক অলঙ্কার ওই। মতুদিঃ—

[ক] ঙা **চাই**, কি **চাই**, কবোক **চাই**। অর্থ মান্নদে।
ঙা **চায়**, মতা **চায়**, মপা **চায়**। " "

[খ] মৈ কল্লে চাক্ **কারে**, কৈ শিবেময়া **কারে**। অর্থ মান্নদে
চেং লিরে চাক্ **কারে**. চীং **কারে** কৈ **কারে**॥ " "

[গ] **বিধি-বিধি** কব **বিধি** খণ্ডনরি জগত্তা। (মেঃ বঃ কাঃ)
অহাব 'বিধি' ব্রহ্মা; অনিশুব-অহুমশুব 'বিধি' নিয়ম।

[ঘ] চঙজব মীবু নিংথিনা
পান্দন **কম্ব** মীনা ফং **কম্বা** তৌদনা
**কম্বা** ঙম্মি ইরাই লাইনা। অর্থ মান্নদে।

[ঙ] ভিংথৌ ময়োম্মুক্ লংলব নীলমণিনা থাম্লব।
সনাগী তালনা লৈতেংব মরেং অনিস্থ কল্লব ॥
মহাসেন্না লেঙথোরক্লে মহাসেন্গুম্ শর-বন্দগী।
লৈহাউ কোনানা থল্লব বন্গী নাকন্ অমদগী ॥ (প্রঃ যোঃ)

মসিদা অহান্থ 'মহাসেন' মগধগী মহারাজ মহাসেন; অতুগা অনিশুব 'মহাসেন্গুম্' সেনাপতি 'কার্ত্তিকেয়' থঙনৈ।

[চ] পাউপুম পীজৈদো, সতীনা, নিংথদা, বাণীদো
খোঙ্থাংলে হনু কর্ণদা বীণ -বাণীগুম্না
মধুচেন্না। × × × × (মেঃ বঃ কাঃ)

অহান্থ 'বাণী' সতীগী মাঙাং অতুগা অকোন্থ 'বাণী' বীণাগী মখোন্।

[ছ] নাম অতু চিন্মঙানা শোল্লি চিন্মঙানা। (বীঃ কাঃ ৩।২১)

অহান্থ 'চিন্মঙানা' মহাদেব, অনিশুব 'চিন্মঙানা'— মচিন্ মঙানা।

[জ] তারানাথ। তারানাথ? কনানা খোল্লম্বা,
মিঙ্গৌসে— × × × (বীঃ কাঃ ২।২০)

তারা সতীনা চন্দ্রদেবদা হায়বনি। অহান্থ 'তারানাথ' তারা শিঙ্গী (থরাম্নিচাকশিঙ্গী) নাথ (মপু) হায়বদি চন্দ্রদেব, অতুগা অনিশুবা 'তারানাথ'—তারাগী (তারা সতীগী) নাথ (মবুঙো) থংনরে।

[ঝ] মুরারি-মুরলী মখোন্ মান্নব মুরারি। (মেঃবঃ কাঃ ৪।১১)
—অহান্থ শ্রীকৃষ্ণ, অনিশুব 'অনর্ঘরাধব' লেংব কবি।

[ঞ] "তারাগী যৌবন-বন ঋতুরাজ নংনি।" ( বীঃ কাঃ )
—অমনা অর্থ য়াওদব, অনিশুবনা অর্থ য়াওবা।

## অনুপ্রাসগা যমকা খেন্নবা।

অনুপ্রাসদা শব্দ হন্নঃ হায়রবস্থু অর্থ তোঙান্দে, অদুগা যমকুদি শিজিন্নব খুদিংদা অর্থ তোঙান-তোঙাল্লি, অর্থ মান্নরবদি যমক ওইদে। অদুগা শব্দ অমগী স্বর মখোন্ খজিক্কুং হোংহন্না শিজিন্নরবদি অনুপ্রাস ওই, যমক ওইদে। মথক্কী খুদমদা (চ) 'বীণা বাণী' অনুপ্রাসনি। অদুগা 'বাণী', 'বাণী' যমক্নি।

## ৩। শ্লেষ ( Pun )

শব্দ অমা বাক্যদা অমুক্তং শিজিন্নবা অদুগা অর্থদি অনি মল্লগা অদুদগী হেন্না খণ্ডনবা—অদু ওইরবদি শ্লেষ অলঙ্কার কৌনৈ। শ্লেষ মখল অনিনি :— শব্দ শ্লেষ অমস্তুং অর্থ শ্লেষ। শব্দ শ্লেষদা শব্দ অমগী অর্থ ময়াম লৈ ; ময়ামদু কোংদোক্লবগী বক্তাগী ইচছা লৈদোবনি ; মদুগী মহুত্তা মদুগা মান্নব অতৈ ন্নাহৈ অমা শিজিন্নবদা শ্লেষ লৈরোই। অদুগা অর্থ শ্লেষদা শব্দগী অর্থ অমত্তা লৈগনি অমস্তুং মদুগী মহুত্তা অর্থ মান্নব শব্দ শিজিন্নরবস্থু শ্লেষ অদুমক ওই। বক্তানা অর্থ ময়ামগী মরক্তগী বিশেষ অর্থ অমা তাক্লবা, শব্দ শিজিন্নবদা শ্রোতানা অতৈ অমা পুখোক্তুনা শব্দ অদুবু অমন্নোমদা লৌবা মতমদা শব্দ শ্লেষ ওইব্রে। অনিঙব অর্থদগী হোংদোক্লবদি শ্লেষ ওইব্রে, শ্লেষ বক্রোক্তি ওইন্নগনি।

শ্লেষ অলঙ্কারদা শব্দনা মপুংনি, অদুগা শ্লেষ-বক্রোক্তিদা অর্থনা মপুংনি। আলঙ্কারিক অয়াম্বনা শব্দ মপূঙ্গী শ্লেষবু শব্দ শ্লেষ অদুগা অর্থ মপুংঙ্গী শ্লেষবু অর্থশ্লেষ কৌনৈ। মদুদি :—

(ক) খাইদগী রাংব-কল্পব তেজপুম্ব-নম্ব দেহনা।
স্বমেরু চৌঙ্জাও মতৌগুম্ ভাল্লম্মী পৃথ্বী লাক্নুনা॥
( রঃ বং ১।১৪ )

মসিদা—'খাইদগী রাংব-কল্পব-তেজ-পুম্ব-নম্ব-দেহ' বিশেষণ খুদিংমক দিলীপ অমসুং স্বমেরু অনিমক্তা শিজিন্নগনি। পৃথিবীগীময়াইদা স্বমেরু চৌঙ লৈ। মসিগী অরৈব পুম্নমক মীরম্লেন রাংমদনি। মসিদা রত্ন-মণি অগাধ লৈ—মসিগী খাইদগী রাংব মতোন আকাশ কাওই—মসিগী সনামঙ্গান্না তেজপুম্ব নঙ্গৎলি। শূপ্না হায়রবদা পাক্ চাওরব পৃথিবী অসিবু স্বমেরুতনা পায়রুনা থম্বিরি। মহারাজ দিলীপকীস্থ মতৌ অদুগুম্না হিরম পুম্নমক খাইগী রাংমদনি। মহাকী খাইদগী হেন্না কম্ব-রাংব-দেহ অমসুং তেজপুম্বনম্ব মশাগী মঙান উরগা মহাক্সু স্বমেরুগুম্না পৃথিবীবু রক্ষা তৌবিরিমাল্লে নিঙিঙ। অদুনা 'শ্লেষ' অলঙ্কারনি অদুগা শ্লেষ য়াওনা স্বমেরুগা দিলীপকা তুলনা তৌরি, অদুনা শ্লিষ্ট উপমানি।

(খ) প্রজাগী মপু হিংলবদি প্রজাপুম্ববু মপাগুম্না।
পুম্নমক্কগী অরা-অনং কম্বিগনি ইতত্তনা॥ ( রঃ বং ২।৪৮ )

মসিদা 'প্রজাপুম্ববু'—প্রজা=খাইপ্রজা (subjects) অদুগা মচা ( offspring ) অনিমকপু খঙনৈ। মসিদা শ্লেষ অলঙ্কারনি।

(গ) লমচৎ ভাকপা য়োকপদগী প্রজাশিঙ্গী মপানি। (রঃবং১।২৪)

মসিদস্থ 'প্রজা' শ্লেষনি।

(ঘ) "বর-পীনরিব মহাদেবস্থ নহাক্কি।
ঐনা নিরিব বরস্থ নহাক্কি। —( মাধবী )

মসিদা— 'বর' অর্থ অনিনি ; বর=boon, gift, অমুগা বর=Bridegroom।

(চ) নহাক নত্তনা, সহায় ইরোইনব, শাগৈ—
জাত্তা চাউথোকপ, করম্ব নৃপতিনা, গুণ
পাম্বী, জাৎকী-মচা, মনঃহুবী মশামক্কী
নৃপীগুম্বী রাজশ্রীবু হূহল্লা শক্রবু ? ( কিঃ আঃ ১।৩১ )

মসিদা—নৃপী উপমান— রাজশ্রী ( রাজলক্ষ্মী )—উপমেয়। বিশেষণ—গুণ-পাম্বী, জাৎকী মচা অমস্থং মনঃহুবী—নৃপী অমস্থং রাজশ্রী অনিমক্কী সাধারণ (common) নি। অমুনা শ্লেষ য়াওব উপমানি।

শ্লেষগা যমক্কা খেন্নবা— শব্দ অমা তোঙান্-তোঙাব অর্থদা অনিরক্ শিজিন্নবা যমক্তা অমুগা শ্লেষদা অমুক্তা শিজিন্নবা।

## ৪। বক্রোক্তি।

শব্দ অমা অর্থ অমদা শিজিন্নবদা অহংবা অমদি খোন্ গুম্বদগী অতৈ অর্থ অমরোমদা লৌরবদি বক্রোক্তি অলঙ্কার ওই। বক্তানা, অসিদা অমা হায়নিংবা শ্রোতানা অতৈ-অমরোমদা অর্থ লৌবা—অসিগুম্বদা অশেংবা বক্রোক্তি খোকই।

বক্রোক্তি মখল অনিনি :— শ্লেষ বক্রোক্তি অমস্থং কাকু

বক্রোক্তি। বক্তাগী রাহৈহু শ্রোতানা শ্লেষ তৌহুনা অতোম অর্থ অমা লৌরবদি শ্লেষ বক্রোক্তি কৌই।

(ক) বক্তা। নিপামচা! নং করি তম্লি!
শ্রোতা। আহু, হৈনৌ অসে।

মসিদা বক্তানা খঙনিংলিবনা করি হ্লাসদা তম্বা,—শ্রোতানা হৈনৌ তেংপাক্লা তম্বা অর্থ পুথোক্তনা উৎলি। শ্লেষ বক্রোক্তিনি।

(খ) বক্তা। চাক্ কাখরেদা।
শ্রোতা। চেং অরিবনি।

মসিদা—বক্তানা হায়রিবনা চাক য়াম্না কারে; শ্রোতানা অর্থ পুথোক্তনা উৎলিবনা— চেং অরিবদি চাক য়াম্না কায়। অহুনা শ্লেষ বক্রোক্তিনি।

মন্তব্য :—শ্রোতানা বক্তাগী মতলব খঙনা খঙনা (knowingly) খুসিনা লম্বি শেরায়না চৎপনি—উদ্দেশ্যদি কুম্মৈ তৌবা (wits and humar).

(২) **কাকু-বক্রোক্তি**— অলঙ্কার অসিদা বক্তাগী রাঙাং খোন্দাদা লৈরে। মসিদা-হুংবদা খোম্লোক মখল অমনা য়াদববু (negation) অয়াবা (affirmation) অহুগা অয়াববু য়াদবা ওইনা শ্রোতানা লৌই ইঙ্গিৎনা। মতম অহুদা কাকু-বক্রোক্তি ওই।

(ক) শাৎপরা থম্বান্ কদৌৱৈ অমোৎপ ঈশিংদা ?

(মেঃ বঃ কাঃ ৪।৬৭)

মসিদা—'শাস্তে' হায়না লৌরে।

(খ) × × × লায়রবনা য়ত্র
কংলগা, কদৌডৈ মাবু মীরাইত্রা, পামুবি ? (মেঃ বঃ কাঃ
মসিদা—'মীরাইদে' হায়না লৌয়ে। ৪।৬৭৪-৭৫)

(গ) × × × . পোকৃকম্ চীং থাম্বনা
চেম্বরকপদা ভুরেম্না সাগর তমৃত্তনা
কনাগী শক্তি লৈবগে মাগী ঈচেল থি'বা ?
দানব মমোম্নি ঐদি ; হিংচ -শাগৈ মৌনি ;
রাবণ ইকুনি ঐগী, স্বামী মেঘনাদ,
কিগদরা, সখি ঐনা ভিখারী রামচন্দ্রবু ? (মেঃবঃকাঃ৩।৭৭-৮০)

মসিদা 'থিংবা ঙমদে' অহুগা 'কিদে' হায়বা তাকই।

(ঘ) মূর্খ ! পানিজিঙ কনানা, জীব মচা নংবু !
নঙ্গুম জীবদা খুৎলাই থানদে ঐখোয়দি
খুসিনা। লমহুইগা চীংরবনে সিংঙীন ? [মেঃবঃকাঃ৩।১৯৩]

মসিদা—'কনাম্নু পানিংদে' অহুগা 'চীংদে' হায়বা তাকই।

[ঙ] × × কনা শেগায় থম্বাল মনা ? [মেঃ বঃ কাঃ ৪।৮১]

[চ] ঐঙোন্দা কৈদৌ পীরিবা, অরেম্ব মৈচাক্সি।
গ্রহদোষ লৈব মীবু নিন্দানৈ কনানা ? (মেঃবঃকাঃ ১।৩৫৮)

[ছ] × × পদ্মিনী-শাৎপরা কদৌডৈ অনৈব
ঈশিংদা ? উবগে তারা কনানা কদৌডৈ
নোংনা কূপ্প অতিয়াদা ? ( মেঃ বঃ কাঃ ৬।৯৫-৯৭ )

[জ] কৈরাং মঙ্গুংদা চঙলব পাম্ববু কদৌডৈ
থাদোকপগে কিরাত্তনা ? × × (মেঃবঃকাঃ ৬।৪৮৭-৮৮)

[ঝ] × × লৈরাংনা লৈমনচম্বদা
কদোইগুম লুনা মগাকপু তৌবগে কনানা ? (বীঃকাঃ১।৫৮-৫৯)

[ঞ] হিংবগী আশা, কনানা খাদোকপগে হেক্তা ? (বীঃকাঃ১।১৬৬)

[ট] অচাকপ-মৈবু কদোইডে কনা ভস্ম তোাংপা ? (বীঃকাঃ২।২৬)

[ঠ] × × লৈ চামা চামা শাংপ-বন্দা,
মুঙাইবা করিগী কংলোই মুপান্ব, সখা ? (বীঃকাঃ৬।১৯-২০)

[ড] খোইমু চামা ঙাংলবস্থ খুসীনা মখোঙদা ;
তৌরবস্থ মনাকোংদা মিন ৬ জি শাংলক্
নামিবনা, শাংপরনে কদোইডে খম্বাগ্রা,
সনজিং উদয়গিরিদা মিচব উদনা,
কিরীটি ? × × × (বীঃ কাঃ ৬।৫৬-৬০)

[ঢ] কাউখরবদি নহাক্রা, কাউববু ভমগন্দ্রা
দ্রৌপদীনা ? × × (বীঃ কাঃ ৬।১৩৫-৩৬ )

[ণ] সনা অলঙ্কার শিব মখোয়না, মকোক্তা,
খোারদা, খুত্তা, মখোঙদা লুপা শিদবরা? (বীঃকাঃ৬।১৭৬-৭৭

[ত] × × নরমণি ! কনা কোয় বিদেশতা;
নুপী নহাবু ময়ুমদা থমহনা মথন্তা ? ( বীঃ কাঃ ৬।২০৭-৮ )

[থ] × - × × লমহুইনবু
ঙম্বরা খক্ মায়খিহম্বা শা-নিংথৌ সিংহবু ? (বীঃকাঃ ৭।৬৫)

[দ] হিডিম্ভ কনা খায়াম্ভগী কাল অজাগর ?
মবুক লাম্লব সিংহনা সিংহনাদ তৌনা
উমঙ্গী শা-ষণ কাবদা কনা কল্লি মাবু ? (বীঃকাঃ ৮।৮০-৮২)

(ধ) শক্তি অমোমগী মপিনা মুথৎপ্রা কদৌদৈ
লৈমবু ? নুংশিব-কুহু খোম্বাংনা কোকিলগী
মখোল হৌব মালংববু নক্কংপ্রা কদৌদৈ ?
পাণ্ডবগী সাধনাবু তোব্রা অকম্বনা ? (বীঃকাঃ১১।৯৭-১০১)

(ন) মতমগী ঈচেনবু থৎপিনবা কনা লৈবগে ? ( মাধবী )
—'লৈতে' হায়বনি।

## শ্লেষ অমসুং বক্রোক্তি।

শ্লেষগা শ্লেষ-বক্রোক্তিগা য়াম্না খেন্নৈ। শ্লেষদা শব্দ অমা অনিরক নত্রগা অহুদগী হেন্না তোঙান-তোঙাম্ব অর্থদা শিজিন্নৈ, অদুগা শ্লেষ বক্রোক্তিদা বক্তা অমসুং শ্রোতানা মহৈ মহৈ অর্থ তোপ্পা লৌনবনি। মসিদা অনিনা লৌশিংশিংবা তান্নবনি।

( আলঙ্কারিক ভামহগী মত— বক্রোক্তি য়াওদনা কাব্য অমতা ওইদে, বক্রোক্তিমক অলঙ্কারপুম্নগী মূলনি। )

## ৫। ধ্বন্যুক্তি।

শব্দ হায়দোকপদা অর্থ সামিন্ উৎলবদি, হায়বদি বাক্যগী মখোন্ অদুনা অর্থ থঙনরবদি—অদুগা মদুগা লোয়ননা পুক্নিংদসু মুর পান্নবদি ধ্বন্যুক্তি অলঙ্কার ওই। মদুদি :—

নোং খাক্লে নোং খোংলে নোং তারে
খ্রাক্ খ্রাক্ খ্রাক্ গ্রোং গ্রোং প্রোপ, প্রোপ, তারে
মালেম লৈমাই শীন্না চোৎলে
হোম্ হোম্ পেৎ পেৎ ব্বৎ ব্বৎ লাউরে। ( লৈ-চরোং )

## ৬। পুনরুক্তবদাভাস ( হল্পিন্না হায়বগুম মান্না )

অর্থ অমত্তা খঙনব তোঙাম্ব শব্দ শিজিন্নবদা অহান্বদদি হল্পিন্ননাল্লে খন্না অত্তুগা মতুংদা অর্থ ময়েক শেংলবদদি হল্পিন্ন দোষ খল্লক্কব মতমদা পুনরুক্তবদাভাস ( হন্না হায়বগুম মান্ন ) অলঙ্কার ওই। মত্তুদি :—

× × × করিগীনো, হায়য়ু, চান্নবীও,
খঙহৌদনা লাংতক্লিবা জলপাত পাশী ? (মেঃ বঃ কাঃ ১।৪৫২)

মসিদা—জলপাতি অমসুং পাশী-পদ অনিসিগী অর্থ বরুণ-দেবনি। অদুবু ‘পাশ’ কৌব খুৎলাইগী মপু বরুণদেবনি, মহাক-পুনি ‘জলপতি পাশী’ হায়রিবা। অদু ওইরবদি জলপতিগী বিশেষণ পাশীনি। মসিদা হন্না হায়ব-দোষ লৈতরে, হন্না হায়বা মাল্লে নিংবতনি। খুদম খর তাঙিঙ।

## অর্থালঙ্কার।

শব্দগী অর্থদা য়ুম্ফম ওইব অলঙ্কার অদুবু অর্থালঙ্কার কৌই। মসিদা হান্না শিজিন্নব শব্দ লৌথোক্লুনা অর্থ মান্নব অতৈ শব্দ অমা ( Synonym ) শিজিন্নরবসু অলঙ্কার অদু মাঙদে। মরম অদুনা মসিবু অর্থালঙ্কার কৌরিবনি।

অর্থালঙ্কার চাউরাক্না মখল মঙা থোকপা য়াই :—১। সাদৃশ্য-মূল ( মান্নব-মপুং Similarity ), ২। বিরোধমূল ( য়ানদব-মপুং—contrary ), ৩। শৃঙ্খলামূল ( মথং-মনাও নাইব-মপুং

—order ), ৪। ন্যাযমূল ( কারণ-মপুং—Reasonability) অমসুং ৫। গূঢ়ার্থপ্রতীতিমূল ( মনুঙ্গী অর্থ খঙনব মপুং—based on underlying meaning )।

১। সাদৃশ্যমূল— উপমা, উৎপ্রেক্ষা, রূপক, উল্লেখ, সন্দেহ, দীপক, ভ্রান্তিমান, অপহ্নুতি, নিশ্চয়, নিদর্শনা, দৃষ্টান্ত, প্রতিবস্তূপমা, সমাসোক্তি, ব্যতিরেক, অতিশয়োক্তি, তুল্যযোগিতা, স্মরণ-নচিংবা।

২। বিরোধ-মূল— বিরোধাভাস, বিভাবনা, বিশেষোক্তি, অসঙ্গতি, বিষম, অধিক, অনুকুল, ব্যাঘাত, অন্যোন্য।

৩। শৃঙ্খলামূল—কারণমালা, একাবলী, সার, মালাদীপক।

৪। ন্যায়মূল— অর্থাপত্তি, কাব্যলিঙ্গ, অনুমান, পর্য্যায়, পরিবৃত্তি, সমুচ্চয়, পরি-সংখ্যা, উত্তর, সমাধি, সামান্য, তদ্গুণ।

৫। গূঢ়ার্থ-প্রতীতিমূল—অর্থান্তর-ন্যাস, অপ্রস্তুত-প্রশংসা, আক্ষেপ, ব্যাজ-স্তুতি, পর্য্যায়োক্ত, পরিকর, সূক্ষ্ম, ব্যাজোক্তি, স্বভাবোক্তি, ভাবিক, উদাত্ত।

## (ক) উপমা।

অখঙব-পোৎ অমগা খর-রাৎনা খঙব-পোৎ অতৈ অমগা চাংদম্নহনা খর-রাৎনা খঙব-পোৎ অদুগী মশক-মতৌ খঙনবা হোৎনৈ। মসি মীওইবগী স্বভাবনি। কালিমূক মুব পোৎ অমা হায়বদা পোৎ অদুগী মচু অদুমক খঙনরে। 'রাত্রাদি শাবি-নিদনা' হায়বদা কনাগুম্বগী ময়াগী কিভম অদুম্মক খঙনরে।

চাংদম্নবদা জাং মান্নদব পোৎ অনিগী শক্-চু, গুণ, অবস্থা, থবক অদুগা মখোয় অসিনা অমগামগা য়ান্নদুনা সাধারণ ধর্ম্ম (common property) অমা লৈগনি। অসুম তৌদুনা বাক্য অমদা জাং তোঙাম্ব অদুগা গুণ-মান্নব পোৎ অনিগী মান্নবা উৎপদা কজবা খোল্লবদি উপমা অলঙ্কার (simile) কৌই। হায়বদি সাধারণ ধর্ম্ম মান্নব-জাং তোঙাম্ব পোৎ অনিগী মান্নবা উৎপবু উপমা কৌই। চাংদম্নবদা অহেন্ব-অফাওব পোৎ অমগা হন্থব অতৈ অমগা মান্নে হায়ববু উপমা অলঙ্কার কৌই। অলঙ্কার অসিগী অঙ্গ (factors) মরি লৈ। মদুদি :—

[১] চাংদম্নারিব পোৎ নত্রগা বিষয়বু উপমেয় কৌই। 'থম্বান্দোনা কজব মায়থোং'—মসিদা চাংদম্নরিব-পোৎ—মায়থোংনি,—অদুনা উপমেয়নি। মায়থোংতবু ঐনা বর্ণনা তৌরি, অদুনা 'মায়থোং' মপুংনি, মসিদা থম্বানগা চাংদম্নদনা থাগা চাংদম্নবদি—'মায়থোং' উপমেয় অদুমক লেঙদনা লৈনি। অদুনা আলঙ্কারিকশিংনা উপমেয়বু 'প্রকৃত', 'বর্ণনীয় বিষয়', 'প্রস্তুত'—নচিংব Technical terms শিজিন্নৈ।

[২] চাংদম্নবদা পোৎ অমগা তুলনা তৌনৈ ; মদুবু উপমান কৌই। (হায়বদি, মক্ষম অয়াম্বদা হকথেংননা অমদি ইমাঙদা লৈতব-পোৎ অমা হায়দুনা মহাক্কা তুলনা তৌনৈ—মদুবু উপমান কৌই)। মথক্কী (১) দা য়াওরিব খুদম অসিদা 'থম্বান' উপমানি। মরমদি মাঙদা লৈতব-থম্বানগা মায়থোঙ্গা চাংদম্নরি। উপমান হকথেংনদব, মপানগী পোৎনি, অদুনা 'অপ্রস্তুত', 'অপ্রকৃত' নচিংব technical terms শিজিন্নৈ।

[৩] উপমেয়গা উপমানগা তুলনা য়াহল্লিব ধর্ম্ম হায়বদি গুণবু সামান্য ( সাধারণ ) ধর্ম্ম কৌই। 'থম্বান' অমস্তুং 'মায়-থোং'—গী সাধারণ ধর্ম্ম ( গুণ ) 'কজবা' নি। হায়বদি উপমেয় অমস্তুং উপমানগী সাধারণ পোৎ (common property) নি।

সাধারণ ধর্ম্ম অসি পোৎকী—শক চু, গুণ, থবক, অবস্থা—দা মপুং ওই। 'থম্বান্দোনা কজব-মায়থোং'—অসিদা উপমেয় অমস্তুং উপমান্দা কজবা-গুণ লৈ—হায়বা তাকই। কজবা-গুণ সাধারণ ধর্ম্মনি।

[৪] মান্নবা, মাম্বা, গুম্বা, দৌনা—নচিংবসি মান্নব-খঙনব শব্দনি। মখোয়সিনা উপমেয়গা উপমানগা অমত্তদা শম্নহল্লি—মরি লৈনহল্লি। মখোয়সিবু সাদৃশ্য-বাচক ( মান্নব-খঙনব ) অমদি 'বাচক'-তা হায়নৈ।

খুদম—[ক] দময়ন্তী রতিগা মান্নবা কজৈ, সীতাগুম্না মপুং-রোইব নিঙিঙ, অদুগা মাগী অঙ্গকান্তি থাবল্দোনা লঙিঙ।

মসিদা—

| উপমেয় | উপমান | সাধারণ ধর্ম্ম | বাচক (খঙনব-য়াহৈ) |
|---|---|---|---|
| দময়ন্তী | রতি | কজবা (গুণ) | মান্নবা |
| ” | সীতা | মপুরোইব নিঙবা (গুণ) | গুম্না |
| ” | থাবল | অঙ্গকান্তি (কুচু) | দৌনা |

[খ] শব্দার্থগুম্ পকৃশিন্নবা শব্দার্থ মুন্না খঙনবা।
খুরুমৃজৈ হর-গৌরীদা জগৎপূযৈ মমা মপা ॥ (রঃবং ১।১)

| উপমেয় | উপমান | সাধা: ধঃ | বাচক |
| --- | --- | --- | --- |
| হর | অর্থ | পক্‌শিনবা | |
| গৌরী | শব্দ | থানদবা (অবস্থা) গুম্‌ | |

[গ] কিব-মেঙব রাজগুম্না লৈতেংলব মহাক্নি।
শা-ঙা-রত্নগী মরম্না সমুদ্রনা তৌ'গুম্বনি॥
মথাপোম্ব প্রজাশিঙ্গী কিনকম্নি চঙজকম্নি॥ (রঃবং১।১৬)

মসি 'উপমা কালিদাসগী'নি—হায়বগী অকাওব থুদম অমনি। উপমেয় 'মহাক্‌' ( দিলীপ ), উপমান 'সমুদ্র'। শা-ঙা লৈবনা মীনা কিন্থনা সমুদ্রদা পাক্‌ চঙবা ঙমদে, অহুবু রত্ন পামহুনা চঙনৈ। অহুগুম্না প্রজাশিংনা নিংথৌদা পাক চঙবা ঙমদে, করিনা দিলীপকী অকিব-গুণ লৈ ; অহুমকপু অমেংব গুণ লৈবনা প্রজাশিংনা মতোন্দা চঙজে। হায়বদি দিলীপ কস্তবগী কিনকম অহুগা অকবগী চঙজকম্নি। মসিদা—'কিব-মেঙব-রাজগুণ' উপমেয়, 'শা-ঙা-রত্ন' উপমান। অহুনা পূর্ণোপমানি।

[ঘ] অনৌব মম্নোল মতৌগুম্‌ মেঙনা লংবী মচু ঙাঙবী,
মরাইবক্তা হায়রপ খোয়ব অঙৌব মতু হৌরিবী,
নিংথিরম্মী সন্ধ্যাগুম্না অনৌব থানা লৈতেংবী॥ (রঃবং১।৮৩)

মসিস্থ কালিদাসগী চমৎকার উপমা অমনি :—মকম্‌-মতম্‌ নিংথিজনা চুনবা। নন্দিনী উপমেয়, সন্ধ্যা উপমান। নন্দিনী অমস্থং সন্ধ্যা অনিমক আশ্রমদা থুঙওয়ে। অনিমক অঙাঙবীনি। নন্দিনীগী মরাইবক থা-মচেৎ শানা তাঙিঙ অহুগা সন্ধ্যাগী

আকাশগুম মরাইবক্তা অনৌব-থা ( প্রতিপদগী থা ) থোকই। মসিদা সাধারণ ধর্ম্মস্ন উপমেয় উপমান ওইরে। পূর্ণোপমানি।

[ঙ]   ×   ×   ×   থাওমৈ অমগা, মহুত্তংদ চু খব
অতোপ্প থাওমৈগা, ভাবগুম চপ নাংন । বীঃকাঃ৯ ৫৯·৬০)

মসি জাহ্নবীনা শান্তনু রাজাদা ঃ নবান। উপমেয়-শান্তনু অমস্তুং দেবব্রত ( ভীষ্ম ), উপমান মথ শংনা 'থাওমৈ অমা' অমস্তুং 'অতোপ্প থাওমৈ'।

[চ]   সমুদ্রগী ময়ায়দা লক্ষ্মী-সরস্বতী অমা, খব্রাংনা লৈবগুম্না লতা কুঞ্জনুংদা নূপীমচা অনিখক····· উরে।- উপমেয়—নূপীমচা অনি (উরীরৈ মাধবী) উপমান—লক্ষ্মী-সরস্বতী।
(মাধবী)

উপমা-মথল কয়ামরুম শুই ;—পূর্ণোপমা, লুপ্তোপমা, মালোপমা, স্মরণোপমা, মহোপমা, প্রতিবস্তূপমা অমস্তুং বিম্ব প্রতিবিম্বোপমা।

**পূর্ণোপমা**— উপমাগী অঙ্গ ( factors ) মরিমক য়াওব উপমাবু পূর্ণোপমা কৌই। মথক্কী (খ), (গ), (ঘ) অমস্তুং (ঙ) খুদমশিংসি পূর্ণোপমানি।

[ক]   নুংশিবিত্থনা বিধাতা ঈশিং চাইত্থনা য়োকপিবা।
মহৈ য়ান্দবা আশ্রমগী পাম্বী মচাগুম খন্দুনা।
ইচা লৈতব ঐহাক্কী করিগী রারোই গুরুনা॥ (রঃবং ১৭০)

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধর্ম্ম | বাচক |
|---|---|---|---|
| মচাপোক্তব | মহৈ য়ান্দব | অরাবা | গুম্ |
| দিলীপ | পাম্বী | (অবস্থা) | |

মসি কালিদাসগী উপমা অখোইবনি। দিলীপ্পা আশ্রমগী নাক্ শ্রেংকী অবস্থাদগী ( environments ) উপমান অসি লৌ-বনি। মসিদা দিলীপ্পা হায়'রে – হে ভগবন্! আশ্রমগী পাম্বী অমবু ঋতু মতমদা মহৈ য়াম্দবা উৎদা গুকনা কয়া য়ারি—পাম্বীশ্বু ঐশু গুকগী নচাওশ্বন। অতুম ঐগী ইচা পোক্কবনা গুকদা করিগী অবাবা পীরোইদগে ?

[খ] চংলি মতম খোঙাইসে ইম্ন এন নুংাইব পরেংনা।
উরু-উক নৈব গুম্না কাঙ, গী মশা পারেংনা॥ (স্বঃবাঃনঃ১।৪)

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| অরা-নুঙাইবা | কাঙখোং | মখং মথং | গুম্না |
| | মশা | চৎপা (গতি) | |

[গ] হিংচাব লান্দা হৈশিংব নীকং বত্রাগা তক্কব,
পাঙ্গল-খোনা-চাং নৈতব, জাংকী চাব-মরিল্লেব,
নিংথৌরেন রঘু অতুগুম্ব নং ওইরে জগত্তা লংলব
গুণ পূম্নমক্কী তুলন্বু। (প্রঃ নাঃ ৪।১০)

মসি—ভরতকা উনবদা লক্ষ্মণা ভবত্তা বর পীখিবনি ;

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| নং (ভরত) | নিংথৌরেন রঘু | হি চাব… …মরিল্লেব | (গুণ) গুম্ব |

[ঘ] … … … … রবি কায়নবদা,
পদ্মিনীনা শ্বাবদগী মকা উম্শিম্বগুম্ ,
তম্থিব প্রাণ উম্শিল্লে নহাক নৈতবদা। (বীঃকাঃ৬।৫৩-৫৫)

| উপমেয় | উপান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| মহাক (অর্জ্জুন) | রবি | অরাবা (অবস্থা) | গুম্ |
| দ্রৌপদী | পদ্মিনী | | |
| প্রাণ | মকা | | |

[ঙ] × × নোংথাং কুপ্পগুম্ ইরং ইরং লংনা
পাইরম্মী তেম্মপৈ মপৈ, আকাশদা হুইশ্
হুইশ্ লাউনা। (মেঃ বঃ কাঃ ১।১৬০ ৬২)

মসিদা—উপমেয় 'তেম্মপৈ'; উপমান—নোংথাং কুপ্পা, সাধারণ-ধর্ম্ম—'ইরং-ইরং লংনা', বাচক—গুম্।

[চ] × × সিন্দুর বিন্দু নিংখিরে লাইবক্তা,
মুমদাংরাই-লাইবক্তা, কৈজে। তারা-রত্নগুম্না! (মেঃ বঃ কাঃ ৪।৮৫ ৮৬)

—সরমানা সীতাগী লাইবক্তা সিন্দুর নম্বনি।

উপমেয় 'সীতাগী লাইবক', 'সিন্দুর বিন্দু'; উপমান 'মুমদাংরাই-লাইবক (আকাশ), তারা-রত্ন। সাধারণ ধর্ম্ম 'নিংখিবা' বাচক—গুম্না।

[ছ] শাতাম্বগী লাং উরবদা শজী অমোম্না মমিৎ তথক তথক য়েংবগুম্ উপায় লৈত্রবী উরীরৈ অদু--তুংদা থোক্কদব অরাবগী রাখল খম্বদা থোইদোক্না মিপাইরে। (মাধবী)

—উপমেয়—উরীরৈ, তুঙ্গী অরাব রাখল্,—উপমান—মথং-শিৎনা—শজী অমোম, শাতাম্বগী লাং; সাঃ ধর্ম্ম—মুংশাখিব দশা, বাচক—গুম্। অদুনা পূর্ণোপমানি।

[জ] অশংব-নাপীনা কূপ্পব পাৎশিং অহু করাংজি অশংব থাহনা থম্বগুম্বা নিংখিজরি। (মাধবী)

উপমেয়—অশংব-নাপী-কূপ্প পাৎ, উপমান—অশংব করাংজি থাব-লম্, সাঃ ধর্ম্ম—নিংখিজবা (গুণ) বাচক—গুম্।

[ঝ] গোমুখীগী নাপোম্দা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল্ কাংনা চেম্বগুম্
থমোইহ লকানুংহুদা
শিন্থরূপ লাইজনা
মিৎলুগী নাপোম্ থূম্লরি। (খাঃ লৈঃ)

উপমেয়—থমোইলকা, লাইজ, মিৎলু নাপোম; উপমান—মথংশিৎনা গোমুখী নাপোম, গঙ্গা, অকাংব-ঈচেল্; সাঃ ধর্ম্ম—থম্বা (অবস্থা), বাচক—গুম্।

[ঞ] লোইদাম্-থাবুম কাবগা
রাঙ্গোন শংজিন্ তাবগা
অমং য়াইথোং কূম্বনা মিনা-হকচাং ইথগুম্
তাইবং খুত্নং লীরকই। (খাঃ লৈঃ)
× × × ×

উপমেয়— অমং-য়াইথোং কুম্ব, তাইবং, উপমান— মিনা, হকচা,—সাঃ ধর্ম্ম—তুংইম্বা, বাচক—গুম্।

**লুপ্তোপমা**— উপমাগী-অঙ্গ অমা, অনি অমদি অহুম য়াওদব মতমদা লুপ্তোপমা অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

[ক] নপাখি শরচ্চন্দ্র, নমৌ শরচ্চন্দ্রা
তাৰা লুহুপ খোংবী অহিং মান্নবী নহাক্না
রাক্ষসশিঙ্গী মবেম্মা ? ( মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৫৩-৫৫ )

—ইন্দ্রজিৎ প্রমীলা অনিনা মন্দোদরীদগী বিদায় লৌগে চৎখি। মন্দোদরীনা শিব-মন্দিরদগী হেক থোরকপদা মঙোন্দা অনিনা পুষ্পাঞ্জলি মসদা কবিনা :—

| উপমেয় | উপমান | সাঃ ধঃ | বাচক |
|---|---|---|---|
| নপারি (ইন্দ্রজিৎ) | শরচ্চন্দ্র | — | — |
| নমৌ (প্রমীলা) | শরচ্চন্দ্রা | — | — |
| নহাক্না (মন্দোদরী) অহিং | | — | মান্নবী |

[খ] মাগী তুংদা শূল-পায়বী বীরাঙ্গনা রক্তা
প্রমীলা, তারা মপৈদা পূর্ণচন্দ্র ঙুম্না। (মেঃবংকাঃ৩।৩৮৪ ৮৫)

উপমেয়—'প্রমীলা', বীরাঙ্গনা'; উপমান—'পূর্ণচন্দ্র', 'তারা'; সাধারণ ধর্ম্ম য়াওদে; বাচক—ঙুম্না।

[গ] মায়থোং শরৎ থাজ মান্বী প্রমীলা শুন্দরী। (মঃ বঃ কাঃ)

উপমেয়, 'মায়থোং' উপমান, 'শরৎ থাজ' বাচক—মান্বী; সাধারণ ধর্ম্ম—য়াওদে।

[ঘ] মহুম্ শাহুনা মুঙাইনা, মনঃসিদা চেক্লা
লৈজরম্মী; ব্যাধ শানা লাক্কুনা করিগী
মাবু হাৎনৈ ? × × × ( বীঃ কাঃ ১।১৪৯ ৫১ )

* মালোপমা — উপমেয় অমগী উপমান অমদগী হেল্লবদি মালোপমা কৌই। হায়বদি উপমেয়না অমা, উপমাম্না ময়াম্। মহুদি :—

(ক) প্রলয়গী মতমদা লেঙবগুম্ মেরুনা,
ওয়থক্ য়েদব কংবগুম্ সাগরনা,
মকোইত্ত মউব তাবগুম্ সূর্য্যনা,
নিংথৌগী দেহ-মন্ পথংরে রাবনা ॥ (প্রঃ নাঃ ২।১)

মসিদা—উপমেয়, নিংথৌ ; উপমান, মেরু, সাগর, অমুগা সূর্য্য।

(খ) × × মাননীয়া বৈদেহী লৈয়ে অসিদা—
হাইহৎলে নাপী নিঙেঙাল্গুম্,
হাইরে লৈশাংপী উরীগুম্ ॥
নক্কৎলে পাপী মাবম্না।
হুত্রে বন্দে তপ্‌কী কল্গুম্ ॥ ( প্রঃ নাঃ ৬।২ )

মসিদা উপমেয়—বৈদেহী (সীতা), উপমান—নাপী নিঙেঙাল, উরী অমসুং তপকী কল।

(গ) ... ... ... ... মহিষ নৈহৎপী
দুর্গাগুম্না সিংহথক্তা, ঐরাবত্তা শচী
ইন্দ্রানী; গরুড়-থক্তা রমা উপেন্দ্রগী
প্রিয়া, ওাল্লি থৌনা কবী সতী বড়বাদা। ( মেঃ বঃ কাঃ ৬।৩৯০-৩)

---

*যদোপমেয়স্যৈকস্যোপমানং বহু দৃশ্যতে তদা মালোপমা। সাঃ দঃ

মসিদা—উপমেয়—সতী ( প্রমীলা ), উপমান—দুর্গা, শচী, রমা।

(ঘ) দময়ন্তী কনৌ রতিগুম্না,
মপুরোইব নিঙিও সীতাগুম্না,
অঙ্গকান্তি লঙিও থাবল্‌গুম্না।

উপমেয়--দময়ন্তী ; উপমান—রতি, সীতা, থাবল।

(ঙ) মায়থোং মকৃশিল্লে দেবীগী, আহাহা, মাগৈদা
খনি-অমম্ব-গর্ভদা (কংদব মকমদা
সূর্য্যগী মঙান্ করিম্ন ) সূর্য্যকান্ত মণি,
নত্রে তয়াল্ চিম্বান্-রমা সমুদ্র গর্ভদা। (মেঃবঃকাঃ৪।৫৩-৫৫)

উপমেয়—দেবী (সীতা), উপমান—সূর্য্যকান্ত মণি, রমা।

(চ) দীনবন্ধু, পোকৃখি নাথ মকম্ কস্তবদা।
খনি-গর্ভগী মণিগুম্; কোঙ্গেং নুঙ্গী মুক্তা ! (বীঃকাঃ৩।৩০-৩১)

উপমেয়, নাথ (দ্বারকানাথ), উপমান, মণি অমসুং মুক্তা।

(ছ) অহিঙ্গুম্বী, ককবীও, থাপা তিম্নবদা
মম্‌দবী ; অহিঙ্গী মৈরীগুম্বী মৈখু মপৈ
য়াঙদবী ; × × × (বীঃ কাঃ ১০।৫০-৫২)

উপমেয়, ককবী ( উর্ব্বশী ), উপমান,—অহিং, মৈরী।

(জ) বীরেন অহু মম্বনা শুক্লংলব মীগুম্না অমদি কিনা শাব
লাইকদিরীগুম্না·········চপ লেপ্তুনা লৈরে। (মাধবী)

—উপমেয়—বীরেন, উপমান—(১) মম্বনা শুম্ব মী, (২) কিনা শাব লাইকদিবী।

(ঘ) মচা কাঞ্চবী শজি অমোম্না,
মৈচাক্ খাঙবগুম্ চেক্কো গ্রনা,
উনাথক্কা তাগুম্ অহিং লীক্লানা,
পি শিন্থরী; মৈচাক্ খাঙলি ওয়া খোইনা। ( মাধবী )

মসিদা—উপমেয়—উরীরৈ মমা (understood)—উপমান (১) শজি-অমোম, (২) অহিং লীক্লা।

নারক্কা শাৎপ লৈরাংনা
নম্বিনবা রাওদনা
অরেম্বদা কেষগুম্
ঈয়াইদা লোৎপ মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙাষগুম্,
... ... ... ... ...
মণিপুর সনা লৈপাক্লা
অরেম্বদা ঙাক্লম্মী
অরেম্বদা শাৎলম্মী
খঙবিনবা লৈতনা। ( খাঃ লৈঃ )

মসিদা—উপমেয়—মণিপুর, উপমান—(১) লৈরাং, (২) মণি। মসিদা 'কেষগুম্' গী মহুক্তা 'শাৎপগুম্' হায়রম্রবদি 'অরেম্বদা শাৎলম্মী' বাক্যাংশ অসি নিংথিজগদবনি। মসিদা ভাব কায়বা দোষ লৈরে। করিনা—'কেষগুম্' হায়রবনিনা 'কেল্লম্মী' হায়বা তাবনি। তশেংবদি মহুদি নত্তে।

(ট) লাইজ-ঈপাক্নুং'দা লোতুনা লৈব মণিগুম্,
শোংলব নারক্ মনুংদা লোয়া শাৎপ·লৈরাঙ্গুম্,
উবিননবা য়াওদনা খঙবিননবা লৈতনা,
অরেম্বদা মাঙখরে মতম ঈপাক্না তিন্দুনা।
... ... ... ... ... ... ... (থাঃ লৈঃ)

মসিদা উপমেয়—পলেম-পম্বৌ, (উহ্য) উপমান—(১) মণি, (২) লৈরাং।

(ঠ) নোংদোন্ অতিয়া খক্কুদা
... ... ... ... ...
নোংখাংনা অগোই শাবগুম্ অয়ুকী য়ুরাগা পাইবগুম্
তাইবং লীলাগী কথাক্না
উৎলয়গা মাঙ্ঘোইত্রা ? ( থাঃ লৈ )

মসিদা—উপমেয়— মীওইব (understood), উপমান—(১) নোংখাং, (২) য়ুরান্।

**মহোপমা**— মহোপমা অলঙ্কার অমা নত্তে, অদুনা আলঙ্কারিক অয়াম্বনা উপমাগী মখল অমা ওইনা লৌনদে। উপমানগী কজবা য়ায়া হেল্‌হন্দুনা মপুং ফানা অনৌব মশক্ অমা ওইহনবা উপমা অদুবু মহোপমা কৌই। মহাকাব্যতদা বিশেষ ওইনা অলঙ্কার অসি শিজিন্নৈ। অসিগুম্ব জাৎকী উপমা ইংরাজীদা Homeric simile অমদি Epic simile কৌনৈ। উপমেয় থাদোক্লুনা উপমানদুবু বিশেষ ওইনা সাজাই ; অয়াম্ব মকমদা উপমানগীম্ব অনৌব উপমা পীনৈ।

× × থুনা য়াঙনা খোক্লম্মী অনিনা।
পান্থ-অমোম্ লৈত্রিবৈঙেদা, শাদাম্ব মতৌগুম্,
মচা হাৎলগা, মুংশিংমুক্ য়াঙনা স্বয় থবেৎ
হোম্না প্রাণ্ পুম্ননা চেম্ব, খন্দুনা, থুদক্তা
হাৎলয়নি তম্থিবীনা, উবদা অশিব
মচা, গতি লৈত্তম্ননা রাবনা। অমদি
দ্রোণপুত্র অশ্বত্থামা রথীগুম্, হাৎলগা
অতূম্ব অঙাং মঙাবু পাণ্ডব-লাঞ্জংদা
অহিংদা, মপাম্মোক্লগা, মোম্মুক্ য়াঙনা চেম্ব,
অথুক্-হয়াওনা খোয়রাংব, দুর্য্যোধন-তাম্না
কৈগন্ তেক্প কুরুরাজ কুরুক্ষেত্র লান্দা। (মেঃ বঃ কাঃ
৬।৭০৫-১৫)

মসিদা— [ অনিনা ( বিভীষণ অমসুং লক্ষ্মণ ) উপমেয়, অহুগা উপমান অনিনি— শাদাম্ব অমসুং অশ্বত্থামা। ] অহুনা মালোপমা ওইনা লৌই। মালোপমামাক্, অহুবু মহোপমাগী মশক্-মওং মসিদা য়াওয়। শাদাম্ব অমসুং অশ্বত্থামা উপমান অনিগী বর্ণনাদা অনৌব নিংথিবা অমা কাবনা শেম্বিয়ে। অহুনা মহোপমাগী থুদম্নি।

## স্মরণ অমসুং স্মরণোপমা।

করিগুম্ব পোৎ অমা খেংনবদা অমদি নিংশিংবদা ধর্ম্ম মান্নব অতৈ পোৎ অমা নিংশিংলক্লবদি স্মরণোপমা অলঙ্কার ওইগনি। পোৎ অমা নিংশিংবদা মহুগুম্ব অতৈ পোৎ অমা—মান্নবম্ব— মান্নব্রম্মু, মান্নত্রগনা সাধারণ ধর্ম্ম মান্নবদগী, নিংশিংলকপদা

স্মরণোপমা ওইনি। মসিদা উপমেয়-উপমানগী লক্ষণ য়াওগনি।

অদুগা পোৎ অমা নিংশিংবদা অতৈ অমদি মান্নদব পোৎ অমা নিংশিংলকপদা চমৎকার ওইনা নিংথিরবদি স্মরণালঙ্কার ওই। মসিদা উপমাগী লক্ষণ য়াওরোই। মদুদি—

[ক] ... ... ... সতী সাধ্বীনি মহাক্কি,
'দুনা অসুক্ য়ারি মহাক। মাবু খল্লুবদা
নিংশিংলকই পূণ্যবতী সতী সীতাগী য়া।

মসিদা উপমাগী হৌনবা য়াওদে, অদুগা অমা নিংশিংবদা অতৈ মান্নব পোৎ অমসু নিংশিংলকই। অদুনা স্মরণালংকারনি।

[খ] মকারাম্ব-মায়্থোংনঙ্গী, য়াজন, উবদা।
অশাংপ-থম্বান্ চামানিপান্ নিংশিংলকইদা।

মসিদসু উপমাগী লক্ষণ য়াওদে। মান্নদব পোৎ নিংশিং-লকপদসু স্মরণালঙ্কার ওই। (বিশ্বনাথ)।

## স্মরণোপমাগী খুদম্ঃ—

[ক] বৈরীভয় মহারথী পার্থনা, যজ্ঞগী
শগোল্ লোয়নদুনা নারী-দেশদা চৎবদা,
দেবদত্ত মোইবুং খোন্দা শাউদুনা, হয়াওনা
সাজিগুম্না বীরাঙ্গনা লান্-কুম্মৈ তৌনবা,
ইদুন্ কারে মাইগৈ মরি দুন্দুভি ধ্বনিনা;
নূপী তেজোল্ বীর মৎনা ওাওদুনা খোয়ক্লে। (মেঃ বঃ কাঃ
৩।৪৫-৪৯)।

মসিদা—প্রমীলানা লান্গী সাজন্ তৌবা মতম্দা কবিনা 'বীরাঙ্গনা' (নারীদেশগী প্রমীলা) না মমাঙৈদা পার্থগা লান শোক্নবগী সাজন্ তৌখিবহু নিংশিংলক্তুনা—মহুগা উপমা তৌরি। উপমেয়—সতী প্রমীলা—উপমান—নারীদেশগী প্রমীলা। অহুনা স্মরণোপমানি।

[খ] রাবনা ফিংব রথীনা, লামহুনা পায, থুনা
শঙ্খ, ঘণ্টা, খুদোন্-পাত্র, লৈরম্বা খৈদো
যজ্ঞ শংদা, হুঙ্গিলম্মী অমমম্ শাউহুনা ;
অভিমন্যু রথীগুম্না, রথী তরেৎ পুনা
খুৎলাই পায়হন্দব লান্দা, অমুক্ত থুদেক্পা
রথচূডা, রথচক্র ; অমুক্ খাং থুদক্পা,
চুঙ্গোই কক্ই, লান্কী শেগাই, ফংব-মখৈ খুৎনা। (মেঃবঃকাঃ
৬।৬০১ ০৭)

মসিদা— রথীনা (মেঘনাদ—উপমেয়) অকংব- অকংব পোচ্চে লক্কন্দা লংশিন্দা কবিনা মমাঙৈদা অভিমন্যুগী (উপমান) অবস্থা নিংশিংলক্তুনা তুলনাতৌহুনা বাণবিবি।—অহুনা স্মরণোপমানি।

## প্রতিবস্তূপমা।

উপমেয় অমসুং উপমান অনিগী মরী তোঙান-তোঙাক্ বাক্যদা অতোপ-অতোপ্প শব্দনা সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তনা তুলনা তৌরবদি প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কার ওই। মসিদা অঙ্গ (factor) অহুম লৈগদবনি।

[১] উপমেয় অমসুং উপমানগী মরী লৈনব বাক্য অনি।

[২] বাক্য অনিগী সাধারণ ধর্ম অমত্তদি ওইরগা তোঙান-তোঙাৰ শব্দনা মশক্ তোঙানা উৎলগা তাৎপর্য্যদা অর্থ মাম্নবা।

[৩] সাদৃশ্য-বাচক শিজিন্নদবা। সাধারণ ধর্ম্ম তোঙাৰ ভাষাদা উৎপবু বস্তুপ্রতিবস্তুভাব কৌনৈ।

[ক] গুণ-দোষ মুন্না খঙব জ্ঞানীশিংনা তাদৌবনি।
অক কন্তবা সনাগী মৈতদা চাং-য়েংনবনি ॥ (র: বং ১।১০)

মসিদা—'গুণ-দোষ মুন্না খঙব জ্ঞানীশিং'·········উপমেয় 'সনা অক-কন্তবা য়েংকম্ মৈ ········উপমান 'তাদৌবনি' অমসুং 'চাং-য়েংনবনি'—ভাবা তোঙাৰ অনিসিনা তাৎপর্য্যদা সাধারণ ধর্ম অমা তাক্লি। হায়বদি মৈনা সনা অক-কন্তবা লেপ্লি। জ্ঞানী-শিংনসু গুণ-দোষ লেপ্লি। অদুগা সাদৃশ্যবাচক শব্দ য়াওদে। অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[খ] প্রজ্ঞাশিঙ্গী উন্নতিগী লৌই কয় মখোয়দগী।
নুমিৎনা য়াম্না পীনবৈ রস চূপ্পী পৃথ্বীদগী ॥ (র: বং ১।১৮)

মসিদা— প্রজ্ঞাশিং ··· ··· ··· উপমেয়
পৃথিবী ·· ··· উপমান

'কয় লৌই' অমসুং 'রস চূপ্পী' তোঙাৰ শব্দনা তাৎপর্য্যদা অর্থ মাম্নব-সাধারণ ধর্ম্ম অমা উৎলে। বাচক-শব্দ য়াওদয়ে; অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[গ] খুম্নম্মী রঘুনাথনা, "মহা বৈরী ঐগী,
হে সাবণ, নবুঙোদা ; 'তুবু মাই-রাবদা
রারে থোইনা তেম্না ঐনা, হায়রিসি নঙোন্দা !
উবদা রবি রাহুনা উম্ব, কায়দে কনাই
থম্মোই ? পামেন্নিংথৌ চাক্পা মহাক্নী তেজনা
উমংদা, মক্‌শিল্লি মমায় মাম্থু মতম্ 'মদা ! (মেঃ বঃ কাঃ
৯।৯১-৯৬ )

মসিদা—উপমেয়—ঐনা ( রাম্না ) বাক্য অমদা ; উপমান—[১] কনা ( রাহুনা উম্ব ব'বি উব মী ) অদুগা [২] মহাক (পামেন্-চাক্‌প) ; 'রারে', 'থমোই কায়' অমসুং 'মমায় মক্‌শিল্লি' রাহৈ তোঙাম্বনা অর্থ অমত্তা ফোংদোকপনি। বাচক শব্দ য়াওদে ; উপমান অনিনি—অদুনা মালা-প্রতিবস্তূপমানি।

[ঘ] ·········পতি নিংবী রমণীনা, মনাই—
মশল্ লোয়নদুনা পতি নাক্তা চৎপরনে ?
মথন্তা অযুক্তা, প্রভু, নুঙ্গা চক্রবাক্না
চৎলি মবুঙো নাক্তা ! × × [মেঃ বঃ কাঃ ২।৪০৯-১২]

মসিদা উপমেয়— রমণী ( উমা ) ; উপমান— চক্রবাক ; 'লোয়নদুনা চৎপরনে' হায়বদি 'চত্তে' হায়বা কাকু—বক্রোক্তিনা তাক্‌ই, অদুনা 'মথন্তা চৎলি'—হায়বগা রাহৈ তোঙাম্বনা অর্থ মামনা উৎলে। অদুনা প্রতিবস্তূপমানি।

[ঙ] লঙ্কাগী বিভব মখৈ, হায়বা কনা ঙম্মি—
লাইনা পাম্নে, কল্পরুরি দৈত্য ? কনা ঙম্মি
সমুদ্রে রত্ন শিংথাবা, অতিয়াগী তারা ? [ মেঃ বঃ কাঃ
৬৩৩৮-৪০ ]

উপমেয়—লঙ্কাগী বিভব, উপমান 'সমুদ্রগী মন্ত্র, অদুগা 'অতি-য়াগী তারা'। 'হায়বা', 'শিংখাবা'— তাৎপর্য্য মাইম হায়বদি 'ভমথৈ লেপ্পা' হায়বনি। অদুনা মালা প্রতিবস্তূপমানি।

প্রতিবস্তূপমাগী ময়মদা মমন্ য়াম্লব রা অনিদং লৈ :—
অহান্বদা—প্রকৃত ( উপমেয় ) অমসুং অপ্রকৃত ( উপমান ) দা সামান্য-বিশেষ ভাব (general-particular-idea) সুমৈ লৈতে। অনিমক সামান্য ওইবা নত্রগা বিশেষ। সাদৃশ্য মূল অলঙ্কার মথৈগী মসি সাধারণ লক্ষণনি। অনিশুবদা— বাক্য অনিদা উপমেয়—উপমান অমসুং বস্তুপ্রতিবস্তুভাবকী সাধারণ ধর্ম্ম লৈরবসু প্রতিবস্তূপমা অলঙ্কার মফম পুম্নমক্তা ওইদবা য়ায়। মদুদি :—

শম্লাং-চবুন তম্না তারি নঙ্গী নরাইবক্তা।
সুভাইনা উইরি খ্বাংজেংব সা থম্বাম্লেকাদা॥

— 'তম্না তারি' অদুগা 'নুভাইনা উইরি'—তাৎপর্য্য মাইম—বস্তু প্রতিবস্তু ভাবকী ( মশাগা-মমিগগী sense ) সাধারণ ধর্ম্মনি; উপমেয়—'শম্লাং চবুন্', উপমান— 'খ্বাংজেংব'। অদুনা 'প্রতি-বস্তূপমা' নি হায়না খল্লি; অদুবু হেক্ য়েংবদা বাক্য অনিনি; অদুবু 'মাল্লে' হায়ব রাহৈনা অনিবু মিলাইরি—'মাল্লে'-উহ্য-নি। ( understood )—'শম্লাং চবুন্ নরাইবক্তা তারিবদু খ্বাংজেংবনা সা থম্বাম্লেকাদা তোংবা মাল্লে'— অদুনা প্রতীয়মান-উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি।

## (খ) উৎপ্রেক্ষা।

উৎপ্রেক্ষাগী অর্থ চিংনবা। উপমেয়বু য়াম্না মান্নবদগী উপ-মান্নি হায়না চিংনববু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই। অমরোমদা উপমান্দা উপমেয় ওইরমাল্লে লৌববুসু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই। মসিদা চিংনব-ভাব লৈগনি, চিংনবা অসিদা উপমান্না হেন্না কন্‌গনি।

উৎপ্রেক্ষা মখল অনিনি— বাচ্য-উৎপ্রেক্ষা অমসুং প্রতীয়-মান ( গম্য ) উৎপ্রেক্ষা। অনি অসি নত্তবা মালোৎপ্রেক্ষা কৌব অমা আলঙ্কারিকশিংনা হায়নৈ।

বাচ্যোৎপ্রেক্ষা ( বাচ্য+উৎপ্রেক্ষা ) 'গুম্', 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইরমাল্লে'— অসিনচিংব—ওইবয়াবা ( সম্ভাবনা ) খঙনব-য়াহৈ য়াওবদা বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার ওই।

[ক] 'গুণ পূর্ণ ওয়ব গুণগা পোক্‌মিন্নগুম্ কায়নদে'। (র:বং১।২২)

মসিদা 'গুণগা ওয়ব গুণগা'—উপমেয়, 'পোকমিন্নব মচিন্-মনাও'—উপমান—উপমানগী 'পোকমিন্নব' হায়বসি উপমেয়দা ওইরমাল্লে হায়না চিংনরে। অদুনা উৎপ্রেক্ষানি।

[খ] আশ্রমগী য়াবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা।
কোয়শিনগুম্মী তেঙ্গোন্না মতিক্ মঙান্ উবদা। (র:বং ১।৩৭)

মসিদা—উপমেয়—রাজা দিলীপ—মনাই য়ামদ্রবসু মতিক্-মঙান্ উবদা ; নিংথৌ ( উপমান ) তেঙ্গোন্ময়াম্না কোয়শিন্দুনা চৎপমাল্লে লৌরে। অদুনা উৎপ্রেক্ষা।

[গ] চুমথ্রিং চুম্না ইশন্ শন্না মতং মতং ইচাই চাইনা,
অমুক্ পাইখৎ অমুক্ পাইথ লৈথোক্-লৈশিন তৌরহনা
সপ্তর্ষিমণ্ডল্ মতৌংগুম্ খোইদ্রিং খোইথ্রাং তৌন পাইবা,
মকু হুবত ঙাযবিবা লৈলগী মবুক্কুম্ লংলবা,
অতিয়াগী সীমানাবু অনিথোক্লা খায়গুম্লবা। (স্বঃ বাঃ ৪।২)

মসিদা উপমেয উবোক মযাম পাইরবত্থ উপমান অঁতন্না— অনিথোক্লা খায়বমাল্লে হাযনা চিংনবে। 'খাযগুম্লবা' য়াওবনা বাচ্যোৎপ্রেক্ষানি।

[ঘ] চাক্হন্নবৈ নিয়তিগুম্মী মবোল অহুম্মক্।
লক্ষ্মণগী লাইবক্কী অশুকপ পশুম্নদা। ( প্রঃ নাঃ ১।২১ )

মসিদা লক্ষ্মণগী অশুকপ পিশুম (উপমেয), নিয়তি (উপমান) গুম্ লৌরে।

[ঙ] তাহ্নুনা লৈ কনাগুম্ব নিংথৌ মাখ নহা অমা। [প্রঃনাঃ ৩।১৪]

নহা অমা ( উপমেয ) নিংথৌ ( উপমান ) ওইনা চিংনরে।

[চ] মখোম্নো কনাগী মখোনগুম ইপাগী।
নোং খোংববু নক্ষাৎপ গম্ভীর মওংনি।
খল্হন্ন থমোইদা ওইবান্ন মক্কপ্প।
স্বর নুংশিব চঙখ্রে চঙনিঙন ইনাদা॥ [ প্রঃ নাঃ ৪।৬ ]

[ছ] × × × ×
খোম্থোক্কম্ চপচানা শেংনা ময়েক্ মযাম্ হায়দোকপনা।
নীঙহল্লে কিদব পীব থৌরাঙ্গুম্ বর্ণ মরিদা॥ [প্রঃ নাঃ ৪।৭]

[জ] তারম্মী অকপ্প মখোন্ ; ইমা বনদেবী,
মনাই দশাদা রাবনা কপ্পিরম্ব মাল্লে ॥ [মেঃবঃকাঃ৪।৩৬৭ ৬৮]

সীতানা রানা কপ্পিউদা অকপ্প খোন্ তারম্মী ; মহু বন-দেবীনা কপ্পি মাল্লে লৌরম্মী।

[ঝ] মহুদা বীর মঙাখক্ অরাব ঈপাক্তা
লূপ্পগুম্না লৈরম্মীদো । × × [মেঃ বঃ কাঃ ৪।৪৬৭-৬৮ ]

[ঞ] উরম্মী মাঙদা বল্লীনা, লৈরাং লৈকোম্নুংদা,
বামাময়াম্, তারা ময়াম্ ভাবগুম্ লৈপাক্তা । [ মেঃ বঃ কাঃ
৫।২৬০-৬১ ]

উপমেয় 'বামাময়াম্' উপমান তারা ময়াম্গুম্ লৌরে ।

[ট] রাজাতুগী মনাক্তা পামেঙ্গংনা লৌরবা ।
জয় লাউবগুম্ ভৌরম্মী উচেক্শিংনা খোংবনা ॥ [রঃবং ২।৯]

উপমেয়—পামেঙ্গিংনা, উপমান— কনাগুম্ব প্রজা ; উচেক-শিংনা উপক্তা খোংবহু পামেন্না জয় লাউবগুম্ লৌরে ।

[ঠ] খোইমুনা ভংবা তাবদা খল্লি-মখোন্ নেম্না
কপ্পিমাল্লে বনদেবী ঐগী অরাবদা । [বীঃ কাঃ ১।৩৬ ৩৭]

[ড] মানস-মনাক্তা ঙাল্লি নিংথিব কৈলাস
ইরংলংনা ; শিব-সঙ্গাই, মহাক্কী মতোন্দা,
রাহোং মতু চূড়াগুম্না কেশবগী কোক্তা !
শংবান্নৈ চীংজাও নিংথিনা, সনা লৈরাং পরেং
ঙাল্লি'হুদা ; কজঞ্রেদা, পীত ধড়া গুম্মী !
ঈফুক্তে চেম্হব ঈশিং মক্ম্ অম-মদা—
অঙৌব চন্দম্না তৈবগুম্মী দেহ অদো । (মেঃবঃকাঃ২।১২৬ ৩২)

[ঢ] মসি হায়রগা হন্নামুক কম্‌জয়ে যুবতী
খুবাখাদা। নিংথিজৈদা, সনাগী দেউটী
খাম্বিগুম্না তুলসীগী মখোঙদা, ঙাল্‌হন্নে
মাইগৈ মরি! × × × [মেঃ বঃ ৪।৯০-৯৩]

[ণ] করিগুম্ব কান্দা সাধ্বী ঋষি শাগৈ-মমৌ
শুহাসিনী লেঙবিরকই দাসীগী খাংপোক্তা,
চন্দ্রমা চন্দ্রিকাগুম্না অমম্ব মক্ষমদা। (মেঃবঃকা ৪।১৮৩ ৮৫)

(ত) ঐনা লৈ হেক্‌পদা…খোইমুশিংনা ঙংহুনা পাইখোক্‌পগী
খোঞ্জেল অসিবু নূপীগী খোঞ্জেল ওইনা তারমাল্লে।

—খোইমুগী ঙংব খোঞ্জেস (উপমান) বু নূপীগী খোঞ্জেল (উপমেয়) ওইরমাল্লে চিংনরে। [মাধবী]

[থ] খেংলব অহিংদা……অতিয়াদা খা……মথন্নতা খোক্তুনা
লাইবক থীবী··দমক্‌ অরাবা কোংদোক্লিমাল্লে।

—লাইবক থীবী (উরীরৈ) উপমেয়গীদমক, খানা (উপমান)
—অরাবা কোংদোক্লিমাল্লে। (মাধবী)

## প্রতীয়মান অমদি গম্যমান উৎপ্রেক্ষা।

মসিদা সম্ভাবনা খঙনব-শব্দ য়াওদে, অদুবু অর্থদগী সম্ভাবনাগী ভাব শেংনা খঙবা য়ায়। হায়বদি উৎপ্রেক্ষা খঙনব-রাহৈ য়াওদে, অর্থনা সম্ভাবনাগী ভাব খঙনব-মতাংদা প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা অমদি গম্যমানোৎপ্রেক্ষা কৌনৈ।

[ক] পরেং শাব-রাইনুশিংনা লৈরাং পরেং ওইরম্বনা।
খোঙ-য়াওদব সনখোঙ্গী খোংলম্মীনে খোয়থুম্মনা।
( র: বং ১।8১ )

মসিদা রাইনুশিং ( উপমেয় ), লৈরাং পরেং ( উপমান ) ওইনা লৌরে। গুম্না অমদি গুম্ —সম্ভাবনা শব্দ য়াওদে ; অম্বনা প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষানি।

[খ] × × × ×
য়েংবা চৎকে তপোবন্দা তিম্ব পুক্চেল্ অশেংবনা
থাজম্বনা রাম কৌব অনিশুব জগৎসিগী॥ (প্রঃ নাঃ 8।১)

মসিদা রাম্বু ( উপমেয় ), অনিশুব থাজ ( উপমান ) ওইনা লৌরে। উৎপ্রেক্ষা বাচক শব্দ য়াওদে।

[গ] খ্বাঙ্লাক্ মণি মুক্তা ভাক্ত, কবচ সনানা
হৎলি ;—ইমক্ মক্রে অনি। খ্বাঙ্লাক্সা, অচেংব
খ্বাঙ্ অম্ব, আঃ, নিংশিংম্বন ! কবচ, খন্দুনা
য়াম্-তোঙব-খোম্লাং-ভুমা চীং মতোন্মাম্ব ! (মেঃবঃ৯।২88-8৭

খ্বাঙ্লাক্, কবচ— মখোয়গী অকক্লব মকমদা হৌজিক্কি লৈতরে, অম্বনা অচেংব-খ্বাঙ্ অমস্থং অতোঙব-খোম্লাং নিংশিংম্বনা ইমক্ মক্রিমাম্লে লৌরে।

(খ) বিধিনা মাবু শেম্মম্মে মহাভূৎ-শাব-মচাম্না।
মীগী কনবৈ গুণমখৈ শি জগবদৈ শোয়দনা॥ (র:বং ১।২৯)

উপমেয়—দিলীপ, উপমান—মহাভূত। মহাভূত মীগী কনবা তৌই ; দিলীপম্ব তৌই। অম্বনা মহাভূত-শাব-মচাম্না দিলীপম্ শারম্বা য়াই লৌয়ে।

(ঙ) ঈরাও খোন্ তাবদা খল্লি—অরাম্ব মখোয়া
নিন্দারি বনদেবনা নহাক্পু,.........(বীঃ কাঃ ১।৩৮-৩৯)

(চ) ... ... ... সূর্য্য নীংবী সরোজিনী,
'ছুবূ নিতি নামিবনা হায়দো মনাকোংদা
মুংশিবগী অপ্সরা ! × × (বীঃ কাঃ ৬'৪৫-৪৭)

নামিবনা ছুম্বদা সরোজিনীনা (পদ্মায়া) হাই-ছুম্বছুবূ কবিনা—নামিবনা মুংশিব-অপ্সরা হায়রিমান্নে লৌরে। মসিদা উপমেয়—সরোজিনী, নামিব অত্তুগা উপমানদি ক্রুমত্তনা থম্লে।

মালোৎপ্রেক্ষা— উপমেয় অমত্তদা মপুং ওইত্তনা উপমান অমদগী হেন্বনা উৎপ্রেক্ষাগী মালা (পরেং) শাবদা মালোৎপ্রেক্ষা ওই। মত্তুদি :—

(ক) ... ... ... খুদক্কা মায়ানা
পুথোক্কুনা সনা মচু লৈচন্, মায়াময়ী
মায়ানা, কৃপাশল্লম্মে হেক্, নিংথিজব কাপ্পো।
হাই হায়, পদ্মিনীনা থাজ-মমায় খুম্বগুম্বা
পদ্মবন্ধু থুপাখবদা। নত্ত্রে উৎ মরক্কা
চঙত্তনা মৈতাল্ অরাব নিংথিনা লোৎপনি।
নত্ত্রে, চন্দ্রমানা, চন্দ্রমণ্ডলদা চক্র
লৈহন্দুনা কোতাশম্বগুম্ দেব-বৈরীশিংবু। (মেঃ বঃ কাঃ
২।৩৬০-৬৭)

মসিদা উপমেয়—মায়ানা; উপমান—পদ্মিনী, মৈতাল্-অরাব, চন্দ্রমা—মখোয়না তৌবগুম্নে হায়না লৌরে।

## (গ) রূপক।

উপমেয়গা উপমানগা তুলনা তৌবদা মখোয় অনিমক খেন্নদে হায়না লৌবদা রূপক অলঙ্কার ওই। পোৎ ওইনদি উপমেয়গা উপমানগা তোঙান্নবস্থ মখোয়গী খেন্নদবা উৎনবগীদমক কল্পনানা খেন্নদে হায়না লৌববু রূপক অলঙ্কার কৌই। মসিদা উপমেয় গৌণনি—মপুং নত্তে অদুগা উপমান প্রধান্নি। উপমান্না উপমেয়-বুদি উম্‌শিন্দে। রূপক খেন্নদব-মপুঙ্গী অলঙ্কারনি, পুমখেন্-খেন্নদবদি নত্তে। উপমাদনা উপমেয় প্রধান, অদুগা রূপক্তনা উপমান প্রধান।

'মায়থোং' অদুগা 'থা'—অনিসিনা সাদৃশ্যমূল-অলঙ্কার কয়া-মরুম্ পুখোক্তুনা থম্নসি :—

[১] মায়থোং-থা মান্নব অমদি মাব, [২] মায়থোং-থা, [৩] মায়থোং নত্তে, থানি, [৪] মায়থোং থা মান্নে, [৫] মায়-থোংলা? থারা? অসিনচিংবা।

[১] উপমা, [৩] উপমেয় লৌদরে, উপমান্‌বু কল্পনানা লৌরে—অপহ্নুতি। [৪] উপমেয়বু উপমান ওইনা চিংনরে—উৎপ্রেক্ষা। [৫] উপমেয়—উপমান—অনিমক্‌পু চিংনরে—সন্দেহ।

[২] শুবদা 'মায়থোংমক্ থানি' হায়বদি অনি খেন্নদে হায়না কল্পনা তৌরে। মায়থোং-থা—মসিদা রূপক কর্ম্মধারয় সমাসনি—( মায়থোং থাগী মশক্ ); সমাস অসিগী বিশেষত্বদি (peculia-rity ) উপমেয়—উপমানগী ভেদ-জ্ঞান [ খেন্নব-জ্ঞান ] লৈতবনি

অদুগা ক্রিয়া [ verb ] উপমানগী মতুং ইহি। * ক্রিয়ানা মতুং ইঘদি কর্ত্তানি [ subject ], অদুনা উপমারা প্রধান ওই। উপমেয় গৌণ ওইনা লৈবতনি। হায়বদি থানা মথাগী মথক্না মায়খোংবু শক্ ওইহল্লে। অসুম্ ওইরবতদা রূপক অলঙ্কার ওই।

[ক] রাজচন্দ্র দিলীপ কৌবা ক্ষীরনিধিগী থাঙবা। [রঃবং১।১২)

রাজা-চন্দ্রগী মথক—হায়বদি চন্দ্রগা মায়রে। রূপক কর্ম-ধারয়নি ; অদুনা চন্দ্রগা খেন্নদনা লৌরে। রূপকনি।

[খ] উজরে লায়না নখোং-থম্বাল অতাঙবা। (রামাঃ শৈরেং ৩১৯।১৮)

[গ] থমোই-থম্বালদি ফুগাইনা শাৎলে।

[ঘ] নপারিনা শরচ্চন্দ্র, নমৌ শরচ্চন্দ্রা

[ঙ] ... ... ... মিৎকী পি থারানা

লীক্লা, চেম্থুনা চায়রুং-লৈকাদা লৈতেংলি

(মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৫৩-৫৬)

[চ] ... ... ... জাতি-চেক্লা-মোয়া

পাইখরে মালংব-লম্দা, কারোলাউ মহাকৃপু, (বীঃ কাঃ ২।১৮-১৯)

[ছ] 'তুদৈ কঙনি নাথবু, বলী-মণি মানি। [ বীঃ কাঃ ৬৮১ ]

[জ] আশা গীত অসি শকুই নিতি আশ্রম্দা। [বীঃকাঃ৬।১৯৭]

[ঝ] মেদিনী-গৃহগী রমা দ্রুপদ-নন্দিনী। ( বীঃ কাঃ ৭৩৭ )

---

* ব্যাকরণকৌমুদী-বিদ্যাসাগর।

[ঞ] লৌশিঙ্গী থাওয়ৈ থান্‌সনু। ( থাঃ লৈ )

[ট] ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেংশিন্বিয়ু পলেম্‌ও। ( থাঃ লৈঃ )

রূপক মথল্ মথা য়াম্মী ; অদুবু নিরঙ্গ, সাঙ্গ অমসুং পরম্‌পরিত—অহম্ অসিনা প্রধান্নি।

নিরঙ্গরূপক— মসিবু সাধারণ রূপকসু কৌনৈ। উপমেয়-উপমান—অমমম্‌তগী থেন্নদব-মতমদা নিরঙ্গ-রূপক ওই। মসিদা রূপকী মনুংচন্ব উপমেয়গী অমদি উপমানগী—করিগুম্ব অঙ্গগী ( factors ) শব্দোক্ত ব্যাখ্যা য়াওদে, রূপক অদুতা হায়। নিরঙ্গরূপক মথল্ অনিনি ;—কেবল অদুগা মালা।

[ক] মথক্তা হায়খিব (ক) দগী (ঝ) কাওব থুদম্‌শিংসি কেবল রূপন্নি।

[খ] ঈথক্-শগোন্ কনানা থোম্বগে ?
জোয়ার-শামু কনানা ভোংবগে ?

[গ] ... ... ... থক্নি নোন্না নোন্না
নঙ্গী বাণী-সুধা, দেবি, দেব সুধা-নিধি ! ( মেঃ বঃ কাঃ ৪।২৩২-৩৩ )

মালারূপক— উপমেয় অমত্তগা উপমান ময়াম্‌গা থেন্নদব উৎপদা মালা রূপক কৌই।

[ক] ... ... ... কপ্পম্মী মহিষী।
য়াইদকো, ইমাগী প্রাণ, প্রেমগী পুকৈনি
নং ভাইবংদা, ... ... ... (মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৫০-৫১)

মসিদা মন্দোদরীনা হায়রি—নং ( ইন্দ্রজিৎ ) উপমেয়, প্রাণ অমস্নং পুকৈ—উপমান অনি।

[খ] মরুভূমিদা ঈচেন্নি নংসি ঐঙোন্দদি,
হিংচামমৌ ! নুংশা-মৈনা চাক্লবী ঐহাক্নি,
ঈংলবী ছাযানি নংসে, পেল্‌হল্লোদো ঐবু ।
দয়াগী মূর্ত্তিনি ন'সে, দয়া লৈত'সিদা
লৈনাং অসিগী পদ্মিনী । কণিনী-মাল্লবী
কাল-সনালঙ্কা'সিগী কোক্কী মণিনি নং। ( মেঃ বঃ কাঃ ৪।৬৬৭ ৭২ )

মসিদা সীতানা সরমাদা হায়রি :— নং (সরমা) উপমেয়—ঈচেন্, ঈংলবী ছায়া, দয়া, পদ্মিনী, কোক্কী মণি—উপমান ময়াম্নি।

(গ) ... ... ... গুণী অকৈ লৈতে,
মাগুম্ব ! হিমালয়নি চীঙজাওশিঙ্গী মপু ;
তুরেন্মপু সিন্ধুনদ ; বনশিঙ্গী মপু
খাণ্ডব ; রথী অখোইব মপু দেবব্রত
রথী—বশিষ্ঠগী শিষ্য মকোক্। [বীঃ কাঃ ৯'৩২-৩৫]

মসিদা জাহ্নবী দেবীনা শান্তনুদা হায়রি :—মাগুম্ব (মহাক্কী মচা ভীষ্ম) উপমেয়—হিমালয়, সিন্ধুনদ, খাণ্ডব, দেবব্রত রথী অমস্নং শিষ্য মকোক্—উপমান ময়াম্।

[ঘ] নুংশি-ঈপাক্কী থম্বাল্নি। আশা-আকাশগী
পূর্ণিমানি। ... ... ... ( বীঃ কাঃ ৯।৪১-৪২ )

জাহ্নবীনা শান্তনুদা হায়রি ;— (নচা—উপমেয় understood), থম্বাল অমস্নং পূর্ণিমা—উপমান অনি।

## সাঙ্গ-রূপক।

উপমেয়গা উপমানগা খেন্নদবা উৎপদা মখোয়গী অঙ্গশিঙ্গীস্থ (factors) খেন্নদবা উৎলবদি সাঙ্গ-রূপক অলঙ্কার ওই। হায়বদি উপমেয়গী অঙ্গশিঙ্গস্থ উপমানগী অঙ্গশিঙ্গা লোয়ননা খেন্নদবা ওইনা খল্লুনা অমতা ওইবদা সাঙ্গ-রূপক ওই। মচুদি :—

[ক] ··· ··· য়াব-নোং-নুংশিৎ শিৎলক্ষ্মী সভাদা !
ঙাল্লক্ষ্মী মাইকৈ মরিদা সৌদামিনীগুম্না
বামাশিংনা ; অকাব-শম্, নোং পরেং, প্রলয়
নুংশিৎ, ফূইনা হোত্ব-স্বর ; পি-ধারা পাংখল্লি
নোং মরি ; নোংখাকৃপা ওইরে হাই-হাই খোন্না। (মেঃবঃকাঃ
১।৩৩৪-৩৮)

মসিদা— য়াবা— উপমেয় অদুগা নোং নুংশিৎ—উপমান। য়াবগী অঙ্গ—বামাশিংনা (অয়বগী তুংকম্), অকাব-শম্, ফূইনা হোত্ব স্বর, পি ধারা অমসুং হাই হাই-মখোন্। অদুগা নোং-নুংশিৎকী অঙ্গ—সৌদামিনী (নোংথাং), নোং পরেং, প্রলয়-নুংশিৎ, নোংমরি অমসুং নোং খাকৃপা। উপমেয়-উপমানগী রূপক্কি—অনিগী অমগী অঙ্গগা নিংথিজনা অতৈগী অঙ্গগা ক্রম নাইনা [ in order ] খেন্নদনা উৎলে ; অদুনা সাঙ্গ রূপক্কি।

[খ] ··· ·· ··· ··· ··· করম্না,
কবিতা রস-ঈপাক্তা রাজহংসশিঙ্গা
শান্নজনি ননাই ঐনা, ··· ··· ? [মেঃ বঃ কাঃ ৪ ১৩-১৫]

মসিদা 'কবিতা রস'—উপমেয়, 'ঈপাক'—উপমান ; উপমেয়গী অঙ্গ— ঐনা (কবিনা) করম্না বর্ণন তৌনি—হায়বসি

শেংনা য়াওগ্রবস্থ উপমানগী অঙ্গ রাজহংসনা শায়বা অসিনা তারে। অসিগুম্বসিবু একদেশ বিবর্ত্তি সাঙ্গ রূপক কৌনৈ। হায়বদি উপমানশিঙ্গী অঙ্গ অমা অমদি কায় করিগুম্ব অঙ্গ-ময়েক্ শেংনা লোন্দা কোঃদোক্নবস্থ অর্থদা অমদি ব্যঞ্জনানা উৎলবদি-একদেশবিবর্ত্তি ( নামত হায়বা ) সাঙ্গ রূপক ওই।

## পরম্পরিত রূপক।

উপমেয়-উপমান অমনা অতৈ উপমেয়-উপমান অমগী কারণ ওইরবদি পরম্পরিত রূপক কৌই। হায়বদি রূপক মশেন্ কার্য্য-কারণ ( cause-effect ) ওইনা পরম্পরা হায়বদি মরি (link) লৈরবদি পরম্পরিত রূপক কৌই।

[ক] "করম্না বিদাইনি, পারি, ইবুংঙা নহাক্পু।
থমোই-অতিয়া মক্সাম্না, নংদি পূর্ণিমানি
ঐহাকী? ... ... ( মেঃ বঃ কাঃ ৫।৪৬৮-৭০ )

নংদি ( ইন্দ্রজিৎ ) 'পূর্ণিমা' হায়বদগী থমোই-অতিয়া হায়রক্পনি।

[খ] চরণ-কমল থাদা ভংলি ভক্ত খোইমুশিংনা।

চরম্না কমল ওইরবনিনা ভক্তশিংনা খোইমু ওইবা তারে। পরম্পরিত রূপক্তা অহাব রূপক্নু কজনবা অমস্তুং য়াম্না মকা-য়াম্নবগীদমক অনিগুব রূপক শিজিনৈ।

## (ঘ) উল্লেখ।

গুণ ময়াম্ লৈবদগী পোৎ অমত্তুবু (ক) তোঙাখ মীনা তোঙাখ মওংদা লৌনরবা নত্রগা (খ) মী অমত্তনা মিৎয়েং কয়াদগী পোৎ অহুগী গুণ কয়া হায়রনা উৎলবদি উল্লেখ অলঙ্কার ওই। লক্ষ্যদি ফজবা হেল্‌হবনি।

[ক] হে ফজবি। কামীশিঙ্গী নং অপাম্ব লম্নি,
লাইনিংবৈ অকিব শন্নি কবিশিঙ্গী মঙ্‌নি।

মসিদা—"ফজবি" (নুপীবু) তোঙাম্ব মীনা (কামী, লাই-নিংব, কবি) তোঙান-তোঙান্না লৌরে।

[খ] মহিমাদা মহাসিন্ধু, চীং-লেম্বদা হিমালয়নি।
তেজদা বজ্রনি, রাজা, চাম্বিবদা ঈশিং চেৎ নোংনি।
পোৎ অমগী গুণ ময়াম্ উৎপনি।

## (ঙ) ভ্রান্তিমান।

রায়া মান্নবদগী পোৎ অমবু অতৈ পোৎ অমনি হায়না ভ্রম তৌরবা অহুগা ভ্রম অহু সাধারণ (common) ওইদনা কবি কল্পনাদা (imagination) চমৎকার ওইরবদি ভ্রান্তিমান অলঙ্কার ওই।

(অহিংদা থৌরিবু লীন্ ওইনা ভ্রম তৌবদি অলঙ্কার নত্তে, করিনা থাইগী ভ্রম্নি।) উপমেয়বু উপমান্নি হায়না ভুল তৌবসি তৌগে হায়না তৌবা নত্তে, কবিগুম্ব মরম অমদগী (ধর্ম্ম মান্নবনা—

similarity of attributes ) মশামদগী ( automatic ) ওই-জবনি। মখুদি :—

[ক] লৈপরেং থোঙদা য়াল্লম্বা
শাংনা তিংনা লৈদা-তাবা
লীগি লৌরে মূর্খ নংনা (ক) [ স্বঃ বাঃ ৫।৩ ]

মসিদা লৈপরেং [ উপমেয় ] বু লীন [ উপমান ] ওইনা ভুল তৌরে ; অদুনা ভ্রান্তিমানি।

[খ] ... ... থৌদোক্লকনা য়াঙনা দেবযান
ভালহল্লে আকাশ ইঙকঙক্না তৌরে জগৎ,
সূর্য্যদেব থোক্লেদনা উদয় গিরিদা
থন্দুনা। থোংলক্লে চরোই; চেক্ল অতে কয়া;
নিন্থরে নিকুঞ্জ পুষ্প অয়ুকী ঈশেন।'
লৈরাং-শয্যা থাদোক্নুনা ইকাইগী মৌনা,
ইমুঙ্গী থবক্ নোম্নবা হৌগচ্ছরে থুনা।' (মেঃবঃকাঃ২।১১৯-২৫)

মসিদা—দেবযান হায়বদি ইন্দ্রগী লংলব রথবু সূর্য্যদেবনি হায়না খ্বাইনা ভুল তৌরে। চিংনবা নত্তে, তশেংনা ভুল তৌবনি। অদুনা উৎপ্রেক্ষা নত্তে, ভ্রান্তিমানি। 'থোক্লেদনা থন্দুনা'—হায়বসিনা খ্বাইনা নুমিৎ থোরক্লে হায়না ভুল তৌরে। মসি কবি কল্পিত ভুলনি। অদুনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কারনি।

[গ] ঈশিং লৈব-গিরি-কুঞ্জমুংদা নোংশা'মনা,
মথন্ত-ভংবগী খোম্থাং তাবদা, অতোপ্প
নোংশানা ভংবা ওইরবোই নিংদুনা, তৌরম্মী
খৌরাং চোংশিন্দুনা ল্যাক্লবগী য়াম্না শাউনা। (ভঃ কাঃ ২।৯)

—মথন্তগী খোম্থাং মান্নবদগী য়েক্লবগী ওংবা ওইনা ভুল তৌবনা ভ্রান্তিমান্ অলঙ্কার ওইরে।

## উৎপ্রেক্ষাগা ভ্রান্তিমানগা খেন্নবা।

উৎপ্রেক্ষাদা সংশয় ( চিংনবা ) মপুং, উপমেয়বু উপমান ওইরমাল্লে লৌবা ; অদুগা ভ্রান্তিমান্দা ভ্রম্না মপুং, উপমেয়বু কবিনা উপমান্নি হায়না ভুল তৌবা। উৎপ্রেক্ষাগী মূলদি—সংশয়, ভ্রম নৈতে, অদুবু ওইব-য়াবনা মসিদা শেংনা উৎলি। উৎপ্রেক্ষাদা কবিনা খঙনা খঙনা সংশয়গী মরম হায়, অদুগা ভ্রান্তিমানগী ভ্রম কবি কল্পনাদা মহৌশানা ওইনা থোরকই।

## (চ) সন্দেহ।

কবিনা চমৎকার ওইহন্নবগীদমক উপমেয় অমসুং উপমান অনিমক্তা সংশয় ওইহন্বদা হেক্ সন্দেহ-অলঙ্কার ওই। 'সন্দেহ' অলঙ্কারদা সংশয় অদু সাধারণ ওইনা অহংবা মওংতদা ওইনৈ।

(ক) মঙাল্লা কোয়শিং তেজ মপৈগুম্ব,
জগৎ পুম্নমক্না য়েংনবা নুংশিনা,
মসিবু নিংথৌরা স্বর্গগী ইন্দ্ররা ?
নত্রগা শংশংব মধুসূদনমক্রা ? ( প্রঃ নাঃ ৪।৮ )

মসিদা—'মসিবু' ( ভরতপু ) উপমেয়—নিংথৌরা (রামদা), ইন্দ্ররা, মধুসূদনলা (উপমানশিং)—অনিমক্তা চিংনবা থোক্হল্লে।

(খ) "ভৈরবী মাখী রামাসে, হায়রকৃই রাঘব্‌না,
দেবীরা, দানবীরা, হে সখা, য়েঙভু মুন্না।" ( মেঃ বঃ কাঃ
৩।২৯৫-৯৬ )

মসিদা উপমেয়—'রামা', উপমান—দেবী অমসুং দানবী—অনিমক্তা সংশয় ওইরে।

(গ) "তাবিয়ু স্না মিৎয়েং, লাঙুং মপান্দা, রাঘব !
অথেংব অহিংদা উষা লাক্লবরা অসিদা ?" (মেঃবঃ৩।২৯২ ৯৩)

মসিদা—উপমেয়দি মসিদা য়াওদে ( understood )।
হায়বদি প্রমীলাগী দূতী নৃ-মুণ্ড মালিনী অদুগা উপমান—উষা অনিমক্তা চিংনবা থোক্লে।

(ঘ) তাইবংলা মঙ্‌লা অদুবু, উবিবসি ঐনা মাবু।
অসুম্না উখি হান্নসু, লৌনম্মী মহুদসু॥ ( স্বঃ বাঃ ৬ ১৭ )

উপমেয়—'মাবু' ( বাসবদত্তাবু )—খঙ্গেংব বাসবদত্তাদুরা, অদুগা মঙ্গী বাসবদত্তারা—চিংনরে।

(ঙ) ঐনা লৈ অপোম্ব হেক্কে···উবদা বনগী লাইরেম্বীনা··
ঐবু খাম্নবরা ? নত্রগা বারুণী খুরুম্ব চৎপদা পুন্নবা
কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা লৈথিবা য়াওরিব্রা ? (মাধবী)

মসিদা—ঐনা ( বীরেন্না ) লৈহেক্কে ভৌবদা নূপীগী খোঞ্জেন্‌ তারম্মী—মহুব কনাগুম্বী লৈশাবীরা ( উপমেয় ), বন্‌গী লাই-রেম্বীরা ( উপমান )—চিংনরে।

(চ) রারক্তা পাম্ব তয়াম্না ?
লৈখোক্তা য়েৎপ লীল্খাক্লা ?
অমুম্ব হৈদা চঙ্ব তীল্লা ?
অথেংবদা খোংব কোকিল্লা ? [ মাঃ বীঃ ]

—উপমেয়—অথেংবদা খোংব কোকিল (বীরেন), উপমান—তয়াল, লীলখাক্ অমসুং তীল্—সংশয় ওইরে। হায়বদি—অশেংব বীরেনলা নত্রগা শাশিন্নবরা ?

## (ছ) অপহ্নুতি।

উপমেয়বু লৌদনা অমদি লোত্নুনা থম্মগা উপমান্তা উৎপবু অপহ্নুতি অলঙ্কার কৌই। অপুহ্নুতিগী অর্থদি স্বীকার তৌদবা ( য়াদবা )। মহুদি :—

[ক] লৈপরেং খোঙ্দা য়াল্লবা
শাংনা তিংনা লৈদা তাবা
লীন্নি লৌরে মূর্খ নংনা। [ স্বঃ বাঃ ৫।৩ ]

মসিদা উপমেয় 'লৈপরেং' লোত্নুনা উপমান 'লীন' ওইনা উৎলে। মাসবু গণপতি শাস্ত্রীনা 'ভ্রান্তাপহ্নুতি' অলঙ্কারনি হায়।

[খ] ...... অতিয়ানা কপ্পম্মী নোং ওইনা। (মেঃবঃকাঃ৬।২৮৫)

মসিদা নোং উপমেয় অসিবু লৌদনা অতিয়াগী কপ্পা ওইনা লৌরে। কপ্পা উপমান্নি।

[গ] ... ... ... "লীল্লা মরিক্ কম্মা
লৈমাংশিংদা পল্লিবদো, হে অমৃত চেম্,
অভাগীগী পি-মরিল্লি।"... ... [ বীঃ কাঃ ২।৯৭-৯৯ ]

—সোমগী মকমূদা তারানা হায়বা। মসিদা 'নত্তে' হায়ব রাহৈসি understood লৈবনা 'গূঢ় অপহ্নুতি' নি। উপমেয়— 'পি' লৌদনা উপমান 'লীক্লা মরিক্'।

## রূপক অমসুং অপহ্নুতি।

রূপকতা—উপমেয় গৌণ উপমান প্রধান—অনিবু কল্পনানা ভেদ লৈতনা লৌবা। অদুগা অপহ্নুতিদা উপমেয় লৌদবা উপমান প্রকাশ তৌবা। মহুদি —'মায়খোংমক্ থানি'—রূপক— উপমেয়-উপমান খেন্নদনা লৌবা অদুগা —মায়খোং নত্তে, থানি— অপহ্নুতি। উপামান্ত লৌরে।

## (জ) নিশ্চয়।

উপমান লোৎলগা উপমেয় উৎপবু নিশ্চয় অলঙ্কার কৌই। মসি অপহ্নুতিগা ওন্ন তৈনবনি। মহুদি :—নোং নত্তে হিমালয়নি। মীত্তা মমি তাহন্বা—নোং নত্তে, নঙ্গী শন্নাংনি।

[ক] ... ... ... নীক্লি পুরী অসি
হিংচা-বীর-খোঙ্দাবনা, য়ুহারাবা নত্তে। ( মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৩৪)

[খ] প্রলয়গী মৈদৈ পোক্পী বিভা নত্তে, শুন্দা
উবিরিব, সীতানাথ, সনা-লান্‌কী-মঙান্,
তিন্নহুনা খুৎলাইশিঙ্গী তেজগা লংলিয়ে। [মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৫-৭]

[গ] মাইকৈ তম্মা ! ফুল্‌হল্লিব নাকোং মখুন্ হৌজিক্,
লাউ-খোংবম্ব, দেব, নত্তে সমুদ্রগী ধ্বনি
বীরগী ময়ার কাহ্রনা, ঙ'লি হিংচা-লাম্মী। (মেঃ বঃ কাঃ ৭।২০৮-১০)

মসিদা—[ক] উপমান য়ুহারাবা, [খ] প্রলয়গী মৈদৈ পোকপী বিভা, [গ] সমুদ্রগী ধ্বনি—লৌদরে, অদুগা মথংশিংনা মখোয়গী উপমেয়—হিংচা-বীর খোঙদাবা, সনা-লান্‌কী-মঙান্ অমসুং হিংচা-লাম্মীনা ঙংবা—উৎলে।

[ঘ] ... ... "নত্তে'সি নোং-মুংশিং; 'হুব নোং-মুংশিংকুম্
সাজিরি রাবণ রাজা সনা লঙ্কামুংদা,
য়ৈখেরবৈ রাঘবগী বীর গর্ব্ব লান্দা।" (মেঃবঃকাঃ১।৪৭০-২)

উপমান 'নোং-মুংশিং' লৌদরে ; উপমেয়—রাবণগী লান্‌গী সাজন উৎলে। নিশ্চয় অলঙ্কারনি।

## [ঋ] ব্যতিরেক।

উপমান্দগী উপমেয়না হেন্না অমদি রাংনা হায়বদা ব্যতিরেক-অলঙ্কার ওই। মতম অয়াম্বদা অরাং-অখোইগী মরম্ উৎপস্নু য়াওই, অদুগা অয়াম্বদা উত্তবস্নু লৈ। 'খাজ-ঙমজব-মায়খোং'। খাজ উপমান্দগী মায়খোং উপমেয়না হেন্না হায়রে। মসি উৎকর্ষাত্মক ( হেন্না-হায়বা ) ব্যতিরেকনি। অসিগুম্ব ব্যতিরেক অলঙ্কারনা প্রধান ওইনা সাহিত্যদা শিজিন্নৈ। উপমান্দগী উপমেয়না রাংনা অমদি হম্বনা হায়বনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেক নি। মসি কয়া শিজিন্নবা উনদে।

[ক] মখোন্তাবদা বজ্রনা ইকাই। উপমেয়-মখোয়া হেল্লে।

[খ] সনা উরী ভমজবা পাইরক্ মণ্ডান্ ভম্জবা
খম্থেংব-শক্তি বিধিনা শেম্বা।

উপমেয় 'শক্তা' উপমান—সনা উরী, পাইরক্-মণ্ডান্দগী হেল্লে।

[গ] যুম্ অসিনি প্রতিমা খম্ব নিংথৌগী।
রাংব হেল্লি মসি নিংথৌ সঙ্গায়দগী ॥
অপম্ব লৈতনা থোঙাক্প ঙাইদনা।
পখিক্শিংনা ইরাৎনৈ প্রণাম্ তৌদনা ॥ (প্রঃ নাঃ ৩।১৩)

—উপমেয়—'প্রতিমা-যুম্'—নঃ উপমান—নিংথৌ-সঙ্গায়দগী হেল্লা হায়রে। মরম্দি—খাইনা অপম্বা লৈতনা চত্তে।

[ঘ] রাদে হৌজিক্ চক্রবাক্পা মহাকুম্
রূপ গুণ লৈবী কায়নবা মী অতৈনা ॥
নূপীদি নুংশিবিব য়াইকবনী মরানা।
চাক্কেন-চাক্লবস্থ নুংশিবদৈ মরানা ॥ (স্বঃ বাঃ ১।১৩)

'চক্রবাক্পা মহাকুম্ (বাসবদত্তা) রাদে'। উপমেয়না (বাসবদত্তা) উপমান্দগী (চক্রবাক্) হেল্লা হায়রে; অমুনা উৎকর্ষাত্মক্ ব্যতিরেকনি।

[ঙ] তাজগ্রে, রাক্ষসপতি, মেঘনাদ, সিংহ—
নাদ, সমুদ্র-ঈরাওখোন্, উজগ্রে বিজলী—
অথুব মঙাম্দো, দেব, পাইব আকাশদা,
অত্থুব্ তাখিজ্রি মরোল্ অহম্দা কদৌটৈ,
অম্বুক্ থীনা রাকৃপ-লীক্লং টঙ্কারগী শব্দ।
উখিজ্রি কদৌটৈ অম্বুক্ শাখিনা কিব ভেন্। (মেঃ বঃ কাঃ
১।১৫০-৫৫)

মসিদা—উপমেয় 'লীরু-টঙ্কারগী শব্দ' অমসুং 'তেন্' না উপমান—মেঘনাদ, সিংহনাদ, সমুদ্রঈরাওখোন্ অমসুং বিজলী মঙান্—দগী হেয়া উৎলে।

[চ]. ... ... য়েঙেঙা লাউ সুঙাইনা
রোহিণী নিন্দিবী নমৌ, নচা মাগী রূপা
চন্দ্রনা কালি কারিবা!" ... ... [মেঃ বঃ কাঃ ২।৪৪২-৪৫)

উপমেয়—নমৌ (প্রমীলা) অমসুং নচা (ইন্দ্রজিৎ)—অনিনা মথংশিংনা উপমান—রোহিণী অমসুং চন্দ্রদগী হেল্লে।

[ছ] ... ... "তাজরে ননাই বীণা-মখোন্,
কোকিলগী কুহু য়েম্লিং অনৌব মরক্তা
সুঙাইব মধু-মতম্দা; অতুব্ তাজরি
মধু চেম অস্থর রা কদোইৈ জগত্তা। (মেঃবঃকাঃ ৪।২২৭-৩০)

উপমেয়—'অস্থর-মধু চেম র.' (সীতাগী) উপমান—বীণা মখোন্ অমসুং কোকিলগী কুহু—দগী হেল্লে। ননাই (সরমা)।

[জ] য়েংবিয়ুদো; আকাশদা থানা, মাগী মঙান্
মরুবা নহাকী রূপা, ... ... ...(মেঃ বঃ কাঃ ৪।২৩১-৩২)

উপমেয়—'নহাকী রূপ' না উপমান-থাগী মঙান্দগী হেল্লে।

[ঝ] মুক্ত-লংলব-থবাক্ত চাইথরে নয়না
হেয়া 'মুক্ লংলব মুক্ত'। ... ... (মেঃবঃকাঃ ৫।৫৫৪-৫৫)

উপমেয়—'নয়নগী মুক্তা' (পি-মরিক্) না হেল্লে উপমান মুক্তা (অশেংব) দগী।

[ঞ] থোৎলব-থম্বাল নিন্দিব শ্রীঅঙ্গ-নহাক্পী। (বীঃ কাঃ ২।৮৪)

উপমেয়—শ্রীঅঙ্গনা হেন্নে উপমান—থম্বাল্দগী।

[ট] ... ... শিরম্দাইদা ফব-বাণীশিংদো।
শিগনি শোন্দুনা, দেব, মহামন্ত্র ওইনা। (বীঃকাঃ৬.১৩৬ ৩৭)

উপমেয়—'ফব-বাণী' না উপমান—'মহামন্ত্র' দগী হেন্নে।

[ঠ] বজ্রীগীদৈ হেল্লি বীর্য্য নহাক্পী লান্‌কম্‌দা। (বীঃকাঃ১০-৬৯)

উপমেয়—'নহাক্পী বীর্য্য' না বজ্রীগীদগী—হেন্নে।

[ড] মক্লব মদন্না ইকাই, কজবা উবদা। (বীঃ কাঃ ১০।৭০)

উপমেয় 'নঙ্গী শক্' না উপমান—মদন-দগী হেন্নে।

[ঢ] থম্বোমক্লম্থ তম্‌জনবগী মশক্ ওইরব
নৌরব পাম্বোম্ অনি। ( মাধবী )

মসিদা—উৱীরৈগী পাম্বোম্না (উপমেয়) থম্বোদগী (উপমান) হেন্নে।

**অপকর্ষাত্মক-ব্যতিরেক**— কয়া শিজিন্নদে; অহুবু মখাদা থুদম অমতং পীরি: ( হরিশ্চন্দ্র কবিরত্নগী পদ্যগী অনুবাদ )

[ক] নুমিৎ থুদিঙ্গী থাজনা মাঙ্‌খিদো পিক্‌শিল্লক্লুনা
'হুবু পূর্ণিমা ওই অমুক্ হন্না।
অমাঙ্‌ব হক্‌চাং তাইবঙ্গী মথং মথং হন্থবদা
ওইরক্লে অনৌবা অমুক্ হন্না॥

মসিদা—উপমেয়—'তাইবঙ্গী হকচাং', উপমান-থাজ। অনিমক্ ময়েং তারক্ই—অহুবু উপমান্দি অমুক্ পূর্ণিমা ওইরক্লুই,

অদুবু উপমেয়দি অমুক্ নৌরক্তে; অদুনা উপমেয়দগী উপমায়া হেল্লে, হায়বদি উপমেয়বু হন্থনা উৎলে। অদুনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেকনি।

[খ] লমচৎ-ব্যবহারদা মাদি পাপীবুস্থ নক্কৎলি।

পাপী— উপমান অদুগা উপমেয়—মাদি; লমচৎ-ব্যবহারদা পাপীনা হেন্না কনা উৎলে। অদুনা উপমায়া হেল্লে। উপমেয় হন্থরে।

## (এ) সমাসোক্তি।

থরাই পান্দব পোত্তা (উপমেয়) থরাইপাৰ পোৎকী (উপমান) থবক, মগুণ, মশক্ অমদি বিশেষণ নচিংবা হাপচিষদা সমাসোক্তি অলঙ্কার ওই। মসিদা উপমেয় হায়, উপমান হায়দে। উপ-মেয় অদু উপমানগী গুণ নত্রগা কর্মনা উৎলি। মদু সংক্ষেপ্পা (শন্না) হায়গদবনি। সংক্ষেপ্প সমাস কৌই; অদুনা মমিং সমাসোক্তি কৌই। মদুদি :—

[ক] ... ... ... লেঙ্লি নিদ্রাদেবী
খোঙ্ খুদিংদা, চঙ্হল্লিংল্লে কনাস্থ ময়ুমদা
মাবু, ... ... ... ... ... [মেঃবঃকাঃ ৪।৩৪-৩৫]

[খ] ... ... নহাকী নমিত্তা, হে হিংচাব-পুরী,
পিগী মরিক্; নশম্ ইকা-কারে রাবদগী;
লৈপাক্তা তাহনা হাই হাই, রত্নগী মুকুট
নহাকী ... ... ... ... ... [মেঃ বঃ কাঃ]

মসিদা—রাবনা চাক্লবী নূপীগুম্না লঙ্কাপুরীবু লৌখি।

[গ] হে লাইরবু, নংনা ঐবু চাউহল্লে।

মথক্কী খুদমশিংসিদা থরাই পান্দববু থরাই পাম্ব ওইনা লৌরে। অতুগা থরাই পাম্বদা থরাই পান্দব ওইনা লৌবদম্ব সমাসোক্তি অলঙ্কার ওই। অসিগুম্বসি সাহিত্যদা পংনা থোক্কে।

[ঘ] চৈহুনা হঙিঙ লৈশিংদা, নিকুঞ্জ লৈতেংশা,
করি খন্দুনা নোক্লিবা? … … [বীঃ কাঃ ১।২৭ ২৮]

[ঙ] … … তারো উনা; তদেক্লা উবদা
নংবু, শামিরৈরে জগোই নাম্বিবনা নঙ্গা। [বীঃকাঃ১।৪১-৪২]

[চ] ঐনা ইবসি হুম্হুনা, হা গুংশিং নিংথৌও,
সনা চরন্দা থাদরু। … … … (বীঃকাঃ১।৬৮ ৬৯)

[ছ] চাম্বিহুনা পোখাহম্বি নিত্রানা, কদৌৱে
মাগী মেঙলব তম্বাক্তা পম্বিহুনা ঐবু। (বীঃকাঃ১।১১২-১৩)

[জ] হে-স্মৃতি! কুকর্ম্ম তৌব মবুক্ ফত্তবনা,
থাংমৈ মুখৎপগুম্; ঙসি পাম্জরে মুখৎপা,
নংবু পাপিনী তারানা। … … (বীঃ কাঃ ২।১১-১৩)

[ঝ] অথোইব নিপা অহুদা, মতেক্ অনিথোক্লা,
থুদেক্পিব নহাক্পু, হে লীরুং, মপাঙ্গম্লা। (বীঃকাঃ৬ ৭৯ ৮০)

[ঞ] তারো নহাক্ বজ্রগুম্না তম্থিব কোক্থক্তা
হে লক্ষ্য। … … … … (বঃ কাঃ ৬।১১৩ ১৪)

[ট] স্মৃতি-দূতীগা লোয়ননা কোয়বদা ইভোমতা। (বী: কা: ৬'১৯১)

[ঠ] হা দয়া, করিগী ঈমা। পাপ সংসারদা
মীগী খমোইদা নহান্না লৈবিরম্মিবনো। (বী:কা:৭।৫৮ ৫৯)

## রূপক-সমাসোক্তি খেন্নবা—

রূপকা—উপমেয়দা উপমান হাপ্তুনা অমত্তা ওইবা অদুগা সমাসোক্তিদা উপমেয়দা উপমান হাপচিন্দে, শূপ্পা উপমানগী থবক্ অমদি গুণ হাপচিল্লি। অদুগা খেন্নবা অমনা রূপকা উপমেয় উপমান অনিমক য়াওবা, সমাসোক্তিদা উপমেয়ত্তা হায়—উপমান য়াওদে— উপমানগী থবক অমদি গুণ লৌদুনা উপমেয় হায়নৈ।

## (ট) অতিশয়োক্তি। (Hyperbole)

উপমেয় হায়দনা উপমান্বুত উপমেয় ওইনা উৎপব্ অতিশয়োক্তি কৌই। অলঙ্কার অসিদা উপমেয় লোৎলি অদুগা উপমান্না মপুংনি। মথুদি :— 'খীকুথৈ অমৃত চিন্দগী'—মসিদা— অথুব-রাঙাদা অমৃতগা খেন্নদনা লোয়ে, অদুবু 'রাঙাং' (উপমেয়) দি উত্তনা উপমান 'অমৃত' উৎলি; অদুনা মসি অতিশয়োক্তি অলঙ্কারনি। মসিদা উপমেয় স্বক্হায় হায়দনা উপমাত্তবু উপমেয় ওইনা তাক্লি—অদুনা অতিশয়োক্তিনি।

মসিদা—উপমেয়—'রাঙাং'বু উপমান 'অমৃত'না উমুখরে। উম্বা হায়বদি মাঙখিবদি নত্তে, বাক্যদা চমৎকার হাম্নগা মাবুনা ব্যঞ্জনাদা অমদি তাৎপর্য্যদা থম্বা। উম্নিবসি মপুং কারবা অমম্ভং

শোয়ন্নবদি—মহুবু অলঙ্কার শাস্ত্রদা "সিদ্ধ অধ্যবসায়" অমদি "অধ্যবসান" কৌনৈ। 'অমৃত' হায়বদা 'রাঙাং' উমৃথয়ে, অহুবু মাঙদি মাঙ্‌দে ; অর্থ—ব্যঞ্জনানা হেক্কা লৌবা ঙম্মী।

## রূপক্কা অতিশয়োক্তিগা খেন্নবা।

অতিশয়োক্তীগা রূপকা চয়েৎননা লৈয়বস্থ অনিগী মরক্তা খেন্নবা লৈ। রূপক্তা উপমেয় উপমান খেন্নদে অমস্থং অনিমক্ রাওই, অহুগা উপমান্না মপুংনি ; অতিশয়োক্তিদাদি অস্থম্ তৌদে, উপমেয় উপমান অস্থক খেন্নদে—হায়বদি উপমান্না উপমেয়বু উম্‌-হুনা মথস্তা হাক্তির ওই। উপমেয় য়াওদে। অহুনা রূপক্কা খেন্নদব-মপুং অহুগা অতিশয়োক্তিনা পূমখেন্‌-খেন্নদবা। "থীক্নৈ অমৃত চিন্দগী" মসি হায়বদা চিন্দগী অমৃত থীক্‌থদে, রাঙাং থোরকই, খঙ্‌নৈ। মসিদা 'রাঙাং' উপমেয়, অমৃত উপমান। রাঙাঙ্গা অমৃতগা খেন্নদয়ে অমস্থং খেন্নদব'সনস্থ লোইক্ত্র, (লোক্ত-রবদি রূপক ওইদৌবনি, মহুদি—'চিন্দগী অমৃত রাঙাং থোরক্লে—হায়নৈ)। 'অমৃত' উপমান অসিনা 'রাঙাং' উপমেয় অসিবু পূমকূপ, কূপশিন্নুনা মথন্তমক্ বাক্য, অসিদা উৎলে—হায়বদি 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' থোক্লে, অহুনা অতিশয়োক্তি অলঙ্কার ওইয়ে।

## উৎপ্রেক্ষাগা অতিশয়োক্তিগা খেন্নবা।

উৎপ্রেক্ষাগা অতিশয়োক্তিগা খরস্থ মান্নৈ খরস্থ মান্নদে। অতিশয়োক্তিদা 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' ওই হায়বদি উপমান্না উপমেয়বু

পূম্‌-উম্‌-উম্‌হনা মথন্ত কম্‌হনা লৈ ; অহুগা উৎপ্রেক্ষাদা ( Benifit of doubt ) উপমাগী উপমেয়বু পূম্‌উম্‌ উহ্বদি নত্তে, উমগদৌনা উৎপনি ; অমদি উম্‌গদৌবমাক্কে হায়না চিংনয়ে ; ( 'মাক্কে' অমদি 'উমদৌইদা' হায়বা ভাব লৈবনা উহ্বসি 'সিদ্ধ অধ্যবসায়' হায়দনা 'সাধ্য অধ্যবসায়' হায়নৈ, ) অহুনা উৎপ্রেক্ষাদা অনিমক্‌ য়াওই। অশংদা অতিশয়োক্তিদা উপমেয়বু উহ্বাসিদ্ধ হায়বদি শোয়ত্রবনি, অহুগ উৎপ্রেক্ষাদা মহু সাধ্য হায়বদি উহ্বা য়ায়।

অতিশয়োক্তি মখল মজ্ঞানি :—(১) ভেদদা অভেদ (খেন্নবদা খেন্নদবা), (২) অভেদদা ভেদ, (৩) সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ ( মরী লৈনবদা লৈনদবা ), (৪) অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ অমসুং কার্য্য কারণগী ( cause and effect ) অকোন্‌ মতান্‌ ওন্নবা (order কায়বা)।

## (১) ভেদদা অভেদ-অতিশয়োক্তি।

ভেদ হায়বদি বিষয় ( subject ) খেন্নবা, অভেদ হায়বদি খেন্নদব-জ্ঞান [ sense ]। হায়বদি খেন্নব-পোৎপু অমত্তা ওইনা লৌবা। রূপক-অতিশয়োক্তিদা অতোপ্পা পোৎ অনিবু অমত্তা ওইনা লৌনৈ—মরমদি উপমাগী উপমেয়বু পূম্‌উম্‌ উম্‌শিন্দুনা মথন্ত উৎলি। মহুদি :—

[ক] … … … … হাই, হাই, শূর্পণখা,
কন্নি কত্ত-খেন্দা, নংনা উরম্বা, অভাগী,
কাল পঞ্চবটী বন্দা, কাল কূট খম্ব
কালনীন্‌বু ? … … … (মেঃ বঃ কাঃ ১।৯৯-১০২)

( মসিদা লক্ষ্মণ নত্রগা রাম্ উপমেয়, অদুগা উপমান লীন, অদুবু উপমাদা উপমেয়বু উমৃত্তনা পোৎ অনিগী ভেদ মাঙ্খরে, অদুগা অভেদসু ( অমত্তসু ) ওইরে।

[খ] থীকৃথৈ অমৃত চিন্দগী নংনা। [ বীঃ কাঃ ২।৬৩ ]
আঃ। রাহুনা

[গ] উমথে পুরু বংশ-ইন্দু মতম্ চাত্তিরৈদা।
( বীঃ কাঃ ৮।৩৮ )

মসিদা উপমেয়-'অভিমন্যু' বু 'পুরু বংশ-ইন্দু' উপমাদা পূম্-কৃপ কৃপশিন্খরে।

[ঘ] × × যমুনাগী সুংশিব ঈশিংদা
লুপ্তুনা লৈ কাল-ফণী, শাথিনা চিকথ।
সুঙাইনা লৈ বিশ্বপূর, × × (মেঃবঃকাঃ ৩।৪২৮-৩০)

মসিদা—'যমুনাগী সুংশিব ঈশিংদা' অমসুং 'কাল-ফণী' উপ-মান-শিংনা 'প্রমীলাগী মধুর:প্রম্' অমসুং 'ইন্দ্রজিৎ' মথ·শিংনা উপমেয় অনিবু ফুম্জিন্দুনা থম্লে।

[ঙ] মুখৎলি তত্তনা সুংশি মপাউনা সত্তীনা
কালাগ্নিসি। × × × (মেঃ বঃ কাঃ ৩ ৪২৭ ২৮)

মসিদা উপমান—'কালাগ্নিসি' না উপমেয়-মেঘনাদবু ফুম্লে।

[চ] × × জগৎ নাকোংদা অমৃত ধারানি। ( মেঃ বঃ কাঃ ৩।২২ )

উপমেয় 'নাম্বু' 'অমৃত ধারা' উপমাদা উম্লে।

## (২) অভেদদা ভেদ—অতিশয়োক্তি।

পোৎ অমত্তবু তোঙাযনি হায়না খবু অভেদদা ভেদ কৌই। খুদম্ তাঙিঙ।

## (৩) সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ।

পোৎ অনি মহৌশানা সম্বন্ধ লৈনৈ—হায়না খাইনা খঙনৈ; সম্বন্ধ অদু য়াদবু—লৌদবু সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ অতিশয়োক্তি কৌই। খুদম্—তাঙিঙ।

মথক্তী অনি অসি মণিপুরী সাহিত্যদা থেংনদরি। অদুনা খুদম্ পীজদরে।

## (৪) অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ।

মহৌশানা সম্বন্ধ লৈতব পোৎশিংদা সম্বন্ধ লৈ হায়না কল্পনা তৌববু অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ অতিশয়োক্তি কৌই। অসিগুম্ব-সিদা চমৎকার য়াম্না ওই।

[ক] কলঙ্ক লৈতমবগী আশাদৈ চন্দ্রনা।
চরণ-খুজিন্দা লৈরে মশক্ তরা থোক্লা॥

কবিনা—অন্নদাগী (দেবীগী) মোহিনীরূপ বর্ণন তৌরি; চন্দ্রনা অন্নদাগী চরণ খুজিন্দা লৈরে— মরমদি মহুদা লৈরবদি মাগী মশাদা কলঙ্ক লৈরবোই। মসিদা চন্দ্রনা থোঙ্গী খুজিন্দা লৈবা অসম্ভবনি। অদুমক্পু কবিনা কল্পনা তৌরি। অদুনা অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ ওইরে। অসিগুম্ব বর্ণনাদা কবিনা চমৎকার

ওইহন্দুনা য়াম্না কন্নহল্লি। অদুনা আলঙ্কারিক দণ্ডীনা অতিশয়োক্তিবু—'অলঙ্কারোত্তমা' ( উত্তম-অলঙ্কার ) কৌই।

[খ] রাঙাংদা পঞ্চম স্বর তম্লবৈ আশানা।
কোকিল-কোকিলা সঙ্গু সঙ্গু ইকোই-কোইনা ॥

অন্নদাগী মোহিণী রূপ বর্ণল্লি ; মসিদা কোকিলনা অন্নদাগী রাঙাংদগী পঞ্চম-স্বর তম্লিজিঙ। মধুর পঞ্চম স্বর কোকিলগী মশামকী লল্লি। কবিনা কোকিলবু অন্নদাগী শিষ্য ওইহন্দুনা উৎলিবদি—অন্নদাগী রাঙাঙ্গা ( খোঞ্জেল্‌গা ) কোকিলগী পঞ্চম স্বরগা তুলনা য়াদে। অন্নদাগী খোঞ্জেল্‌গী মাধুর্য্য অওক্পনি হায়বনি।

## (৫) কার্য্য-কারণগী মথং-মনাও ওন্নব-অতিশয়োক্তি।

কার্য্য-কারণগী মহৌশাগী মথং-মনাও লৈবদু ওন্নরবদি অসিগুম্ব অতিশয়োক্তি অলঙ্কার ওই।

[ক] হান্না লাক্লই প্রাণ মতুংদনা জ্ঞান।
'হৌবু মাজিঙ জ্ঞান হান্না, কোন্না প্রাণ।"

প্রাণনা হান্না লাক্পনিনা হান্না চৎকম্ খোক্লই ; অদুবু মসিদা মাং-তুং ওন্নরে।

## (ঠ) দৃষ্টান্ত।

অমগামগা ধর্ম্ম মান্নব-পোৎ অনি মান্নবগী বর্ণনাবু দৃষ্টান্ত কৌই। মসিদা উপমেয় অমসুং উপমান থংনব-বাক্য অনিদা লৈবা,

সাদৃশ্য ( মান্নবা ) উৎনবগীদমক তুলনা বাচক শব্দ য়াওদবা— অদুগা সাধারণ ধর্মগী অর্থ অমত্তা ওইদবা, অমসুং তোঙাম্ব ওইবনা তোঙান্-তোঙাম্ব রাহৈনা হায়বা— থস্থরগদি মথুংদগি উপমেয়-উপমান মান্নবা। মথুদি :—

[ক] আশাগুম্বা ঐগী নাক্তা লোৎপ্রদো, কজবি !
চন্দ্র-মুখগী উবদা দ্বিগুণগনি পাঙ্গল্,
চন্দ্রমুখি। লৈরিমথৈ ফণীন্দ্র দেহদা
প্রাণ, কনাগী মতিক্ লৈ হূবা, কোক্তী মণি ? [ বীঃ কাঃ
৬।১৩৯-৪২ ]

মসিদা—"আশাগুম্বা……পাঙ্গল্"—উপমেয়—বাক্য (ঐ—উপমেয়), অদুগা—'লৈরিমথৈ ……কোক্তী মণি'—উপমান—বাক্য ( ফণীন্দ্র—উপমান ) ; পাঙ্গল্ দ্বিগুণবা, অদুগা 'কোক্তী মণি হূবগী মতিক্'—অর্থ তোঙাম্ব সামান্য-ধর্ম্ম ( common-property ) অনিনি, অদুবু তাৎপর্য্যদা সাদৃশ্য মরি অমা থাপ্তুরা লৈ। হায়বদি পাঙ্গল্ দ্বিগুণবনিনা ঐঙোন্দগী নংবু পাক্ হেক্ মুম্বা ওম্মোই, ফণীন্দ্রদগী মণি মুম্বা ওয়দে। বাচক-শব্দ য়াওদে।

[খ] · … … সভাপুম্ব রায় নিংথৌ রাবদা,
জগৎ মমৃপ্রে, ওন্থোক্পনি, নোংনা থঞ্জিবদা
সুমিৎপু। … … … … [মেঃ বঃ কাঃ ১।৭৬-৭৮]

মসিদা—'সভাপুম্ব…রাবদা'—উপমেয় বাক্য ( সভাপুম্ব—উপমেয়), অদুগা 'জগৎ মমৃপ্রে…সুমিৎপু'—উপমান-বাক্য (জগৎ—উপমান) ; সামান্য ধর্ম্ম-রাবা অমসুং মম্বা—অর্থ মান্নদবা, অদুবু

তাৎপর্য্যদা মান্নব-মরি অমা মনুংদা লৈ। বাচক শব্দ য়াওদে।

[গ] ভানুগী মণ্ডাম্না, দেখি, চণ্ড্ বদা উমংদা
শূন্ন-মম্ব, মণ্ডান্নুগী মণ্ডম্না ওালহন্নি—
উমংদো। ... ... ... ...
নংনা খোঙ্দাবিব লমদা, মধু চেম্বি।
করিগী নুঙাইরোইদগে মীপুম্ খুদিং গুনা ? [মেঃ বঃ কাঃ
৮।২১৯-২৪]

মসিদা—'ভানুগী...উমংদো' উপমেয় বাক্য (ভানু-উপমেয়), 'নংনা...গুনা'— উপমান বাক্য (উপমান-নং-সীতা)—সাধারণ ধর্ম্ম 'ওালহবা' অমসুং 'নুঙাইহবা' অর্থ মান্নদব ন্নাহৈশিং; অদুবু তাৎপর্য্যদা মান্নব মরি উৎলি। বাচক শব্দ য়াওদে।

[ঘ] ... ... হিংচাব ন্নখি, করম্না কাউরিবা
কনানো নং ? মহাকূল করিদা নং পোক্পা ?
কনানো অধম রাম ? অরূব পুত্রীদা
শান্নবনি ন্নাজহংস খম্বানগী কানন্দা;
চৎপন্না খক্ মানা, প্রভু, অনৈব ঈশিংদা,
কণ্ঠ-চন্নাং মপৈগী লৈকম্ ? শা-নিংথৌ সিংহনা,
কদৌঙৈ, হে বীরসিংহ, তন্নান্থী লমহুইবু
বন্ধুগুম্না ? × × × × [মেঃবঃকাঃ ৮।৫৪১ ৪৯]

মসিদা—উপমেয় অমগী উপমান অনি, অদুগা বাক্য অহুমদা সাধারণ ধর্ম্ম—বিম্ব প্রতিবিম্ব ভাব—(হায়বদি অর্থ মান্নন্নগা মনুংদা মান্নব ভাব লৈবা) য়াওরে। মহাকুলদা পোকপ নং অদুগা অধম রাম—উপমেয়;—উপমান (১) 'ন্নাজহংস' অমসুং কণ্ঠ-চন্নাং

লৈকম্ ; (২) শা-নিংথৌ সিংহ অমসুং লমহুই। মখোয় অনিগী গুণ থবকশিংগী সাদৃশ্য তাৎপর্য্যনা উৎলি। উপমেয় অমগী উপমান অমগী হেক্লে—অহুনা মসি মালা দৃষ্টান্তনি।

[ঙ] রাহু উয়-থাগী তুংইল্লি থরাম্মিচাক্।
পামেল্ব বদা ওল্লি লৈমাইথক্তা উরীনা॥
লৈখোম্ পুখ্রব শামুবু থাদোক্তে অমোম্না।
ইন্সু তৌসন্মু ধর্ম্ম পতি-ভনি নুপীগী॥ [ প্রঃ নাঃ ১১২৫ ]

মসিদা—উপমেয় পতি ( রাম ) অহুগা নুপী ( সীতা )—উপমান অহুম্ বাক্য অহুম্দা— [১] থা অমসুং থরাম্মিচাক, [২] পামেন্ অমসুং উরী, [৩] শামু অমসুং অমোম্। সাধারণ ধর্ম্ম—তুংইবা, লৈমাইদা ওবা, থাদোক্কবা অমসুং ইন্দুনা ধর্ম্ম তৌবা—তাৎপর্য্যদা সাদৃশ্য উৎলি। উপমেয় অমগী উপমান অহুম্নি ; অহুনা মসি মালা দৃষ্টান্তনি।

[চ] কনাবু কবা ওয়গে মৃত্যু কালদা কনানা ?
থৌরী তৎলগা ওয়গে চক্কু কাবা কনানা ?
অক্সানি নিয়ম্ মীগীপা পাম্বিগীগা অসুম্না।
অমুক কত্তিও অমুক হৌই মতম্ ইকাই কায়দনা॥ [স্বঃ বাঃ ৮।১০ ]

উপমেয়—অহান্ বাক্যদা—কনাবু (মী) ; উপমান—অনিশুব বাক্যদা—চক্কু ; সাধারণ ধর্ম্ম—উপমেয়গী শিবা কবা, উপমানগী তাদনবা কাবা—অর্থ—ভাবা তোঙাবা—থম্বরগা শোয়দনা মাহিও থওনৈ। বাচক শব্দ—য়াওদে। অহুনা মসি দৃষ্টান্ত অলঙ্কারনি।

## দৃষ্টান্ত অমসুং প্রতিবস্তুপমা—

অনি অসিগী মাল্লব ধর্ম্ম (factors)—উপমেয়-উপমান বাক্য অমমম্দা লৈবা, সাদৃশ্য বাচক শব্দ য়াওদবা, সামান্য-ধর্ম্ম অনিরক (অমুক্না উপমেয়গা অমুক্না উপমানগা হায়বদি বাক্য অনিদা অনিরক) অমসুং উপমেয় উপমানগী সাদৃশ্য খঙ্গনগা বুদ্ধিনা পুথোকপা।

অনিগী খেন্নবা— সাধারণ ধর্ম্মগী (common property) মতাংদনি। প্রতিবস্তুপমাদা—সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তনি ;—তোঙান তোঙাম্ব রাহৈনা অনিরক হায়রুনা অর্থ অমত্তা কোংদোকপদনি; অমগী মহুত্তা অতৈনা বদলী তৌবা য়াম্ব, মতুদা সাধারণ ধর্ম্মগী অর্থ মাঙদে। অদুগা দৃষ্টান্তদা—সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তা নত্তে ; তোঙান-তোঙাম্ব উপমেয়গী সাধারণ ধর্ম্ম অমমম্, উপমানগী সাধারণ ধর্ম্ম উপমেয়দগী তোঙাম্বা—অতুনা সাধারণ ধর্ম্ম অনি— তোঙাম্ব রাহৈনা উংপা। ম'রৈ হায়বা পাকৎকপ্ চুমনবা— খঙ্গনগা তাৎপর্য্যদা সামান্য ধর্ম্ম অনি মান্নবা লৌনৈ। অমুম্ তৌনা বুদ্ধিনা সাদৃশ্য উংপ উপমেয়-উপমানগী সম্বন্ধবু বিম্ব-প্রতি-বিম্ব ভাবগী সম্বন্ধ, অদুগা সামান্য ধর্ম্মবু বিম্ব-প্রতি-বিম্বগী সাধারণ ধর্ম্ম কোই। সাধারণ ধর্ম্মসি অতৈনা বদলী তৌবা য়াদে। চপচানা য়াওনি, অমসুং তাৎপর্য্যনা, ইঙ্গিতনা সাধারণ ধর্ম্মদা মান্নবা পুথোকৈবনি। মথক্তা খুদম্ তকক্তা 'করম্না মান্নবা' তাকপগে হায়বদু ময়েক শেংনা ব্যাখ্যা তৌগনা হায়খরে।

## (ড) নিদর্শনা।

পোৎ অনিগী 'অসম্ভব' ( absurd ) অমদি 'সম্ভব' (possibility) সম্বন্ধ ব্যঞ্জনানা ( by implication ) উপমেয়-উপমান-ভাব ওইহন্দুনা সাদৃশ্য উৎপবু নিদর্শনা অলঙ্কার কৌই। মসিদা পোৎ অনি মায়বা উৎপা অমসুং অনি অসিগী সম্ভব অমদি অসম্ভব সম্বন্ধ ব্যঞ্জনানা পুথোক্কনা অমনা উপমেয় অদুগা অতৈ অমনা উপমানি হায়নখোরবা মতমদা নিদর্শনা অলঙ্কার ওই। নিদর্শনা বাক্য অমগী অলঙ্কার, স্বাধীন বাক্য অনিগী নত্তে। মখুদি :—

[ক] সূর্য্যদগী পোক্লকপ বংশ অদুনা কদায়দা।
বিষয় খরতা-খঙ্ভব ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা।
জ্ঞান-তাদব মরম্মা লানথোদব সাগরবু
লান্নিংগে নিঙ্লি ঐগা চুম্ফুরক লায়না পোঙনবু।
( রঃ বং ১।২ )

মসিদা—'ঐগী বুদ্ধিনা সূর্য্যবংশ বর্ণন তৌবা'— উপমেয়, 'পোঙনা সাগর লাখ্বগী মতৌগুম্বা' উপমান অর্থ মায়দব রাইহে অনিনা 'ওইথোক্কব মতৈ কংবগী' সম্বন্ধ উত্তুনা মায়বা উৎলি। মসিদা উপমানগী ধর্ম্ম উপমেয়দা পাঙ্খৎপা য়াদে। অহান্নগী পরেঙ অনিসি বিষম অলঙ্কারনি। যেডত্তু বিষম অলঙ্কারদা।

[খ] য়েক্লব চেলতম লানতম্বা — উপমেয়
হূ চাহনা চিংথনা লৈবা — উপমান

অমগা মগা মরী অমতা লৈতে, অতৃবু অর্থ তোঙান্নবম্ তাৎপর্য্যনা উপমেয়-উপমানগী সাদৃশ্য উৎলি।

[গ] ৱাং চাউরব মীশিংনা কংনকম্ খোক্ত্প মহৈহেদো ।
থী:ক্লশ্বদি ওইরগা খুৎ থাঙ্গত্তুনা লাম্মীদো ॥ (ৱ: বং ১।৩)

[ঘ] হৌরো, য়েগুগু, বিধুমুখি, করম্না শাৎলিবা,
হূক্ত্না নহাকী কুচু লৈরাংনা নিংখিব
কুপ্তবন্দা । ... ... ... ... (মে:বঃকাঃ৫।৩৮৭ ৮৯)

উবা মতমদা প্রমীলাদা ইন্দ্রজিৎনা হায় । লৈবা প্রমীলাগী কুচু হূবা অসম্ভবনি । প্রমীলাগী কুচুগুম লৈ পূম্নমক । লৈগী মচুগুম প্রমীলাগী কুচু নত্তে, প্রমীলাগী কুচুগুম লৈরাং মচুনি—উপমানগী মতৌগুম উপমেয় নত্তে, উপমেয়গী মতৌগুম উপমানি ।

## নিদর্শনা—দৃষ্টান্ত থেম্নবা ।

নিদর্শনাগী অর্থ— শোয়দনা উবা হায়বদি অসম্ভব-সম্বন্ধগী মমক্তা সাদৃশ্য থিত্তুনা পুথোকপা । বাক্য লোইস্রিহৈদা নত্তগা লোইবগা লোয়দনা লোয়ননা সাদৃশ্যৱ থত্তবা ঙম্মি । অতএব দৃষ্টান্তদদি বাক্যনা হায়া লোই, মতুংদা বুদ্ধিনা বিচার তৌদুনা সাদৃশ্য অদু পুথোক্ই ( থম্বগা খোরকই ) । নিদর্শনা বাক্য অমদা মপুং ওই অদুগা দৃষ্টান্তদা তত্তনা বাক্য অনি লৈ, অমসুং উপমান-উপমেয় সম্বন্ধ সম্ভবনি, নিদর্শনাগুম্না অসম্ভব নত্তে ।

## নিদর্শনা—অতিশয়োক্তি ।

নিদর্শনাদা—অসম্ভব পোৎকী সম্বন্ধনা উপমেয়-উপমান থত্তনবা শেম্বা অদুগা অতিশয়োক্তিদা উপমেয়স্ মীরমেন্ ৱাংমগী

( super-human ) মতিক ওইহল্লা ; অদুগা নিদর্শনাদা উপমেয় উপমানগী মরক্তা চাংদম্নব ভাব লৈ অমস্তুং অনিমক্কী মর্য্যাদা অমস্তুং মমন্ মান্নবা লৌনৈ নত্তা, অতিশয়োক্তিদা মীখোই-মীহেন্না কল্লবা লেপ্পী।

## (চ) প্রতীপ।

উপমানবু উপমেয় ওইনা লৌবা অমদি উপমেয়না উপমানবু অয়েন্ব-তাহল্লবু প্রতীপ অলঙ্কার কৌই। প্রতীপ হায়বদি ওন্থ-তৈনবা।

প্রতীপগী অনিশুব লক্ষণ অসিদা ব্যতিরেক অলঙ্কারগী মায়ম্ লাক্পা য়ায়। প্রতীপদা উপমানবু অয়েন্বদা তাহল্লি ( উপমেয়না হেল্লনা মনাক্তা উপমান লৈবা য়াদে ) অদুগা ব্যতিরেকদা উপ-মেয়না হেল্লা অমদি য়াংপা লৌনৈ, উপমান লৈ।

[ক] চৌন্গী অমৃত পাম্তনা কাউরম্মী, অমৃত
সুরাসুর ; মরুম্‌ক্র লীন টকাইত্তনা
নঙন্দা বেণী উবদা ; মন্দর মশামক্
চপ্‌ লেপ্‌খয়ে উরুবদা অ:তোওব থবাক্তো। ( মেঃ বঃ কাঃ
২।৩৫৩ ৫৬ )

মসিদা উপমান—অমৃত, লীন, মন্দর— অয়েম্বদা তাহল্লে, উপমেয়না মাম্না হেল্লে—চৌন্গী অমৃত, বেণী, অতোওব-থবাক্।

[খ] খড়িং ঐগী কৈদৌ নম্না শুক্লব-উমংদা
কোয়রিবনো গজরাজ ! শাজত্ উরগা,
টকাই থাওদগী চিংরুপে কয়া নমায়ড়
চাউখোকপ ? ... ... ... (মেঃবঃকাঃ [illegible])

মসিদা 'শাজত্তু'—ইন্দ্রজিৎকী শাজৎ—উপমেয়না উপমান গজরাজদগী হেন্নে। মসি প্রমীলানা হায়বনি।

## FORMULA

অর্থালঙ্কারগী মনুংদা সাদৃশ্য-মূল অলঙ্কারনা খাইদগী অ-থোইবনি। অদুনা কাউদনবগী অলঙ্কার খরগী ফোর্মুলা (Formula) অমা মখাদা পীরি।

থাগুম্ব-মায়থোং—উপমা॥ জাৎ মান্নদব অনিগী তুলনা।

মায়থোংমক্ থানি—রূপক॥ উপমেয় উপমান খেন্নদবা।

মায়থোং থা মান্নে। উৎপ্রেক্ষা—উপমেয়বু উপমান ওইনা লৌবা।

থা নিদনা॥ অতিশয়োক্তি। উপমেয় উম্খ্রে, উপমাত্ত লৈরে।

মায়থোঙ্গুম্ব থা॥ প্রতীপ। উপমান্বু উপমেয় ওইনা লৌবা।

থা ভম্জব মায়থোং॥ ব্যতিরেক॥ উপমান হন্থরে, উপমেয়না হেন্নে।

মায়থোংলা? থারা? সন্দেহ। উপমেয় উপমান—মান্নবা চিংনবা।

মায়থোং নত্তে, থানি। অপহ্নুতি। উপমেয় লৌদরে।

মায়থোংনি—থা নত্তে। নিশ্চয়। উপমান লৌদরে।

হৎ মায়থোং। মোংবিররন্নু ইমাঙদা।—সমাসোক্তি। জীবপাম্ব ওইনা লৌরে।

থানা-মায়থোং ওইদুনা ভাল্লরে ইমাঙদা। পরিণাম। উপমান্না উপমেয় ওইবা।

ভাম্বিররে নুংশিব মায়থোং ঐগী মিত্তা 'তুদৈ থমোয়দা } পর্য্যায়। মতম্ অমদা মফম অহুম্দা লৈবা।

মায়থোং থাজগুম্বী। থাজ্রে মায়থোংগুম্বী॥ } উপমেয়োপমা।

Consolidated statement showing the distinction between pair of অলঙ্কার's by comparison and contrast.

| | |
|---|---|
| ১। **উৎপ্রেক্ষা**<br>সংশয় মপুং। উপমেয়বু উপমান ওইবমান্না লৌবা। কবিনা খঙনা খঙনা চিংনবা, ভ্রম য়াওদে। | **ভ্রান্তিমান**<br>ভ্রম মপুং। উপমেয়বু উপমানি হায়না কবিনা ভ্রম তৌবা। কবি কল্পনাগী স্বভাবিক ভ্রম। |
| ২। **উৎপ্রেক্ষা**<br>উপমেয়-উপমান অনিমক বাক্যদা য়াওব। সম্বন্ধদি সাধ্য অধ্যবসায় ( benefit of doubt ) 'উম্‌দোৌবমান্না' 'উমদোৌইদা' হায়ব-ভাবনি। | **অতিশয়োক্তি**<br>উপমানা উপমেয়বু উম্‌থুনা মথন্তা বাক্যদা য়াওবা। সম্বন্ধসিদ্ধ অধ্যবসায়। পুম্‌উম্‌ উম্বা। |
| ৩। **রূপক**<br>উপমেয়—গৌন, উপমান প্রধান—অনিবু কল্পনানা অভেদ লৌবা। | **অপহ্নুতি**<br>উপমেয়— লৌদবা।<br>উপমান— লৌবা। |
| ৪। **রূপক**<br>উপমেয়দা উপমান হাপ্পুনা | **সমাসোক্তি**<br>উপমেয়দা উপমানগী থবক, |

অমত্তা ওইবা, অনিমক বাক্যদা য়াওবা ।

গুণ হাপচিবা ; বাক্যদা উপমেয়ত য়াওবা ; উপমানগী গুণ ক্রিয়া লৌদুনা উপমেয় হায়নৈ ।

## ৫। রূপক

উপমেয় উপমান খেন্নদব মপুং ।

অনিমক্ বাক্যদা য়াওই । উপমান্না প্রধান্নি ।

## অতিশয়োক্তি

উপমেয় উপমান পুম্খেন্ খেন্নদবা ।

উপমান্না উপমেয়বু উম্দুনা মথন্তা বাক্যদা য়াওবা ।

## ৬। নিদর্শনা

অর্থ শোয়্দনা থওবা — অসম্ভব সম্বন্ধগী মরক্তা সাদৃশ্য থিদুনা পুখোক্পা বাক্য লোই-ত্রিবৈদা নত্রগা লোইবগা লোয়ন-লোয়ননা সাদৃশ্যতু থওবা ওবা । বাক্য অমত্তনি ।

## দৃষ্টান্ত ।

বাক্য লোইরবা তুংদা বুদ্ধিনা বিচার তৌদুনা সাদৃশ্য পুখোক্পা । বাক্য অনিনি । উপমেয়-উপমানগী সম্বন্ধ সম্ভব নি ।

## ৭। প্রতিবস্তূপমা

বাক্য অনি, অমনা উপমেয় অমনা উপমান ।

উপমেয়-উপমান অনিমক সামান্য নত্রগা বিশেষ তাক্ত ওইবা । বস্তু প্রতিবস্তু-ভাব সম্বন্ধ ।

## অর্থান্তর-ন্যাস

বাক্য অনি ; অমনা উপমেয়, অমনা উপমান । অমনা সামান্য অমনা বিশেষ নত্রগা অমনা কারণ, অমনা কার্য্য সমর্থন তৌবা । বস্তু-প্রতিবস্তু ভাব লৈতে ।

## ৮। দীপক।

প্রস্তুতকা অপ্রস্তুতকা ধর্ম্ম (ক্রিয়া) অমত্তনা নত্রগা কারক অমগী ক্রিয়া ময়ায়া মরি লৈহবা।

## তুল্য-যোগিতা।

প্রস্তুত অমদি অপ্রস্তুত কয়ামরুম্ ধর্ম্ম ( গুণ-ক্রিয়া ) অমত্তনা তাইশিন্নি। প্রস্তুত+প্রস্তুত নত্রগা অপ্রস্তুত+অপ্রস্তুত হায়বদি তুল্য=সমান যোগ। তিন্নরবন্থ প্রস্তুত-প্রস্তুত অহুম্ লৈ; অপ্রস্তুত অপ্রস্তুত অহুম্ লৈ।

## ৯। দৃষ্টান্ত

## প্রতিবস্তূপমা

**অনিমক্তা—মান্নবা**

বাক্য অনি, বাচক্ য়াওদবা, সমান্ত ধর্ম্ম অনিরক—উপমেয়দা অমুক্, উপমান্দা অমুক্। সাদৃশ্য খঙ্গরগা বুদ্ধিনা ( ব্যঞ্জনানা ) পুথোক্পা।

**খেন্নবা**

সাধারণ ধর্ম্ম অমত্তা নত্তে। different উপমেয়গী সাধারণ ধর্ম্ম অমময়্, উপমানগী সাধারণ ধর্ম্ম উপমেয়গীগা তোঙাবা—অহনা সাধারণ ধর্ম্ম অনিনি; different রাহৈনা উৎলি। মাদৈ হায়বা পাক্ হেক্ ওন্দবা খঙ্গরগা তাৎপর্য্যদা সামান্য ধর্ম্ম অনি মান্নবা লৌনৈ।

সাধারণ ধর্ম্ম তোঙান্ তোঙাব রাহৈনা অনিরক হায়রবন্থ অর্থদি অমত্তা; অমগী মহত্তা অমনা বদলী তৌবা রাই অর্থদি মাওদে।

| ১০। দৃষ্টান্ত | অর্থান্তরন্যাস। |
|---|---|
| বিষয় অনিনি—উপমেয় উপমান অহুগা সাদৃশ্যগীদমক্ সাধারণ ধর্ম্মহু বিম্ব—প্রতিবিম্ব ভাব ব্যঞ্জনানা লৌনৈ। | সামান্যনা বিশেষবু (vice versa) নত্রগা কারণনা কার্য্যবু (vice versa) সমর্থন তৌনবা মহৈ মহৈ। |
| **১১। অপ্রস্তুত প্রশংসা** | **অর্থান্তর-ন্যাস** |
| অপ্রস্তুত হায়দুনা ব্যঞ্জনা-না প্রস্তুত উৎলি। | সামান্য-বিশেষ নত্রগা কার্য্য কারণ অনিমক য়াওই; মহৈ-মহৈ সমর্থন তৌনৈ। |
| **১২। সমাসোক্তি** | **অপ্রস্তুত-প্রশংসা** |
| প্রস্তুত (উপমেয়) হায়দুনা অপ্রস্তুত (উপমান) তাক্পা। বাক্যদা উপমেয় য়াওবা। | অপ্রস্তুত হায়দুনা ব্যঞ্জনানা প্রস্তুত তাক্পা। বাক্যদা অপ্র-স্তুত য়াওবা। |

অনি অসি অমনা অমগী বিপরীতনি।

| ১৩। একাবলী | কারণমালা | মালাদীপক। |
|---|---|---|
| মতুঙ্গী পোৎনা মমাঙ্গী পোত্তা কঙবা হাপ্পা। Each succeeding thing adds to the beauty of cach preceding thing. | মমাঙ্গী পোৎ মতুঙ্গী পোৎকী কারণ ওইনা উৎপা। Each preceding one is represented as the cause of each succeeding one. | মমাঙ্গী পোৎনা মতুঙ্গী পোৎকী charm হেন্নবা। Each preceding tbing enhances the charm of each succeeding thing. |

## ২। বিরোধমূল অলঙ্কার

মতম্ অময়াদা হায়গদব বিষয়শিংবু কল্পনবগীদমক নত্রগা খোইদোক্না কন্‌শিন্না হায়নিংবদগী বক্তা নত্রগা লেখক্না মাগী উক্তিদা মপাম্মোংদা বিরোধ ( contradiction ) অমা ওইহল্লি। বিরোধ অসিদা কেন্দ্র ওইডনা অলঙ্কার শেম্মী—মতম অমুদা অলঙ্কার অশুবু বিরোধমূল হায়নৈ। অসিগুম্বা অলঙ্কারগী মখুংদা মকোক্ ওইরিবদি অসিনি :— বিরোধাভাস, বিষম, বিভাবনা, বিশেষোক্তি অমসুং অসঙ্গতি।

### (ক) বিরোধ অমসুং বিরোধাভাস।

পোৎ অনি হেক য়েংবদা বিরোধ ওইনা উবা অদুগা বিরোধ অদুদা চমৎকার অমদি কাব্যদা নিংথিজবা য়াওবা অমসুং তাৎপর্য্যদদি বিরোধ অদু মাঙাখবা মতম্‌দা বিরোধাভাস অলঙ্কার ওই। থাদৈশেংনা বিরোধ ওইরবদি বিরোধাভাস অলঙ্কার ওইদে। মখুদি :—

(ক) লাইথুং কক্তব মীদি চঙনা শিবা পাংথক্লি।

(খ) নিংথিদা কুচুদি মুনা লাক্তিঙ।

(গ) থোৎনা চপরৈ রাষ্টহ রাতা।
পেৎনা চেংজংবা ময়মৃচক্কা।

(ঘ) অঙাংসিদি লিখৎখরে, মপাদগী হল্লি।

(ঙ) শ্মাথিনা কক্তব হমুব-অঙাংশিং।

(চ) ধর্ম্ম চেন্নবা দিলীপ্পি হমুদনা হমুরবা। (রঃবং ১।২৩)

## ( খ ) বিষম।

মায়দবা পোৎ চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌবদু বিষম অলঙ্কার কৌই। মসিদা কার্য্য ( effect ) অমসুং কারণ ( cause ) অনিদা খেন্নবা লৈববা, অমদি অহৌব থবক অমা মহৈ য়াম্বা নত্রগা খল্লদব ( unexpected ) পোৎ অমা ফংবা— হায়বদি ময়মদগী ফংকম্ খোক্পা মহৈ অতুগী মহুত্তা পাম্দব, খল্লদব মহৈ অমা থোরকপা, নত্রগা বিরুদ্ধ ( contradictory ) পোৎ অমা থোরকপা ( মকম্ অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্নবা থোক্‌-পস্থ বিরুদ্ধ পোৎ থোক্পা কৌনৈ )— মসি ওইরবদি বিষম অলঙ্কার ওই। পূম্নমক অসিদা বি-ষম-মায়দব পোৎকী বর্ণনা তৌই।

(ক) ইখোঙ-খোংনমক্ চন্ত্রনা উজ্জয়িনীগী কোন্নুংদা।
অবন্তিরাজ কুমারীবু ইমিৎ পেন্না উজবদা॥
হায়ব-খোঙব দশা'মা ঐগী ওইখিব মতম্দা।
থাবিরম্মী কামদেবনা তেকৈ মঙানা ঐঙোন্দা।
মতুগী দাগ্ হৌজিক্ কাওবা কোক্কি্ ঙৈনা হৃদিঙ্গুংদা।
থাবিরয়ে অমুক্ হন্না রতিপত্তিনা ঐঙোন্দা।
তেম্মঙাত লৈজব কয়ম্তৌনা মহান্না।
থারক্পগে ঐঙোন্দা তেন্নৈ তরুক্ শুবনা (স্বঃবাঃ৪৷১)

মসিদা—'থাবিরম্মী .. হৃদিঙ্গুংদা'—বাসবদত্তাবু নিংশিঙ্গি।
"থাবিরয়ে⋯ঐঙোন্দা" অসিনা পদ্মবতীদা প্রেম লৈবা তাক্লে।
"তেম্মঙাত · তরুকশুবনা"—অমদনা মেম্মঙানা পুল্লপ্-থাবা-হায়-বদি বাসবদত্তাবু নুংশিবনা, অতৈদনা তরুক্শুব-তেন্ অমত্তনা

থাবা—হায়রবদি পদ্মাবতীবু মুংশিবদগী হেৎ ধ্বনি ( implied sense ) ওইরে। মকম অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্না থোক্লরে ; অদুনা বিষম-অলঙ্কারনি।

(খ) ... ... ... ... কণীসি উবদা
চেৎখি কিদুনা, অউব যম দূতশিংনা ;
কণীসি উবদা, হাই হাই, কনানো মসিবু
য়েৎনিংলোইদবা মঙক্কা, ... ... (মেঃবঃকাঃ৫।২৭৭-৮০)

কণীসি=হিংচা নুপীগী বেণী ( শম্জি-মতোন্ )। কণী—কারণ (অউব-মীগী) কিদুনা চেৎবা স্বভাবনি (কার্য্য)। কণীবু ওক্তা য়েৎনিংবা স্বভাবিক নত্তে ; অদুনা কার্য্য-কারণ মান্নদরে ; বিষম অলঙ্কারনি।

(গ) ঈংননবা দিবানিশি চন্দন তৈবদা।
বিধিগী থুজিন্না মচু হুবু ওইরক্লেদা॥

চন্দন্দি ঈংই, অদুবু চন্দন তৈবদা হুগুম্ ওইরক্লে। unexpected মহৈ ফংলে ; অদুনা বিষম অলঙ্কারনি।

(ঘ) যক্লোম্ পীথক্‌না য়োক্লম্মে লীলমচা,
কাম্থোরক্লে হৌজিক্ হু মপৈ মপৈ ;
কক্লোক্‌না অমুব-মতোক্,
উশিত্তনা চীক্লবা অয়োক্পগী লেম্ফ্‌দা।
( পৃথ্বীরাজ নাটকী দৃশ্য অমা )

মসিদা unexpected effect থোরক্লে। বিষমনি।

(ঙ) হুচু নিংথিবৈ 'কয়া বিপদ ভম্থিব থোক্খিবা
থোরথুম্বরবু মায়থোক্পী মাঙহন্খিবা করম্ মৈনা।
(স্বঃ বাঃ ৬।১৩)

(চ) পাউতাক্ পীবদি মূর্খদা অশাওবা হেন্‌হৎতনি।
ষস্তোম্ খক্লগা লৌগুন্সী মহুদ মহেন্দ্রকৃপনি।
মসিদন্সু-খল্লুনব মহৈ থোরক্লে। অর্থান্তর ন্যাসগুনি।
(হিতোপদেশ)

(ছ) সীতাগী মরম্‌গীদমক্তা রাইবী খরাই মাঙনরে।
সনা তাষ্‌া হায়ববু মণি মাঙবা ভাবেদো। (খাঃলৈঃ)
সীতা কংনবগীনা— খরাইমাঙবা— বিরুদ্ধ মহৈ কংলি;
অদুনা

সনা তাবদা মণি মাঙবা বিরুদ্ধমহৈনি।

(জ) সূর্য্যদগী পোক্লকুবা বংশ অদুনা কদায়দা।
বিষয়খরত খঙজবা ঐগী বুদ্ধিনা কদায়দা। (রঃবংঃ১।২)

(ঝ) মহৌশানা খঙব লুব রাজচরিতনা
কদায়দা, ঐগুম্ব জীব অপংবনা কৈদা? (কিঃআঃ১।৬)

(ঞ) ··· মহা ঋষি বংশদা পোকপনি,
'হুবু চণ্ডালিনীনি ঐ। ··· ··· ··· (বীঃকাঃ ২।১৩৩।৩৪)

## বিরোধ—বিষমগী খেন্নবা।

বর্ণন তৌরিব পোৎ অনিহু অমগামগা মাল্লদবা বিষমগী মূল হৌকল্লি; অদুগা পোৎ অনি অমগ মগা বিরোধ ওইবা (ante) বিরোধগী মূলনি। মতুদি:— উচিগা হৌদোঙ্গা মহৈ মহৈ বিরোধীনি, বিষম নত্তে; অদুগা তিংখঙ্গা গুলাপ.কা— বিষম্মি, বিরুদ্ধ নত্তে।

## (গ) বিভাবনা।

মরম লৈতনা থথক খোক্‌পবু বিভাবনা অলঙ্কার কৌই। 'মরম' হায়বদি অকাওব থ্বাইনা খঙনব মরম্ খঙনগনি। বিভাবনাদা

অকাওব মরম্না থবক থোক্তে, কল্পিত ( implied ) মরম্না থোক্‌ই। কল্পিত মরম য়াওবগা উক্তনিমিত্ত বিভাবনা, য়াওদ্রবগা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা হায়নৈ। মহুদি :—

(ক) মশা কল্লিকিদনা, ধর্ম্ম চৎলি নাদনা।
পৈশা লৌই পাম্‌দনা বিষয় চাই লুপ্তনবা। (র: বং ১।২১)

মসিদা--কিবদগী খ্বাইনা মশা কল্লে, অকিবগী মরম্ লৈতনা দিলীপ্না মশা কল্লি ; খ্বাইনা না-য়েক্লগা ধর্ম্ম চৎলি হায়বদি লাই নিংনৈ। অনা-অয়েক লৈতনা দিলীপ্না ধর্ম্ম চৎলি। অপাম্বগী মরম্ লৈতনা পৈশা লৌই, বিষয় চাই। অহুনা (মরম্ হায়দোক্তব) অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা অলঙ্কারনি।

(খ) মতম্ মতুংইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্ন-হাৎপ থম্বাল্শুম্ লাবাণকী খাম্বীনা।
মশা চাক্‌পিখিব ধর্ম্মচেম্বী মতিক্ চাবী।
অবন্তিরাজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১৪)

'অবন্তিরজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে'—নিংশিংবা অসি কারণ য়াওদনা হায়বদি লুহোংলুরিবীগী মশা চাক্‌পা তৌদনা ওইরক্লে। অহুনা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনানি।

(গ) অঙাক্‌প-রাজা অহুনা চৎপহুদা বন্দা কোয়না।
মূৎলম্মী লম্পৈ নোংচুদনা পীকৃথলম্মী-হৈ-লৈশুনা।
ভুহৎলম্‌দে শাশিংলক: অশোম্ববু অকম্বনা॥ (রবং ২।১৪)

মসিদা-নোংচুবা—মরম য়াওদনা লম্পৈ মুৎপা, হৈ-লৈ পীকৃথম্বা

অহুগা অশোম্ববু অকম্বনা তুহত্তবা—অসিগী রাজানা বন্দ। কোয়বনা—ব্যঞ্জনানা ( by implication ) মরম ওইরে অহুনা—বিভাবনা অলঙ্কারনি। উক্তনিমিত্ত মখন্নি।

## (ঘ) বিশেষোক্তি।*

কারণ লৈরগ' কাজদি অমদি মহৈদি করিস্থ থোক্তব মতাংদা বিশেষোক্তি অলঙ্কারনি। থাঙ্গৈশেংনা। কাব্যবু নিংথিজব অমদি চমৎকার ওইহল্বা মতম্দা বিশেষোক্তি অলঙ্কার ওই। মসি বিভাব-নাগা চপ্‌চানা ওম্নতৈনবনি ( Just opposite )। বিশেষোক্তি মখল্ অনি শুই। থবক থোক্তন্দবগী অমদি মহৈ য়াল্হন্দবগী মরম্ য়াওরগা উক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তি, অহুগা য়াওদ্রগা অনুক্ত-নিমিত্ত বিশেষোক্তি কৌই।

(ক) মশক্-রাশী লম্চৎ বেভারদদি।
য়াম্না পামজৈ পদ্মাবতীবু'দ॥
বাসবদত্তাদা লূপ্‌খিবা মোন্দি।
হূবা ওম্‌ত্রি হৌজিক্ ফাওবতদি॥ ( স্বঃবাঃ ৪ ৪ )

মসিদা—'মশক্ রাশী লম্চৎ-বেভার'—কারণদি লৈরে অহুগা মসিগী ফল—'বাসবদত্তাদা লূপ্‌খিব মনঃ—হূবা' লৈদ্রে। অহুগা ওম্দবগী মরম্স্থ য়াওদরে। অহুনা অনুক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

---

*"সতি হেতৌ ফলাভাবে বিশেষোক্তি স্তথোদ্বিধা" সাঃ দঃ।
These is the cause but no effect.

(খ) × × × × ×
মশা চাক্‌পিখিব ধর্ম্ম চেৰী মতিক্‌চাবী।
অবন্তিরাজ-কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১)

'মশা চাক্‌পিখিব' কারণ অসিনা নিংশিংলবোইদবনি। অদুবু 'নিংশিংলক্লে ঐনা' (রাজানা)। নিংশিংলক্‌পগী মরম্‌সু য়াওদে; অদুনা অনুক্ত-নিমিত্ত বিভাবনাগা অনুক্ত নিমিত্ত বিশেষোক্তিগা সঙ্কর ওইরে। সঙ্কর অলঙ্কার য়েঙু।

(গ) রাইহেসিনা মমন্‌ হেল্লে রাজ্য কংবা ময়াম্‌দগী।
দোষ লৈরবস্থু ঐহাক্‌পু নুংশিবিবদি কাউবিদে॥
(স্বঃ বাঃ ৬।১২)

মসিদা 'দোষ লৈরবস্থু'—কারণ লৈরে, থবক্তি থোক্তরে; 'নুংশিবিরে কাউবিদরে' অদুনা অনুক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

(ঘ) কনবগী মহারাজগী মহারাণীবু লোৎলগা।
মসি তৌখি ইনিঙ্‌তৌনা ঐনা কবনি খন্দুনা।
ঐঙোন্দা করি রাজানা হায়গনি মহ খন্দুনা।
পুক্লিংদা চিংনবে য়াম্না য়াম্নবস্থু থবক্‌ মহৈ॥
(স্বঃ বাঃ ৬।১৫)

'থবক মহৈ য়াম্না' কারণগী মহৈ লৈত্রে; অমরোমদা পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে। 'ঐনা ইনিঙ্‌ তৌনা তৌখিবদগী' চিংনবা পোক্লিবনি। অদুনা উক্ত-নিমিত্ত বিশেষোক্তিনি।

(ঙ) মধু চুপ্পগী ঈশৈদা মুল্লব-লেঙঙ্গব
শঙ্খ হাৎনিংব ব্যাধনা, শায়রিবা হংস
শিঙ্গী মধুর-স্বরনা শুম্বনা, ঙম্‌খিদে
লক্ষ্যদা পুক্লিং চপ্‌য়ুংনা লেঙ্‌হন্দনা থম্বা। (ভঃ কাঃ২।৭)

মসিদা—হাৎনিংবা কারন্দি লৈরে; অদুবু লক্ষ্যদা পুক্নিং লেপ্পদি ( attention of mind ) লৈত্রে—হংস মখোস্তাবদগী—অদুনা উক্তনিমিত্ত বিশেষোক্তি অলঙ্কারনি।

## (ঙ) অসঙ্গতি।

কার্য্য-কারণগী থোক্কম্ তোঙান-তোঙান্নবা হায়বদি কারণনা মফম্ অমদা অদুগা কার্য্যনা অতৈ মফম্ অমদা থোক্পা মতমদা অসঙ্গতি অলঙ্কার ওই। মদুদি :—

(ক) ... ... ... ইতা! কায়খরে হৃদিসে
ঐহাক্কী, য়েঙঙু দো সখি, ঈ ধারা উবদা
ইচাগী মেঙ্ব হকচাংদা।... ...(মেঃ বঃ কাঃ ৭৫৫৯-৬০১)

কারণ—ইচাগী ( কার্ত্তিক্কী ) হকচাংদা ঈ-ধারা, অদুগা কার্য্য ঐহাক্কী ( উমাগী ) হৃদি কায়বা। কার্য্য—কারণ মফম্ তিন্নদরে;—অদুনা অসঙ্গতি অলঙ্কারনি।

(খ) ... ... ... ... ... ঙংলক্লে লাইবক্তা
চিত্রভানু, মৈরি ফ্রংফ্রং হেনা ইরং লংনা!
কিরদুনা লৈরাং-লীরুং চঙখরে খুদক্তা
ভবানীগী মখবাক্তা, ... ... ... (মেঃ বঃ কাঃ ২।৩৯২-৯৫)

কারণ—( শিবগী ) লাইবক্তা চিত্রভানুনা ( মৈনা ) ঙংবা, অদুগা কার্য্য—লৈরাং-লীরুংনা [কামদেবনা] ভবানীগী খবাক্তা লোৎপা। কারণনা অমদা কার্য্যনা অতৈদা; অদুনা অসঙ্গতিনি।

(গ) নোংমা চায়রুং তকপদা উমঙ্গী শামু অমনা।
মাগী মকু হৃদোক্পদা চীঙনিংথৌমচানুপীনা।

রাবিরঙ্গী মহুইদমক্ অসুরাশঙ্গী খুৎলাইনা
সেনাপতিদা পাম্বদা রাবিবা মতৌ অহুম্না ॥ (রঃবঃ ২।৩৭)

মসিদা—মাগী (দেবদারুপাম্বী) মকু হুদোক্পা কারম্না—মক্ম্ অমদা, রাবনা ( কার্য্য ) চাঁওনিংথৌ মচানুপীনা ( উমানা ) মক্ম্ অতৈদা। অহুনা অসঙ্গতিনি। মসিদা উপমাসু য়াওরি।

## ৩। শৃঙ্খলা মূল অলঙ্কার।

অয়াম্ব মতম্দা বাক্য অমগী থবক্ অমনা অতৈ বাক্য অমগী মরম্ ওই, অমসুং মরম্ অহুনকী থবক্নুনা অতৈ বাক্য অমমূক্তী কারণ ওই। অসুম তৌরুনা বাক্য শংহু মথং-মনাও কায়দনা লৈ। অহুগা বাক্য মথং মথং অহুনা পোৎকীগুণ মথং মথং হেল্হন্দুনা অকবনা খ্বাইগী মমৈদা লৈব-মতম্দা শৃঙ্খলা মূল অলঙ্কার ওই। অলঙ্কার অসিদা অহুম্না মকোক্নি—কারণ মালা, একাবলী অমসুং সার।

### (ক) কারণ-মালা।

কারণ অমগী থবক্পু মতুঙ্গী বাক্যগী কারণ ওইনা উৎপা, মথংদা কারণ অহুগী থবক্না মতুঙ্গী কারণ ওইরবদি ( হায়বদি মতৌ অসুম্ তৌনা কার্য্য-কারণ মথং মথং ওইরবদি ) কারণমালা অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) বিদ্যাদগী জ্ঞান, জ্ঞানদগী ভক্তি,
ভক্তিদগী মুক্তি, সারনি যুক্তি ॥

মসিদা—বিদ্যা-কারণ ; জ্ঞান-থবক, মতুংদা জ্ঞাম্না ভক্তিগী

কারণ ওইররে। অতুদগী ভক্তিনা মুক্তিগী কারণ ওইরে। অস্থনা কারণমালা অলঙ্কারনি।

(খ) বিষয় খন্বদগী পোক্লকই সঙ্গ।
সঙ্গদগী লাকুই কাম্ কাম্দগী ক্রোধ।
ক্রোধদগী ফুম্বংনব ফুম্বংনবদগী স্মৃতি মাঙবা
স্মৃতি মাঙবদগী ওইরকই বুদ্ধিনাশ
বুদ্ধিনাশদগীদি ওইরে সর্ব্বনাশ। (গীতা)

| মাসিদা—কারণ | কার্য্য |
|---|---|
| বিষয়খন্বা | সঙ্গ |
| সঙ্গ | কাম্ |
| কাম্ | ক্রোধ |
| ক্রোধ | ফুম্বংনবা |
| ফুম্বংনবা | স্মৃতিমাঙবা |
| স্মৃতিমাঙবা | বুদ্ধিনাশ |
| বুদ্ধিনাশ | সর্ব্বনাশ। |

Climax গুম্বী।

## (থ) একাবলী।

মথং মনাও (ক্রম) অমম বাক্য অমগী বিশেষ্য পদনা (noun) মাগী মমাঙ্গী বাক্যদা বিশেষণ (adjective) ওইনা শিজিন্নবা হায়রবদি অমাঙ্গী বাক্যগী বিশেষণ না মতুঙ্গী বাক্যদা বিশেষ্য ওইনা শিজিন্নবা নত্রগা য়াওহন্দ্রবদি একাবলী অলঙ্কার ওই। অস্থনা একাবলী মথল্ অনি গুই ......when among a number of things each succeeding thing is represented as affirmed as a qualification of each

preceding thing or denied as such, i.e. when the absence of each succeeding thing would indicate the negation of each preceding thing, the figure is একাবলী ( মল্লীনাথ )

N B. মালাদীপক্তা preceding পদনা succeeding পদ থুংদংবী charm হেন্‌হল্লি ; অদুগা একাবলীদনা succeeding পদনা preceding পদদা beauty হাপ্লি। অদুগা কারণমালাদনা—preceding না succeeding গী cause ওইনা লৈ।

(ক) ঈশিং লৈরম্‌দে থম্বাল্‌ শাত্তব।
থম্বাল্‌ লৈরম্‌দে খোইমু তোংদব॥
খোইমু লৈরম্‌দে ভুং ভুং ভুংদব।
ভুংবা লৈরমদে পুক্লিং হুদবা। ( ভট্টিকাব্য ২।১৯ )

মসিদা—'থম্বাল্‌ শাত্তব' বিশেষণ অসিনা মথঙ্গী বাক্যদা য়াওদরে ; অদুগা থম্বাল্‌গী বিশেষণ 'খোইমু তোংদব' অসিনা মথঙ্গী বাক্যদা য়াওদরে অসুম তৌদুনা মথং মথং বাক্য মখি ফাওবদা য়াওদরে অদুনা একাবলীনি।

(খ) পার্থ নত্তে অস্ত্র থাদোকপদি।
অস্ত্র নত্তে বৈরী হাত্তবদি॥
বৈরী নত্তে বীর্য্য লৈতবদি।
বীর্য্য নত্তে মিংচৎ লৈতবদি॥ ( নিবাতকবচ )

মসিদসু মমাঙ্গী বিশেষণ মখৈ মতুংদা য়াওদরে।

(গ) কৈরেদা পুক্রি অসি থম্বাল্‌ থল্লব।
থম্বাল্‌ লৈরাং অপুম্ব খোইমু লৈতেংব॥

খোইমুশিংনা ঙংলিদা ঈশৈ তৈরব।
পুক্লিং হুরি ঈশৈনা শৈহেক্ নুংশিব॥ (নিবাতকবচ)

(ঘ) সভা কৌনদে অহন্ য়াওদ্রবদি।
অহন্ কৌনদে ধর্ম্ম তাক্লবদি॥
ধর্ম্ম কৌনদে সত্য য়াওদ্রবদি।
সত্য কৌনদে লৌনম্ য়াওরবদি॥ (মহাভারত বিদুরনীতি)

(ঙ) মাগী সামনীতি দান য়াওদবা ওইরম্‌দে।
দান ময়াম্ তৌবহুস্ন সন্মান য়াওদব ওইরম্‌দে।
সন্মান্ তৌব মখৈহুস্ন মগুণ, য়াওদব ওইরম্‌দে।
(কিঃ আঃ ১।১২)

মসিদা—each succeeding না preceding দা beauty হাপ্লে।

(চ) কাব্যদি বাক্য ময়াম্বা শাবনি।
বাক্যদি শব্দ ময়াম্না লোংবনি॥
শব্দদি ময়েক্ ময়াম্না পুম্বনি।
বাক্য-শব্দ-ময়েক্ কাব্য দেওনি॥

মসি একাবলী অমসুং অর্থান্তর-ন্যাস অনি তিন্নবনি। মতুঙীনা মমাঙীদা beauty হাপ্লি। অদুনা বিশেষ অদুম্না last line সামান্য সমর্থন তৌরে। অদুনা অর্থান্তর ন্যাসনি।

## (গ) সার।

পোৎ মথং মথং কগৎলক্পব্ সার কৌই। 'অলঙ্কার সর্ব্বস্ব' দা মসিবু উদার অলঙ্কার কৌই।

(ক) লাই-খুৎশেম্‌গী মচি পৃথিবী ;
মসিগী মনুংদা ভারত, মহুদা মণিপুর।
মণিপুরগী মনুংদা ইম্ফাল সহর ॥

(খ) স্বর্গগী সার ধর্ম্মনি ধর্ম্মগী অথোইব তপঃ।
তপঃগী লাইনা পেম্বা, লাই পেম্বি ইপানা পেন্নবদি।

## ৪। ন্যায়মূল অলঙ্কার।

বর্ণন তৌগদব বিষয় অমগী মনুংদা ন্যায় ( reason ) উৎপ-উক্তি ( রাঙাং ) য়াওবা অমসুং উক্তি অদুনা বক্তব্যদুবু কলৢগল্লবদি ( emphasised ) ন্যায়মূল অলঙ্কার ওই। অসিগুম্ব লাংকী অলঙ্কারগী মনুংদা বিশেষ ওইনা শিংথানব-য়াবা অনিতনি—অর্থান্তর-ন্যাস অমসুং কাব্যলিঙ্গ।

### (ক) অর্থান্তর-ন্যাস।

সামান্য সত্যনা ( general truth ) বিশেষ সত্যবু ( particular truth ), অদুগা বিশেষনা সামান্যবু অমসুং থবক্না ( effect ) কারণবু (cause) অমদি কারণনা থবকপু সমর্থন ( support ) তৌবদা অর্থান্তর-ন্যাস অলঙ্কার ওই।

(ক) "চৎলি মতম্ খোঙলৈ ইন্না অরা-মুঙাইব পরেংনা।
উরু উরু লৈবগুম্না কাংখোঙ্গী মশা পরেংনা ॥ (ম:বাঃ ১।৪)

'কাংখোঙ্গী মশাপরেংনা উরু উরু লৈবগুম্না'—হায়ব বিশেষ অশিনা—"অরা-মুঙাই পরেং......চৎলি' হায়বা বিশেষ সামান্য অ'সবু সমর্থন তৌরে ; অদুনা অর্থান্তর ন্যাসনি। মসিদা উপমাসু য়াওরি।

(খ) থোক্লক্লি তাক্পিখিবশিংনা অরাব-পুম্ব
নিংথৌগী মহিষী হায়থ্রে পদ্মাবতী ওইনি।
ঐনা'চু থাজবদগী অসি তৌই, তৌদে,
লাম্থোক্তুনা বিধিনা চৎপিব সিদ্ধ বাক্য ॥ (স্বঃবাঃ ১।১১)

'পদ্মাবতী নিংথৌগী রাণী ওইগনি'—হায়ব থাজবদগী কারণনা, 'ঐনা অস্থুম্ তৌবনি,—কার্য্যসিবু সমর্থন তৌরে। অদুগা অমুক্স্থ—খ্বাইনা লৌনরব সিদ্ধবাক্য (পাল্লিগী রাহৈ) অসি লাম্থোক্তুনা (রাংমদা) বিধিনা চৎপিরোই' হায়ব সামান্য অসিনা নিংথৌগী রাণী ওইরকপগী থাজবা—বিশেষ অসিবুস্থ সমর্থন তৌই। অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(গ) ... ... ... ... "ইপা পোক্মিন্নব।
সঙ্গ'দুদৈ বর্ব্বরতা করিগী তম্মক্লোই?
'নীচসঙ্গ তৌব মীদি ওইবনি অতোপ্প।" (মেঃ বঃ কাঃ ৬।৫৯০-৯২)

'নীচসঙ্গ.........অতোপ্প'—সামান্য অসিনা 'সঙ্গ'দুদৈ...... তম্মক্লোই'—বিশেষ অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ঘ) রাহু-উম্ব থাগী তুংইল্লি থরাম্মিচাক্না।
পামেন্তুবদা ওল্লি লৈমাই-থক্তা উরীনা।
লৈথোম্ পুথুব-শামুবু থাদোক্তে অমোম্না।
ইন্নবু তৌস্নু ধর্ম্ম পতি-তনি নুপীগী ॥ (প্রঃনাঃ ১।১৫)

১ম্ব, ২শুব, ৩শুব বাক্যগী বিশেষ অদুম্না মরিশুব বাক্যদা য়্যাওব সামান্য সমর্থন তৌরে; অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(ঙ) ... ... ... "হাই, হাই, খুড়া, হৌনবরা নম্বী

খোদোসে, নিকষা সতী জননীনি নঙী,
পোক্মিন্নব হিংচানিংখো?—ত্রিশূলী মান্নব
কুম্ভকর্ণ? ইন্দ্র ওম্ব নয়াইম্ব মচানা?" (মেঃ বঃ কাঃ ৬।৫২৩-২৬)

মসিদা লক্ষ্মণ্ নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা পুরক্ন্না নিজবংশ-ধ্বংস তৌবা খোদোগী হৌনদবন্থ সমর্থন তৌনবা ইন্দ্রজিৎনা বিভীষণদা 'নিকষা......মচানা'—হায়রম বংশ-সম্মান ওইব কারণ উৎলি।

(চ) মুঙাইবনা অরাবগী মৈচাক্ খঙ্‌বিবরা?
করম্ খঙনি হুগী মৈচাক্ লীম্না চিক্লিব মীনা?

'মুঙাইবনা অরাবগী মৈচাক্ খঙদে'—সামান্য সত্য অসিবু 'লীম্না চিক্লিব মীনা লীনগী হু খঙদে'—বিশেষ উক্তি অসিনা সমর্থন তৌরে। অমুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি।

(ছ) তরা চৈঙ লেংখোং কায়।
লংলাগী খোরীনা পুরে।

'লংলাগী খোরী' বিশেষনা 'তরা-চৈঙ লেংখোংকাবা' সামান্য সমর্থন তৌই।

(জ) ব্রাহ্মণগী মচন্ ওইরবদি ওইরমগনি অতৈ অমা।
অমগামগা খায়মক্না শক্-মান্নবা উনৈ কয়া॥ (স্বঃবাঃ ৬।১৪)

'খায়মক্না শক্-মান্নবা উনৈ'—সামান্য অসিনা বাসবদত্তাগা শকুন্তলাব ব্রাহ্মণগী মচন্ ওইরম্‌গনি—হায়ব-বিশেষ অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ঝ) ঙসি শিনি পাউচেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্তে
... ... ... ... ...
... ... ... ... ...
শিবগী মতম খঙবরা ? ( খাঃ লৈঃ )

মসিদা—'ঙসি......পাউতাক্তে'—বিশেষ ( particular ) অসিনা 'শিবগী মতম্ খঙদে'—হায়ব সামান্য ( general ) অসিবু সমর্থন তৌরে। অদুনা অর্থান্তর-ন্যাসনি। 'শিবগী মতম্ খঙবরা ?' কাকু বক্রোক্তিনি। অনিগী সংসৃষ্টি ওইরে।

(ঞ) পোম্বি য়েঙ্গিঙ রাম্ভেদো
চেক্লা য়েঙ্গিঙ নোংপুদো
কবি রাৎপা হৌনদে। ( খাঃ লৈঃ )

—'পোম্বী...রাম্ভেদো', চেক্লা...নোংপুদো'—বিশেষ অনি-সিনা—'কবি—হৌনদে'—সামান্য অসিবু সমর্থন তৌরে।

(ট) য়েঙভু কাক্কী লাইরেম্বীগী মচাশিংসে,
মমায় মায়থোং লাংশিল্লিবা অসে।
মমাগী মিত্তগী পি শিন্থবা মরম্না
মপানা কুইনা ছন্দোকপিবনা। ( মাধবী )

—'মমাগী... ..মরম্না' অমসুং 'মপানা......ছন্দোকপিবনা' বিশেষ ( cause ) অনিসিনা—'কাক্কী .....লাংশিল্লিবা' সামান্য (effect) অসি সমর্থন তৌরে।

[ঠ] খয়না পোম্শাৎনবা

হেকনি হায়বগী কিবনা
মরুম্দা উনা পুংবা,
য়েংজরি মূনা মূনা। ( মাধবী )

'খরনা......কিবনা' বিশেষনা 'মরুম্দা ··· মূনা মূনা' ··· সামান্য—সমর্থন তৌয়ে।

## দৃষ্টান্ত—অর্থান্তর-ন্যাস—খেন্নবা।

অর্থান্তর-ন্যাসগী মরু ওইব অঙ্গ (factors)—অমনা সামান্য অমদি সাধারণ ( general ) অদুগা অমনা বিশেষ ( particular ) নত্রগা কারণ অমসুং কার্য্য ( cause and effect )—অনিসিনা অমনা অমবু লেপ্পবগীদমক যুক্তি ওইনা মহৈ মহৈ সমর্থন তৌনবনি। অদুগা দৃষ্টান্তগী বিষয় অনিনি—উপমেয় অমসুং উপমান—অদুগা সাদৃশ্যগীদমক সাধারন ধর্ম্মদু বিম্ব-প্রতিবিম্বগী ভাব ( মশাগা-মমিগা ) ব্যঞ্জনানা লৌনৈ।

## অর্থান্তর-ন্যাস—প্রতিবস্তূপমা—খেন্নবা।

প্রতিবস্তূপমা—বাক্য অমদা উপমেয় অতৈদা উপমান, অমসুং অনিমক্ সামান্য ওইবা নত্রগা বিশেষ ওইবা; অদুগা অমনা সামান্য অতৈনা বিশেষ-মস্তম্ তৌদে। অর্থান্তর-ন্যাসদা—অমনা সামান্য-সত্য, অতৈনা বিশেষ-সত্য, নত্রগা কারণ অমনা, কার্য্য অতৈনা—অসুম্না অমনা অমবু সমর্থন তৌই ; প্রতিবস্তূপমাগী—বস্তুপ্রতিবস্তুভাব (পোৎ-মতুগী মমিগী ভাব ) অর্থান্তর ন্যাসদা লৈতে।-

## (খ) কাব্য লিঙ্গ।

পদ নত্রগা বাক্য অমগী অর্থ´ ব্যঞ্জনানা বর্ণন তৌদৌরিব বিষয়গী কারণ ওইনা উৎলবদি কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওই। ( পদ =word, বাক্য=sentence ) পদ=সমাস তৌশিল্ল [ compounded ] নত্রগা তৌশিন্দব [ un-compounded ] য়াহৈ অমা। ব্যঞ্জনা [ suggestion or implication ] হায়বগী অর্থ´দি অপানব কারণ [ direct cause ] ওইরবদি অলঙ্কার ওইরোই। মরমদি মহুদা কবিগুম্বা চমৎকার ওইরোই। মহুদি—

(ক) শব্দার্থ´গুম্ শকৃশিল্লবা শব্দার্থ´-মুন্না শঙনবা।
থুরম্লৈজে হর-গৌরীদা জগৎপুম্বৈ মমা-মপা ॥ [র়ঃবঃ১।১]

মসিদা কবি কালিদাসনা শব্দ অমস্নং অর্থ´গী মপুংফাব জ্ঞান নিজরি, মরমদি হর-গৌরী শব্দার্থ´মক্তি হায়বদি হর গৌরীদা থুরমজবনা মরম্ ওইরগা 'শব্দার্থ´-জ্ঞান' হায়ব পোৎ অসি থোক দৌরিবনি। কারণ 'হর-গৌরী'না কঙ্গদৌরিব [effect] শব্দার্থ´মক্ ওইরে। অমুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(খ) নপুম্বিং থুক্তনা হায়মু; হনুমানি ঐদি
রামদাস; রঘুমান দয়া-সাগরান। [মেঃ বঃ ৩.২২৯-৩০]

'রঘুমপি দয়া সাগর ন' বাক্য অসিগী ব্যঙ্গার্থ´ [implied meaning] কিফম্ লৈত্তে হায়বনি; অমুনা 'নপুম্বিং থুক্তনা হায়মু' [ effect ] গী কারণ ওইরে। অমুনা কাব্যলিঙ্গনি। হনুমানা প্রমীলাগী মঙ্গমীদা হায়বনি।

(গ) নিংথৌগী প্রাণ নংনা লৈপাক্ পাম্বদৈ খনৃখিত্রেদো।
বন্দা চৎলো। হায়না থারম্বী নচাহম্বু নংনি॥
শেগাক্ কায়দে থম্মোই নঙ্গী সীতা বক্কল্ শেৎমক্তা।
আঃ শেম্নে থম্মোই ধাতানা বজ্রগুম্না নহাক্কী॥

( প্রঃ নাঃ ৩।১২ )

'নিংথৌগী প্রাণ খন্দবা, মচাহন্ বন্দা থাবা অমম্তুং সীতা বক্কল্ ( উকু ) শেৎপদা নঙ্গী ( কৈকেয়ীগী ) থম্মোই কায়দে। মসিগী ব্যঞ্জনানা মবম্ ওইনা লৌহনা 'ধাতানা নঙ্গী থম্মোই বজ্রগুম্ শেম্নে'—কার্য্য অসি থোক্লে। অহুনা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি।

(ঘ) মাগী মখুৎ পায়বদ রাব মিংশেন্,
রাদরে গুসিদি পায়বদা চফু,
জঙ্গন্দা নূপী নহাগী অথোৎপা,
রাখ্রেদা! কলৃহল্লি উরী মতৌগুম্॥ [ প্রঃ নাঃ ৫।৩ ]

'জঙ্গন্দা নূপীগী অথোৎপা উরীগুম্ কলৃহল্লি'—ব্যঞ্জিত কারণ [ suggestive cause ] লৌহনা 'মিংশেন পায়বদ রাব মাগী [ সীতাগী ] মখুৎ চফু-পায়বদা রাদরে' হায়ব কার্য্য [effect] থোক্লে। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঙ) + + + +

পুকচেন্ তপ্পী জ্ঞান-ধর্ম্ম চেম্বী মহাক্না
ঙাক্পা ঙম্মী লমচৎ ইচন্গী তশেংনা॥ [স্বঃ বাঃ ১।৯]

ইচন্গী লমূচৎ ঙাক্পা ঙম্বগী'—কার্য্য অসিগী 'পুকচেন্ তপ্প-জ্ঞান-ধর্ম্ম চেম্বনা'—কারণ [implied cause] ওইনা উৎলে। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(চ) পোত্থাবা যায ঐগী দাযদি অরাবা ঙাক্নি মাগীদি।
নিংথৌ থম্বনা মখাদা ঙম্মক্ মাগী মখাদা ॥ [স্বঃবাঃ১।১৫]

[ছ] মশম্মনা পুন্দব মিংস্না কাজল থাদব।
লমচৎ ঙাকপা—মাযথোংদো উখি মঙ্-হেক্ কাওবদা ॥
[স্বঃ বাঃ ৫।১০]

[জ] নংনা খোঙ্দাবিব লম্দা, মধুচেম্বী সভি,
কবিগী নুঙাইরোইদগে মীপুম্ খুদিংগুনা,
সংসার আনন্দ নংনি, ... ...[ মেঃ বঃ কাঃ ৪ ২২৩-২৫]

নংনা [ সীতা ]। রাঙাংসি সরমাগীনি। সীতানা খোঙ্দা-বিবদা মকম্ পূম্নমক্তা থাইমক্ নুঙাই—করিনা-সংসার আনন্দ নংনি,—বাক্য অসিনা ব্যঞ্জনা উৎলে। অহনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঝ) লৈহৌ ময়ায়না ঙংব লৈহৌ চুপ্পবু।
চেঙ্গেৎ কোল্লি কান্না ঙাওবী চান্নবীনা।
খংহৎদা মখোয়বু খোঙথাং শউম্না।
চান্নবীগা কান্নগনি ঐখোয়গুম্না ॥ [স্বঃ বাঃ ৪।৩]

মসিদা রাজানা বিদূষক্তা হায়রি—বাসবদত্ত কান্নব ঐখোয় (উপমান), লৈহৌ চুপ্প ( চখিংখাই ) – উপমেয —অহুনা উপমা। অহুগা 'চান্নবী কায়নবা ওইগনি' গী কারণ "খোঙথাং শউম্না"— suggest তৌরে। অহুনা কাব্যলিঙ্গনি।

(ঞ) উরীরৈনা মপুক্নিংদা খল্লকই—"বর পীনরিব মহাদেবস্থু নহাক্নি ঐনা নিরিবা বরস্থু নহাক্নি।"

মহাদেব অহুমক্না কন্নদৌরিবা 'বর' ওইরবে, কাব্যলিঙ্গ। মসিদা 'বর' শ্লেষনি।

## ৫। গূঢ়ার্থ মূল অলঙ্কার।

হায়নিংব অর্থত্থ মনুংদা ফুম্নগা অতৈ রাওাং অমা হায়রবগু গূঢ়ার্থ মূল অলঙ্কার কৌই। অসিগুম্ব অলঙ্কারশিংদা শিংথানবা য়াবা তরুক্নি—ব্যাজস্তুতি, অপ্রস্তুত-প্রশংসা, সূক্ষ্ম, অর্থাপত্তি, স্বভাবোক্তি অমস্সুং আক্ষেপ।

### (ক) ব্যাজস্তুতি।

নিন্দা ওইনা থাগৎপা (স্তুতি) অমদি থাগৎপা-শানা নিন্দা উৎলবদি ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার ওই। মসিগা Irony গা (থাগচিন্নরম্বনা নিন্দা তৌবগা) খর মাল্লৈ। চানব—Irony মক্তি নস্তে। করিনা, Irony দদি বক্তাগী খোল্লা অমদি রাওাংনা মাগী উদ্দেশ্যত্থ অমুক্ হেন্না য়াল্লা অমদি চং-কংনা খোক্হল্লি। অসিগুম্ব শাথিব ভাব ব্যাজস্তুতিদা লৈতে।

(ক) "করাদ কজব মালা শিরেদো নঙক্তা,
হে প্রচেতঃ! + + + (মেঃবঃকাঃ ১।২৯৭ ৯৮)

মসি—থাগচিন্নরম্বনা নিন্দাবগী খুদম্নি। রামচন্দ্রনা সমুদ্রব সেতুনা বন্ধন তৌরে। বন্ধনদব মহাসিন্ধু বন্দী ওইরে। সেতুব 'কজব মালা' হায়রবদা থাগৎপত্থ ব্যঞ্জনানা বন্ধন-খণ্ডনব-নিন্দা উৎলে। অত্থনা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কারনি।

(খ) চণ্ডালগী পদধূলি ব্রাহ্মণ—লাইবক্তা? (বীঃকাঃ ১১।৯৬)

জনানা মপুরোইব নীলধ্বজদা হায়রবনি—'ব্রাহ্মণ' হায়রত্থনা

থাগচিন্নরগা 'চণ্ডালগী পদধূলি' না নিন্দা উৎলে। মসি Irony নি। বক্তাগী মুণ্ডাইতবন্থু চংকৎনা উত্তুনা শ্রোতাগী থমোইদা পালূহল্লে।

(গ) ... ... ইবুঙ্গী মুকীর্ত্তিমখৈ, খঙত্রা নংনা ?
ইবদা ইকাইজৈ নাথ, চত্তরে লেখনী।
(বীঃ কাঃ ৮।১২৩ ২৪)

দুঃশীলানা জয়দ্রথদা হায়ব-রাহৈনি। 'ইবুঙ্গী' (দুর্য্যোধনগী) 'মুকীর্ত্তি মখৈ' হায়বসিনা 'কুকীর্ত্তি' গী অর্থ মনুংদা ফুম্বা উৎলে। —হায়বদি—ইবুংদি মিৎচৎখি, অদুনা ইবদা ইকাইজৈ। কলম চত্তরে।

## (খ) অপ্রস্তুত প্রশংসা।

হায়রোইদব-বিষয় (অপ্রস্তুত) হায়দুনা ... হায়গদব আসল বিষয় (প্রস্তুত) তাক্‌পবু অপ্রস্তুত-প্রশংসা অলঙ্কার কৌই। থাঙ্গৈশেংনা হায়গদব-নত্তব বিষয় [উপমান] অদুবু অপ্রস্তুত কৌই। অদুগা থাঙ্গৈশেংনা হায়গদববু [উপমেয়] প্রস্তুত কৌই। ইশম্-শম্না—হায়রোইদব হায়দুনা হায়গদব তাক্‌পবু অপ্রস্তুত প্রশংসা কৌই। মসিদা প্রশংসাগী অর্থ বর্ণনানি, থাগৎপা (praize) নত্তে।

অপ্রস্তুত হায়দুনা প্রস্তুত উৎপা মখল্ মঙানি।

(ক) সামান্য বিশেষ ভাব ( general-particular sense )

(খ) বিশেষ-বিশেষ-ভাব, (গ) কার্য্য-কারণভাব [effect-cause-sense], (ঘ) কারণ-কার্য্যভাব অমসুং (ঙ) সাদৃশ্য-ভাব [similarity-sense]। অসি নত্তনা অসম্ভব-সম্ভব-ভাব ওইরবস্থু—অপ্রস্তুত অলঙ্কার ওই।—মহুদি :—

(ক) মতিক্ মগুণ অচৌব-চেন্বা।
তত্তনা মীবু সম্মান্ তৌব।
হোঙ্বনি মীদি সংসারসিদা।
গুণ খঙ্বদি য়াম্না তাঙবনিদা। [স্ব: বাঃ ৪।৯]

মসিদা—'মীদি সংসারসিদা হোঙ্বনি'—উপমান হায়রোই-দবসি হায়রবনা, উপমেয়—মগধরাজ অমসুং উদয়নবু ব্যঞ্জনানা [ভাবনা] খঙহল্লি। অদুনা অপ্রস্তুত প্রশংসানি। মসিদা তুল্য-যোগিতাস্থ য়াওরি। তুল্যযোগিতাদা য়েঙু। মসি—সামান্য-বিশেষ-ভাব নি।

(খ) 'ত্থবু খন্দুনা য়েংবদা, পুক্নিংদা কিরকই।
ভান্থুগী মঙাম্না, দেবি, চঙ্বদা উমংদা
শূন্ন-মম, মঙান্দুগী মঙম্না ঙাল্হল্লি—
উমংদো ; অহিংনা চঙু চঙুবা মকমদা,
খ্বাইগী মমায় ইমক্ মকুই মানা হেক্রোবদা।
[মেঃ বঃ ৪।২১৮-২২]

—সরমানা সীতাদা হায়খিব রাকন্নি। মাসিদা অরোইব-শরক্না উৎলি—'অহিংনা হেক্ চঙখিব মকমদা পুম্নমক্ মম্মী'—সামান্য অপ্রস্তুতনি—সরমানা থাঙ্গৈশেংনা হায়নিংলিবদি মানা সীতাদৌনা বন্দ। চংশদ. উমঙী শক্স .মু মাঙ্।শ ন- মসিনি বিশেষ

প্রস্তুত ব্যঞ্জনানা উৎপা। অদুনা সামান্য-বিশেষ ভাবকী অপস্তুত প্রশংসানি।

(গ) ... ... ... সনাবুদ্ধি তৌবিয়ু, অদুবু,—
শিংকুপ্-শানা থুগাইবদা নোংদোন খেৎপা-চূড়া
বজ্রনা, পাখস্তে লোইবী কদৌঙৈদা মৈচাক্
অদুদা ;... ... ... ... ... (মে: ব: ১।১২৪-২৯)

'বীরবাহু শিবদা রারবস্নু রাবন্না তঙ্-তাদবা উৎকম্ খোক্লে' —বিশেষপ্রস্তুত হায়বদি হায়গদৌরিব বিষয় অসিদি হায়দে, মসিগী মহুত্তা হায়রোইদব (বিশেষ অপ্রস্তুত) বিষয়—'শিংকুপ্ ... ... মৈচাক্ অদুদা, হায়রি। মসিদা—প্রস্তুত-অপ্রস্তুত অনিমক্ বিশেষ ওাক্তনি ; অদুনা সাদৃশ্য ভাবকী অপ্রস্তুত প্রশংসানি।

(ঘ) অবলা, শাগৈ-নূজানি ঐখোয় পূম্নমক্সি ;
অদুবু, খম্বিয়ু, বীর, বিজুলী মঙাম্না
মিৎ থরক্লে, মী শিনৈ, হেক্তা শোক্পদা মহাক্না।
পুশিন্খরো বীর, নংনা ঐগী দূতী'সিবু।
[মে: ব: ৩ ২৫২ ৪৫]

'বিজুলী মঙাম্না······মহাক্না'—সামান্য অপ্রস্তুতসিনা বিশেষ প্রস্তুত—'নূপী ঐখোয়না রামগী তেঙ্গোল নম্থেক্লুনা লঙ্কাদা চঙ্গনি' হায়বা ব্যঞ্জনানা উৎলি। অদুনা সামান্য-বিশেষভাবনি।

(ঙ) হুইনা খোঙ্দা চীক্লে হায়দুনবু।
হৌনবরা মীনা চীক্পা মাবু?

'অতোম্বগী লম্চৎ-শাজৎ অচৌবনা তম্নদে'—সামান্য প্রস্তুত

অসিবু 'হুইনা চীক্লগা মাবু চীরূদরা'— বিশেষ অপ্রস্তুত অসিনা ব্যঞ্জনানা উৎলি। বিশেষ সামান্য-ভাবনি।

(চ) পোক্তবনি উৎসাহ থরায়-পাঙ্গল্ শোম্বদা।
চঙনবনি রাজলক্ষ্মী উৎসাহ লৈব মীদা। (স্বঃ বাঃ ৬।৭)

মসিদা—'উৎসাহনা সিদ্ধি ওই'—উপমান—সামান্য অপ্রস্তুত অসিনা উপমেয় বিশেষ প্রস্তুত উদয়ন্বু ব্যঞ্জনানা তাক্লে। অদুনা সামান্য-বিশেষ ভাবনি।

## অপ্রস্তুত-প্রশংসা—অর্থান্তর-ন্যাস-থেন্নবা।

অর্থান্তর-ন্যাসদা—সামান্য-বিশেষ-কার্য্য-কারণ অনিমক্ য়াওই অমম্তুং অমবু খণ্ডনবগীদমক অতৈম্নু বাক্যদা য়াওই, অদুগা অপ্রস্তুত প্রশংসাদা অপ্রস্তুত অমদি হায়রোইদব বিষয় হায় অদুগা ব্যঞ্জনানা প্রস্তুত উৎলি।

## সমাসোক্তি—অপ্রস্তুত-প্রশংসা

সমাসোক্তিদা হায়গদব বিষয় ( উপমেয়—প্রস্তুত ) হায়দুনা হায়রোইদব বিষয় ( উপমান-অপ্রস্তুত ) তাক্উ। উপমেয় য়াওই, উপমান য়াওদে। অদুগা অপ্রস্তুত উপমান হায় প্রস্তুত উপমেয়'দ হায়দে, ব্যঞ্জনানা উৎলি। অলঙ্কার অনিসি অমনা অমগী বিপরীতনি।

## (গ) সূক্ষ্ম।

শেংনা হায়দোক্তব—অর্থ অমা ভাব-ভঙ্গীনা নত্রগা আকার ইঙ্গীতনা অমদি সঙ্কেতনা (খুদম্না) উৎপা মতমদা সূক্ষ্মালঙ্কার ওই। সঙ্কেত—ব্যঞ্জনানা হায়বদা চমৎকার ওই।

লুপা খীংবগী মতৌ ঈৎপদা শেন্থুম খণ্ডনৈ চিন্না লুপা পন্দনা, অহুনা মসিগুম্বসি সূক্ষ্ম অলঙ্কারনি। বস্ গ্রং গ্রং চে-ন্নিংউদা নাকন্দা লেপ্তুনা খুৎ হেক্ থাঙ্গৎপদা বস্ চপ্ লেপ্লি। রা ইঙাং ঙাংদনা।

## (ঘ) অর্থাপত্তি

বিষয় অমা হায়বদা বিষয় অহুগীনে, লোইন-লোইননা বিষয় অহুগী মতিক্লা মাগা মরি লৈনবা অতৈ বিষয়শিঙ্গীগু অর্থ তাক্লবদি অর্থাপত্তি অলঙ্কার ওই। 'দণ্ডাপূপি কান্যায়' মতুংইন্না অর্থ কংনৈ।

দণ্ডাপূপিকান্যায়—দণ্ড=ঙারেংজৈ, অপূপ=চেংতল্। তল্ কয়ামরুম্ ঙারেংজৈদা লেংহনা থম্মী। 'উচিনা ঙারেংজৈ চারে' হায়বদা ঙারেংজৈদা লেংলিব তল্শিংহুব্ চাগ্রে খঙনৈ। ঙারেংজৈ অমগুং মহুদা লেংলিব তল্ অনিমক্ উচিনা চাগ্রে—হায়দে, হায়রিবদি উচিনা ঙারেংজৈ চাগ্রে।'—মসিনা ঙারেংজৈদা লেং-লিব তল্ চাবগী বিষয়সু খঙনরে হাযবদি ঙারেংজৈদা লৈবা তল্গী মরমদা জ্ঞান অমা ওইরে। অস্নুম তৌনা অমা হায়বদা মাগা মরি লৈনব অতৈ বিষয়গী জ্ঞান ওইরবদি "দণ্ডা পূপিকা ন্যায়" গী অর্থ খঙবা হায়নৈ। মহুদি :—

(ক) নংনসু ইমা ইবেম্মা, থাংশাং পায়রবদি,
নমৈ হাহা তন্নবদি, তাইবং মম্লেদনা।

জগৎকী মমামরা মরৈ তন্না থাঙপায়হনা হিংসা তৌরবদি

সাধারণ মীনা হিংসা করিদি তৌরোই ; অত্রনদি ভাইবং মম্বা মশিন্নি। অহাম্ব বাক্যগী মতিক্ষা অনিশুব বাক্যগী অর্থ শেংনা উৎলে—অর্থাপত্তি অলঙ্কারনি।

(খ) ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণমক্ষা ভম্‌দ্রব মহাকৃপু
ভমগনি করম্‌ নহাক্ষা, হে অঙা° অপংব !

ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণগুম্ব অচৌ অচৌব বীরনা মায়খিবা পীবা ভম্‌দব মাবু মায়খিহন্বা অপ ব অঙা°না ভঙ্গোই—হায়ব অর্থসি অহান্ব বাক্যগী বিষযনা দণ্ড পূপিকান্যায়"গী মতু°ইন্না খঙনরে। মসি অর্থাপত্তি অলঙ্কা'ব'ন।

## (ঙ) স্বভবোক্তি।

করিগুম্বা পোৎ অমগী রূপ গুণ-নচিংব চপ্‌চানা, কুপ্প অমদি চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌববু স্বভাবোক্তি অলঙ্কার কৌই। পোৎকী স্বাভাবিক (natural) গুণ অমস্তু ধর্ম্ম পুন্নমক্‌ সাধারণ মীনা পাক্‌ হেক্‌ উবা ফংদে ; অদুবু মনুং হদুনা কবিনা কুপ্পা খিবদা উবা ফঙিঙ। আচর্য্য দণ্ডনা মসিবু আদ্যালঙ্কার কৌই। মরমদি অলঙ্কার পুন্নমক্তা স্বাভাবিক ফজবা অমসুং মহিমা লৈ। কবিগী স্বাভাবিক ফজবনা বস্তুজগৎপু ( material world ) হেন্না শিংথিজহল্লি। বস্তুজগৎপুম্বগী ফজবা অমসুং চমৎকার বর্ণনবু স্বভাবোক্তি কৌনৈ।

(ক) অখঙ্‌ব লম্‌দা লাকৃপনা চিংনদনা শক্তিশিংনা
কোয়চৎ চৎলি মনিংমথা তৌনা।

মহৈ মপান্ন থল্লব মশা-ময়েংনা লৈতেংব
পান্থী হৌহল্লি লুনা ঙাক্কুনা ॥ (ক)
ষণ, অঙাংবী মপৈ য়াম্মী লম্নাং খোইদব কোয়না লৈ।
শোয়ত্রে মসি তপোবন্নি মৈখু খুরি অয়াম্বদা। (খ)
(স্বঃবাঃ ১।১২)

তপোবনগী রূপ-গুণ বর্ণন তৌরি অদুনা স্বভাবোক্তিনি। অদুগা বর্ণনা ময়াম্ অসিনা 'তপোবন' ওইরম্গনি হায়বগী সম্ভাবনা (suggestion) পীরি ; অদুনা কাব্যলিঙ্গম্বুনি।

শ্লোক অসিদা 'সমাপ্ত পুনরাত্ততা দোষ' (লোইশ্রব হন্না হায়বদোষ) লৈ—'শোয়ত্রে তপোবন্নি' হায়রগা মতুংদা 'মৈখু খুরি অয়াম্বদা' হায়বনা—বাক্য সমাপ্ত ওইরগা অমুক্ হন্না হায়। অদুবু গণপতি শাস্ত্রীনা অমরোমদা ব্যাখ্যা তৌই—'অতৈ ময়ম অমমুক্ হায়দুনা নিশ্চয় ওইবদুবু হেন্না চেৎনবা (re-affirm) তৌবনি।'

(খ) লৌথোক্পদা থুনা লীকোন্ নাকোং মখাদু পৈরীদো।
লৌথোক্লুবদগী লৈতেং ঙাঙ্লি নঙ্গী খুবাক্ অদো।
লীকোন্ লৈতেং অম্বুক্ য়াম্ব নশাদুদা শিরম্বগী।
দাগ্শিংদো কুত্তুনা লৈরি হৌজিক্সু মান্নল্লিদনা ॥
(প্রঃ নাঃ ১।৮)

(গ) ঈবা শিন্থৈ চিঞ্জাক্ চাত্রে। লাঙ্গোই য়াঙ্গোই হেহে খোংত্রে।
পুরবাসী পুম্নমক্না নুপী অঙাং অহল্ য়াওনা।
কপ্পী হৌনা চাত্রে ঙাঙ্ত্রে লাঙেও মায়থোং হন্থ্রৈ তুক্থৈ।
নুপীগা লক্ষ্মণ্গা য়াওনা য়েঙিঙ চৎপা মাইকৈ রাজা ॥
(প্রঃ নাঃ ২।২)

(ঘ) উপাম্বী চেন্‌শুম্নে রথগী গতি য়াঙবৈ উদবনা।
ঈশিং পাথোরকৃপশুম্না ভুরেনগী,
লৈপাক্লা কালোক্ মথা চঙ্‌লি য়াঙনা,
কাম্খোং কালোক্ লৈব কম্মম্মরম্না,
শেংনা উত্রে, লেঙদ-শুম্নে মশাশিং,
মাঙ্‌দা ভারে শগোম্মখোঙ্‌-উফুন্,
ইম্বা ঙম্‌ম্ব্রে'দুবু রথ-মতুং॥ ( প্রঃ নাঃ ৩।২ )

(ঙ) কোইরৈ লৈরী পামেল্ খোঙ্গী কোম্‌দা ঈশিং কোঙ্গোন্
য়াঙব।
থক্তে ঈশিং মোৎপা পাইথ্‌গা চেক্লাশিংনা খোরাংব॥
চেন্‌খৎলী ভীন্-কাং লৈকংদা কোঙ্গুৎ ঈশিং হেক্ থম্বদা।
ঈশিং চুপ্‌শিৰে খুজিঙম্ লৈরে'নৌব দাগ উখোংদা।
( প্রঃ নাঃ ৫।২ )

(চ) অরাবনি থাদোক্‌পা মরা-চেৎপ-ফুংশিবা।
নিংশিং-নিংশিংলুরগা নোথোরকুই অরাবা॥
খাইগী হৌনবনিদো মীত্তা ঈরা চেন্দুনা।
লম্মন্ শিংথোক্‌চবনা শান্তি কংনৈ শোরদনা॥ (স্বঃবাঃ৪।৬)

মরিশুব পরেংদা—'লম্মন্‌শিংবা'-না suggestive cause ওইরে শান্তি কংবগী। অদুনা কাব্যলিঙ্গনি। স্বভাবোক্তি অমস্তুং কাব্যলিঙ্গ অনি য়োম্নরে; অদুনা সংসৃষ্টিনি।

## (চ) আক্ষেপ।

হায়ন্নিংব বিষয়দু কজহন্নবগীদমক্ বক্তানা বিষয় অদুদা অথিংবগী (অথাম্বগী) মতৌ হায়ববু আক্ষেপ অলঙ্কার কৌই।

অথিংবসি অশেংব অথিংব নত্তে, হায়গদব ৱাকম্‌দা চমৎকার হাপ্পবগী অখাঙ্ব-মতৌ তৌবতনি।

হায়বদি হায়শ্রে, অমুক্ হায়নিংত্রে—অসিগুম্ব বিষয়দা অথিংবগী মতৌ হায়রবদি উক্ত বিষয়ক আক্ষেপ ওইগনি; অদুগা হায়বদি হায়দ্রিব অমস্নুং হায়গদৌরিব—মদুদা অথিংবা উৎলবদি বক্ষ্যমাণ বিষয়ক আক্ষেপ ওই। অহাম্বগী খুদম্ মথাদা পীরি।

১। (ক) নয়ুম্-য়োব-লম্বি, খুডা, তাক্পা হুরাম্বদা?
চণ্ডাল্ কৌদুনা লৈহন্বা, রাজাগী সঙ্গায়দা?
অদুবু চৈরোই নহাক্পু, গুরুজন্নি নংদি
পিতাগুম্ব। ... ... ... ... ... ..
(মেঃ বঃ কাঃ ৬ ৫২৭ ৩০)

[ইন্দ্রজিৎনা বিভীষন্দা হুরাম্বদা লম্বী তাক্পা অদুগা চণ্ডালবু রাজাসন্দা ফম্হন্ব—নচিংব হায়দুনা চৈরগা মতুংদা 'চৈরোই মহাক্পু' হায়দুনা চৈথংব-ৱাহৈদা অথিংব-মতৌ উৎলল, অদুনা চৈবগী অশাবদু হেল্ হল্লে। মসিদা উক্তবিষয়ক আক্ষেপনি।]

(খ) শক্তি অমোম্‌গী মপিনা মুথংপ্রা কদৌদৈ
লৈম্মিবু? নুংশিব কুহু খোম্থাংনা কোকিল্‌গী
মখোল্ হৌব মাপংববু নক্সংপ্রা কদৌদৈ?
পাণ্ডবগী সাধনাবু তৌব্রা অকম্বনা?
অদুবু চৈবা বৃথানি। গুরুজন্নি নংদি;
তম্থিব পাপ পুগনি চৈরবদি নংবু।
(বীঃ কাঃ ১১ ৯৭-১০২)

'শক্তি অমোম্‌গী ... ... অকম্বী'—হায়ব কাকু বক্রোক্তি

অহুম্মা চৈরগা "অহুবু চৈবা……নংবু" অয়োইব বাক্য অসিনা অথিংবগী মতৌ উৎলি ; অতুনা উক্তবিষয়ক আক্ষেপনি।

অনি অসি Paraleipsis কাংকী Figure of speech নি।—'Passing over what is really meant to be strongly declared, for the sake of effect ?

২। বক্ষ্যমাণ বিষয়ক আক্ষেপ। (Aposiopesis)

(ক) চাক্লব থমোইসি ঈংহল্লগা,
হায়নিঙ্ঙি অয়াব-য়া অমতং,
য়েঙ্ঙু হম্না লেপ্‌খো ঙহাক্—
হায়রয়োই, চৎপ্রো, নুঙ্গী মকমদা
কয়িস্নু লৈতে হায়নিঙ্ঙাই।

মসিদা—হায়গে হায়হুনা ঙহাক্ লেপ্লু হায়রগা-মতুংদা 'হায়নিঙ্ঙাই লৈতে' হায়হুনা বিদায় পীবদা মপুক্কিঙ্গী অভিমান অহু অমুক্ হেল্লে।—Aposiopesis='sudden break in an utterance leaving the sentence incomplete for the sake of effect'

(খ) … … … … … …অমম্ব ইমুংদা
হোচ্ছিন্নম্মী কম্না, থয়ো মনাক্তা উবদা
নহাক্পু! লৈপাক্তা তুইদো, ইচোচ্চোৎলি পিনা,
অভিমান্ ত্তোনা হায়রম্মী,—তমথিব বিধাতা,
লৈতম্না যৌবন ঐগী—ইশকী নুংশিবা ?

'ঙুদি করিগী,—' নিঙ্শিঙিও 'ঙুবু অরেম্বদা
মমাঙ্গী বা ! হঙ্গচ্চগে তাঙ্গা পীবা কান্দা।
(বীঃ কাঃ ২।১২০-২৬)

—তারানা চন্দ্রদেবদা হায়বনি । মাগী যৌবন, মশকী মুংশিবা মথংদা 'ঙুদি করিগী', হায়রগা—হায়গদৌবন্থ হায়দনা খংলেপ্ লেপ্লে। হায়বদি মাগীমু রূপ যৌবন লৈ, করিগী মাগী মনাক্তা লাক্পিদে হায়বা মথরাই মুত্তাইতবা উৎলে।

## ১। তুল্যযোগিতা।

প্রস্তুত (উপমেয়) অমদি অপ্রস্তুত (উপমান) পোৎশিংবু ধর্ম্ম (গুণ নত্রগা ক্রিয়া) অমত্তন তিন্নহল্লবদি তুল্যযোগিতা অলঙ্কারনি। প্রস্তুতময়াম্ নত্রগা অপ্রস্তুত মযাম্ হায়বদি তুল্য=মান্ন-মান্নবা গুণ অমদি ক্রিয়া অমত্তনা তিন্নবদা তুল্যযোগিতা ওই। মসিদা প্রস্তুত প্রস্তুত অত্তুম্ লৈগনি; অপ্রস্তুত অপ্রস্তুত অত্তুম্ লৈগনি।

(ক) মতিক্-মগুণ অচৌব চেম্ব,
তত্তনা মীবু সন্মান্ তৌব,
হোঙবনি মীদি সংসারসিদা। (স্বঃ বা ৪৯)

'মতিক্ মগুণ অচৌব চেম্ব' অমস্তুং 'মীবু সন্মান তৌব' সাধারণ গুণ অনিসিবু 'হোঙবনি' ক্রিয়া অমত্তনা মরি লৈনহল্লে; অত্তুনা তুল্য-যোগিতানি।

(খ) ঐগী মিংচৎ খীরা, মায়া উকুশেৎপা।
রাজা য়ুম্দা শিরা, গুনাপুম্ন কৃষ্ণ।।
লক্ষ্মণ শাগা লৈবা, ক্তা হায়ী মাব।।

শাগৈগী মৌ লম্‌শাং চৎপদা চোক্‌থব ॥
নশাদা তীঙ শোক্‌পা, অচ্চা-অচ্চা হায়বা।
পুন্নমক্‌ ঙাক্তনি নংনা তৌহল্লিবা ॥ (প্রঃ নাঃ ৩।১৭)

(গ) নোং মুই, অহিং মুই, মুই অমম্ব লৈপাক্‌।
'হৃদগী হেন্না মুই, তোম্বি, নকোক্নী শন্না ॥

মসিদা 'মুবা' গুণ অসিনা নোং, অহিং, লৈপাক্‌ অমসুং শম্‌-মরি অসিবু তিন্নহল্লে। অতুনা তুল্য যোগিতানি।

(ঙ) থীল্লক্লে লাম্বুং য়াম্‌ হৌনা, ঙক্লরে স্বর্গদা
অমর, পাতান্দা নাগ, নর, নরলোক্তা।
(মেঃ বঃ ৩।১১৩-১৪)

'ঙক্লরে'—ক্রিয়া অমত্তসিনা স্বর্গদা অমর, পাতান্দা নাগ, নরলোক্তা নর—মরী লৈনহল্লে।

(ঙ) তাঙ্গথ্রে, রাক্ষসপতি, মেঘনাদ, সিংহ—
নাদ, সমুদ্র ঈরাওখোন্‌, ... ... ...
\+ \+ \+ \+ \+
অতুবু তাখিঞ্জি মরোল্‌ অতুম্‌দা কদৌঙৈ,
অসুক্‌ থীনা য়াক্‌প লৌকং টঙ্কারগী শব্দ।
( মেঃ বঃ ১।১৫০ ৫১, ১৫৩ ৪)

মসিদা—'লৌকং টঙ্কার' প্রস্তুত (উপমেয়) অমসুং ব্যঞ্জনানা উপমান ওইরিব—মেঘনাদ, সিংহনাদ, অমসুং সমুদ্র ঈরাওখোন্‌—অপ্রস্তুত অতুম্‌সিবু 'তাঙ্গথ্রে' ক্রিয়া অমসিনা মরী লৈনহল্লে।

(চ) অঙাংব খাহোং, অঙাংব কোকিল্‌ অঙাংব চোঙা,

অঙাংব তেনুরা, অঙাংব গোপীশিঙ্গী ময়ায়দা রাধাকৃষ্ণস্ন পুম্ঙাং ঙাংলে। (হোলি ঈশৈ) মসিদা—'অঙাংব' গুণ অসিনা রাহোং, কোকিল্, চোঙা, তেনুরা, গোপী, অমস্নুং রাধাকৃষ্ণ— তরুক অসিবু তিন্নহল্লে।

## (২) দীপক।

প্রস্তুত অহুগা অপ্রস্তুত অনিবু গুণ অমত্তনা হায়রবদি ক্রিয়া অমত্তনা মরী লৈহল্লবদি দীপক অলঙ্কার ওই। অহুগা কারক অমগী ক্রিয়াপদ ( verb ) ময়াম্ লৈরবস্নু দীপক অলঙ্কার ওই। মহুদি:—

(ক) যম অমস্নুং প্রেম অনিমক্কী
মিৎয়েং চপ্ মান্নৈ জীবপুৎদা। (রবীন্দ্রনাথ)

প্রেম-প্রস্তুত; যম অপ্রস্তুত—অনিবু 'মিৎয়েং মান্নবা' গুণা তিন্নহল্লে।

(খ) শঙ্গী মউন্ (কজৈ, মচু কয়ানা লৈতেংব।)
থাহুনা কম্মী উখোঙ্দা করিগুম্ন কান্দা,
মুঙাহনৈ মক্লপ্ ওইহুনা ছায়াগা, মুঙাইনা
জগোইরম্মী কুরঙ্গীগা করিগুম্বা কান্দা,
ঈশৈ শরুম্মী তাবদা কোকিলগী কুহু।
উরী তনৌবীগা, সতি; লুহোংবিরম্মীদো
পামেন্গা; য়েন্নিং হুম্বদা, মতৈ-মনাও'নিনা,
চুম্নম্মী মগুরীশিংবু, হয়াওনা কোহুনা
ইও-হায়না পুন্নমক্পু। খোইমু ঙংলবদা,
ইও-নিঙোন্-বয় ওইনা বমিরম্মী মাবু।

করিগুম্বদা প্রভুগা কোয়রম্মী মুঙাইনা
তুরেন্ মপান্দা, উরম্মী অরূব লাইজদা
অনৌব অতিয়াগুম্না, অনৌব তারাশিং,
অনৌব চান্দ চান্দনি। করিগুম্বা কান্দা
কাহুনা চীংথক্তা সখি, কম্জরম্মী ঐনা
নাথগী চরণ নাক্তা, × × × (মেঃ বঃ ৪।১৮৬·২০১)

মসিদা 'ঐনা' কর্ত্তাগী ক্রিয়া ময়াম্নি।

(গ) উরম্মী অনৌব থম্বাল্ থম্ব ঈপাক্ ময়াম্,
তারম্মী খ্বাংজেংবশিংঙী ঙরং ঙরং ঙংবা,
নম্নম্মী মনম্ মুংশিব থম্বাল্ শম্নবদৈ
মুংশিরব নামিবনা লিরি-লিরিবদৈ। (ভঃ কাঃ ২।১০)

মসিদা—(মহাক্না) understood ক্রিয়া—উরম্মী, তারম্মী অমসুং নম্নম্মী অহুব্নি।—অহুনা দীপক্নি।

(ঘ) মতম, মুংশিৎ, ঈশিং, য়েঙচ্ঙ্, লেপ্না নাইদে।

—প্রস্তুত 'মতম্' অহুগা অপ্রস্তুত 'মুংশিৎ' 'ঈশিং'; 'লেপ্না নাইদে'—ধর্ম্মনা তিন্নহল্লে।

## দীপক-তুল্যযোগিতা।

তুল্যযোগিতাদা--প্রস্তুত কয়ামরুম্ অমদি অপ্রস্তুত কয়ামরুম্ গুণ অমসুং ক্রিয়া অমনা তাইশিনৈ। মায়-মান্নবা তিন্নহম্বা।

দীপক্তা—প্রস্তুত+অপ্রস্তুত—গুণ অমদি ক্রিয়া অমনা তিন্নহম্বা নত্রগা কারক অমগী ক্রিয়া ময়াম্ লৈবা।

## ৩। সহোক্তি।

সহার্থক (লোইনবা খঙনবা) ৱাহৈগী মতেংনা ৱাহৈ অমনা পোৎ অনি তাক্লবদি (তিন্নহল্লবদি) সহোক্তি অলঙ্কার ওই। মসিদা অতিশয়োক্তিদা মপুং ওইগনি। ( when one word signifies two things through the force of a word denoting সহ ( along with ), the figure is সহোক্তি provided it is based upon অতিশয়োক্তি।

অতিশয়োক্তিদা মপুং ওইবগী চমৎকারিত্ব ( charm ) দি মসিনি—অতিশয়োক্তিদা অভেদ অধ্যবসায় ( খেন্নদব-মপুং— identification of the sequence of cause and effect—কার্য্য-কারণগী থক্-খা ওন্নবা ) লৈ।

(ক) 'চৎলি অশংব-শাড়ী শুম্-শুমহনা ঐগী প্রাণগা।'

(চণ্ডীদাস)

রাধানা স্নান মতুংদা অশংব-শাড়ী শুম্-শুমহনা চৎলি—মহগা লোইননা কৃষ্ণগী-প্রাণ নোইহৎ নোইহৎনা চৎলি। নোই-হৎপা অর্থসি শুম্বদগী খঙনরে—'গা' য়াওবনা।

(খ) মমাঙৈদা নরমণি! ব্রাহ্মণ-প্রসাদ
কংবদগী নোঙ-পেল্লম্মী নিংথিনা স্না-হকচাং,
হৌজিক্তদি বন্গী-উহৈ-ৱাহৈ চাবদগী,
স্না-হকচাং য়াম্না কংশিল্লে, মিংচৎকা লোইননা।

( কিঃ আঃ ১১৩৯ )

মসিদা—'লোইননা' ৱাহৈ অসিনা 'স্না-হকচাং' অমসুং 'মিংচৎ' অনিমক্ কংশিল্লে-মরেং তারে তাক্লে। অদুনা সহোক্তিনি।

## ৪। অনন্বয় অমদি অনন্বয়োপমা

পোৎ অমত্তনা উপমেয়-উপমান অনিমক্ ওইরবদি অনন্বয় (অনন্বয়োপমা) ওই। মহুদিঃ—

(ক) রাম্-রাবণ্গী লান্ রাম-রাবণগীগুম্মী।

(খ) ঈশ্বর-ঈশ্বরগী মত্তৌনি।
সমুদ্র সমুদ্রগী মত্তৌনি।

## ৫। বিনোক্তি।

নত্তবা (য়াওদনা) খণ্ডনব-শব্দগী মতেংনা করিগুম্ব বিষয় অমগী উৎকর্ষ ( হেন্গৎপা ) অমদি অপকর্ষ (হন্থবা, মরেং তাবা) খণ্ডনরবদি বিনোক্তি ওই। মহুদিঃ—

(ক) উরুবদা কুচুপাম, হে রোহিণী কান্ত,
মক্লে কুচুপাম অহু নহাক্ য়াওদবদা! (২।১০৫-০৬)

মসিদা নহাক্ ( চন্দ্র ) য়াওদবদা কুচু পাম (তারাসতী) মক্লে—মরেং তারে। অহুনা অপকর্ষ খণ্ডনব—বিনোক্তিনি।

(খ) পোন্ তেক্লগা পাইশিমগুম্ নিকুঞ্জদা চেক্লা
অমোম্না! করি তৌগনি স্বর্গ নং য়াওদনা?
(বাঃ কাঃ ২৮-২৯)

উর্ব্বশীনা পুরুরবাদা হায়রবনি—নং (পুরুরবা) য়াওদনা স্বর্গ কান্নদরে—মরেং তারে।

(গ) 'হুবু ইশূক্ শূক্থৈ খাইমক্ নহাক্ লৈতবদা।
(বী-কাঃ ৬।১৮৬)

মশি দ্রৌপদীনা অর্জ্জুন্দা হায়রবনি। নহাক্ [পার্থ] লৈতবদা

[য়াওদবদা] মচিম্নমনাও মরিগা দ্রৌপদীগা শূক্থৈ—মুংঙাইবা ময়েং তারে। অদুনা অপকর্ষ-খণ্ডনব-বিনোক্তিনি।

## ৬। ভাবিক।

হৌখিব অমদি লাক্কদব থোথোক্ অমবু প্রত্যক্ষ [শংশংনা] উবদৌনা বর্ণন তৌববু ভাবিক অলঙ্কার কৌই। মহুদিঃ—

(ক) আশ্রমগী রাবা খন্দুনা লোয়নৈ মনাই খরদা;
কোয়শিম্বগুম্মী তেঙ্গোম্না মতিক্ মঙান্ উবদা॥
[রঃ বঃ ১।৩৭]

মসিদা—'মনাই খরদা লোইনবা'—'তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়ব নিংখৌ' মমাঙৈদা তেঙ্গোন্ ময়াম্না কোয়দুনা চৎপনিংখৌ অদু হৌজিক্ দিলীপ্না মনাই খর লোয়নদুনা চৎপদুদ' প্রত্যক্ষ ওইনা হায়রি। অদুনা ভাবিকনি।

(খ) + + কনাবু নংনা কিরিবা, জানকি?
সাজিয়ে সুগ্রীব রাজা কন্নবগী নংবু।
[মেঃ বঃ ৪।৪৮২-৮৩]

থোক্কদবা ঘটনা হৌজিক প্রত্যক্ষ ওইনা হায়বা।

## ৭। তদ্গুণ।

মশাগী গুণ থাদোক্তুনা অকব-গুণ লৌরবদি তদ্গুণ অলঙ্কার ওই। মহুদি ঃ—

(ক) নিংশিং-নিংশিংদুনা নাম নঙ্গী।
ওইখরে শ্যাম কুচু সনাগী॥ [চণ্ডীদাস]

মসিদা শ্যাম্না [কৃষ্ণ] রাধাগী নাম নিংশিংদুনা অমুব কুচু থাদোক্তুনা সনাগী কুচু [ রাধাগী কুচু ] লৌরে।

## ৮। পরিবৃত্তি।

পোৎ অনি ওয়ববু (মায়ব, অয়াৎপ, অহেঁৱ) অতৈ পোৎ অমা লৌববু পরিবৃত্তি অলঙ্কার কৌই। ওয়বসিদা কঙ্গবা অমদি চমৎকার লৈগদবনি। মুমিৎ খুদিঙ্গী বাজারদগী পৈশাগা পোৎকা ওয়বদি পরিবৃত্তি কৌদে। মতুদি :—

(ক) শুম্মী-মানা পৃথিবীবু লাই পেয়নবা যজ্ঞগী।
শুম্মী ইন্দ্রনা স্বর্গবু পৃথ্বীগী মহৈ-মরোঙ্গী।
মরম্মথুম্ ওয়হুনা মহৈ মহৈ অনিমক্না।
স্বর্গ-মর্ত্ত্য অনিম্ কপু য়োক্পিরম্মী নিংথিজনা॥
[রবং ১।১৬]

মসিদা মায়ব-পোৎ—দিলীপনা 'যজ্ঞ তৌবা' অহুগা ইন্দ্রনা 'নোংচুহৱ'—অসি ওয়বনি। অহুনা পরিবৃত্তিনি!

(খ) লৈরেদো রঘুকুলবু ওসি নিজগুণা
গুণমণি। + + + + [মে: বঃ ৬।৭৩৭-৩৮]

রামনা বিভীষন্দা হায়বনি। রঘুকুল্গা বিভীষণগী নিজগুণগা ওয়বা—ব্যঞ্জনানা তাকৈ।

(গ) + + মুংশিব মমল্লা নখোয়না
লৈরে রাম্; + + + [মেঃ বঃ ৭।২৪২-৪৩]

রামনা য়োং তেঙ্গোন্দা হায়বা—রাম্গা য়োংশিঙ্গী মুংশিবগা ওয়বা।

## ৯। অনুকূল।

প্রতিকূল (বিরুদ্ধ—ante) কারনা অনুকূল (pro) ওইরবদি অনুকূল অলঙ্কার ওই।

(ক) পেল্‌হল্লবগী নহাকপু হে-পরমেশ্বর
হঙ্গৎহন্দা চচ্চরিদো সংসার অসিদা।
পেম্বিকৌবা নাইত্রবদি মচুমক্কদস্থ,
থিংবিরো থিংবিরো হঙ্গৎহন্দা চৎপা হল্লা।

মসিদা সংসারদা হঙ্গৎহন্দা থিংবিবা হায়বদি মুক্তি পীবা হায়বনি—অচুনা অনুকুল ওইরে।

## ১০। পরিণাম।

পোৎ ( উপমান ) অমনা অতৈ পোৎ ( উপমেয় ) ওইরক্ল-বদি পরিণাম অলঙ্কার ওই। মচুদিঃ—

(ক) রাহুনা নোং ওইদুনা উন্নে সূর্য্যবু।
মসিদা উপমান রাহুনা উপমেয় নোং ওইদুনা সূর্য্য উম্‌খরে।

(খ) গৌরাঙ্গ লীন্ ওইদুনা চীক্লে ঐগী হক্‌চাংদা।
গৌরাঙ্গ—উপমান, লীন উপমেয় ওইদুনা চীক্লে।

## ১১। বিচিত্র।

অনিংব-অক্ব মহে ফংনবগী মচুগী বিরুদ্ধ ( contrary ) কাজ তৌববু বিচিত্র অলঙ্কার কৌই।

(ক) অচৌব ওইনিংলবদি হাল্লা ওইয়ু অপিক্‌পা।

(খ) চাওখৎনবগী নোল্লুকউ হাল্লা।
নুঙাইনবগী নঙঙু অল্লাবা।
প্রাণ কল্লবগী কখোকউ থরাই।
সম্মানগীদমক্ নংখো ইক্কাইবা॥

## ১২। পর্যায়োক্ত।

বাক্য মওংনা অর্থ অমত্তা খণ্ডনরবদি পর্যায়োক্ত অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) রানা গর্ভদগী পোক্লকৃপবু অমুক্
খম্‌খিগেরা মুংশিবগী গর্ভদা ?

(খ) পূম্নমক্ মাণ্ডনরি মায়ামম্ন সংসারদা।
নহাক্কী যৌবন'হুত লৈগত্র। লেঙদনা
পুন্সিচুপ্প মকম্'মদা ?—

## ১৩। পর্যায়।

পোৎ অমত্তনা (ক) মতম্ অমত্তদা অমদগী হেন্ন মকমদা লৈবা, (খ) তোঙান্-তোঙান্ন মতম্‌দা অয়াম্ন মকম্‌দা মথং মথং লৈবা, অহুপা (গ) তোঙান্-তোঙান্ন পোৎনা তোঙান্-তোঙান্ন মতম্‌দা মকম্ অমত্তদা লৈরবদি পর্যায় অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) + + + +
—নম্হুনা কারক্‌প মমোম্ন,
কন্‌খিদে ঐহাক্লা মহাক্‌পু। (ক)
মচাশিংগ্রে, তানা—খণ্ডনা মুংশিবিরি হান্নাদোনা।
নিংথৌমক্কী মপান্ননি বৎসরাজ্য কংবা ঐনা (খ)
[স্বঃ বাঃ ৬।৮]

মসিদা—মচানুপী—অহাম্বদা—মপাম্‌দা, অহুদগী ঐগীদা মমৈদা—লাইরৈবাক্তা—পোৎ অমত্তনা মতম্ অমম্নুং মকম্ তোঙান্-তোঙান্বদা লৈরে। অহুনা পর্যায় (খ) নি।

(খ) উগনি ঐবু মনাক্তা মানা অরাব তাবদা
ময়েরুব-নিংথৌ কোন্নুংদা কৈশুম্শং অঙল্ যম্গীদা।
ডম্রে কয়া নিংথৌহৈবু সৌনম্হনা অমুক্ হন্না
উগনি ঐবু মনাক্তা রাজ্য কংলব স্বামীনা॥
[ প্রঃ যৌঃ ১।১৪ ]

মসিদা—ঐনা (যৌগন্ধরায়ণ মন্ত্রিনা) তোঙান্ তোঙাম্ব মতম্ অমস্তুং মরুমদা মবুঙোগী মনাক্তা লৈবনি।

## ১৪। সমাধি।

অতৈ কারণ অমগী মতেংনা অনিংব থবক লায়না পাঙ-থোক্লবদি সমাধি অলঙ্কার ওই। মতুদি:—

(ক) ঈরুনিংবগা থোং তেক্পগা মান্নরে।
—থোং তেক্পদা ঈরুব্রবা লায়না পাঙ্থোক্খরে।

## ১৫। সমুচ্চয়।

কারণ অমত্তনা থবক পাঙ্থোক্পা য়ানা য়ানা কারণ অমদগী তেন্না হায়ববু সমুচ্চয অলঙ্কার কৌই। মতুদি:—

(ক) রাজপত্নী য়াম্নাস্ত পৃথিবীপতি দিলীপ্পা।
লৈবদগী রাজলক্ষ্মী পুক্চেল্ চাওবী সুদক্ষিনা,
মশামক্পু খঞ্জরম্মী ভার্য্যা লৈব মীনি হায়না॥
[ রঃ বঃ ১।৩২ ]

মসিদা—ভার্য্যা লৈবগী মরম ওইব কারণদি সুদক্ষিণানি। মহাক্ নত্তনা রাজলক্ষ্মী অমস্তুং পৃথিবী—কারণ অনি অসিমু তাক্লি—অদুনা সমুচ্চয় অলঙ্কার ওইরে।

## ১৬। সামান্য।

মাগুব গুণা প্রস্তুতকা অপ্রস্তুতকা খেন্নদনা বর্ণনা তৌববু সামান্য অলঙ্কার কৌই। হায়বদি গুণ সাদৃশ্য ওইবদগী প্রস্তুত অপ্রস্তুত ভেদ লৈতনা উৎলি। মহুতদা সামান্য অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) অমুব ঈশিংদা অমুব-দেহ খঙ্নদরেদো,
শোক্রুবদা হেক্ জাতি মাঙ্খরেদো।

মসিদা প্রস্তুত (উপমেয়) অমুব-দেহ (কৃষ্ণ) অপ্রস্তুত (উপমান) অমুব ঈশিং (যমুনাগী) খেংদনা তিন্নখরে।

## ১৭। অন্যোন্য।

পোৎ অনি অমগামগা ক্রিয়া অমগী কারণ ওইরবদি অন্যোন্য অলঙ্কার ওই। পোৎ অনিহু অমনা-অমগী কারণ ওইরবসু অন্যোন্য অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) সনাখুত্তা সনাগী থুজি
কনানা কনাগী লৈতেংনো ?

(খ) অহিংদা থাগী ফজবা, থাজদা অহিঙ্গী।
রাজাদা প্রজাগী নুঙাইবা, প্রজাদা রাজাগী॥

## ১৮। ব্যাঘাত।

থবক পাঙ্থোকপ উপায় অহুমক্না থবক অহুম্কপু অরেম্বদা তাহন্নবদি ব্যাঘাত অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) শিবগী মিৎযেংনা কাম চাকৃহন্'খবদগী
মিৎয়েংনা মাবু হিংহল্লুনা শিব জয় তৌব
নূপীশিংহৃদা মতিক্ চায় স্তুতি তৌব।

—মিৎয়েংনা কাম্বু চাকৃখি; নূপীশিংনা মিৎয়েংনা মাবু অমুক্ হিংহল্লি।

## ১৯। পরিসংখ্যা।

অহংবা অমসুং মহুগী পাউথুম্ পীবদা অতৈ সম্ভাব্য (possible) পাউথুম্ থিংবা নত্রগা অরাই-অথুম্ তৌনবা করিম্নু লৈতে অহুগা সম্ভাব্য পোৎ অনিগী মরক্তা অমবু লৌশিন্না অতৈবুনা থাদোক্লবদি পরিসংখ্যা অলঙ্কার ওই। মহুদি:—

(ক) য়েম্থোক্লবনী লম্ভাম্বা সত্যগীত রাঙাঙ্.শম্বা।
মিংচৎকীদমক্ ওন্নিংবা মচাগীদমক্ য়ুম্বাম্বা॥ (রঃবং ১।৭)

মসিদা—'য়েম্থোক্লবগী'—রাহৈনা 'লন্-ভোগ তৌবা থিংলে; 'সত্যগীত'-না মপু ওইবা অমদি মকোক্ ওইবা থিংলে, 'মিংচৎকীদমক্'-না জয় ওইরগা অর্থ কংবা থিংলে; 'মচাগীদমক্'-না কামভোগ থিংলে; অহুনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি।

(খ) প্রজারক্ষাগী দণ্ড পী দণ্ডকংকম্ থোকৃপমীদা।
মচাগীদমক্ লুহোঙ্ডিঙ ধর্ম্ম কায়দে অর্থ-কামদা॥
(রঃ বং ১।১৫)

মসিদা—'প্রজারক্ষাগী'না অর্থ কংবা থিংলে; অহুগা 'মচাগীদমক্'-না কামভোগ থিংলে।

(গ) নাংকোঙ্গী লৈতেং নাম্ তাবা নাইন্না নত্তে।
খুংকী লৈতেং দান তৌবা খুজিনা নত্তে।

নাম তাবা—লৌশিন্বা অতুগা—দান তৌবা—খাদাকপা।

## ২০। রশনোপমা।

উপমেয়না উপমান মথং মথং ওইরবদি রশনোপমা অলঙ্কার ওই। মতুদি :—

(ক) মূর্ত্তি চানবা বৃদ্ধি লৈ বৃদ্ধি চানবা শাস্ত্র খন্ডিত।
শাস্ত্রনা য়াবা খো হৌই খৌ হৌব চানা পাঙখোক্ই।

[রঃ বং ১।১৫]

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| বৃদ্ধি | মূর্ত্তি |
| শাস্ত্র খণ্ডবা | বৃদ্ধি |
| খোহৌবা | শাস্ত্র খণ্ডবা |
| খো-পাংবা | খোহৌবা। |

(খ) মৈগুম্ উই অশাওব অঙাংব মিং মাগী।
মিং অতুগুম্ব য়েঙন্ু ঙাল্লি থাংমৈ য়ুম্সিদা।

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| অঙাংবমিং | মৈ |
| থাংমৈ | অঙাংবমিং। |

## ২১। উপমেয়োপমা।

অহাব বাক্যগী উপমান-উপমেয়না মথন্দী বাক্যদা ওন্-তৈননা

( হায়বদি উপমেয়-উপমান ) ওইরবদি উপমেয়োপমা ওই।
মহুদি :—

(ক) নঙ্গী ঈশৈ প্রভু ; বজ্রগুম্মি।
ব্রজ্র নহাকী ঈশৈ মতৌনি।

| উপমেয় | উপমান |
| --- | --- |
| ঈশৈ | ব্রজ্র—অহাম্ব বাক্য। |
| বজ্র | ঈশৈ—অনিশুব বাক্য। |

## ২২। উদাত্ত।

মীথোই-মীহেম্ব সম্পত্তিগী বর্ণনা অমসুং মহৎকী চরিতকী মরমদা চমৎকার বর্ণনাবু উদাত্ত অলঙ্কার কৌই। মাহুদি :—

(ক) ক্ষেত্রীশিংঙ্গী শগোন্দোলাই ক্রক্ ক্রক্ ইম্নরব,
মাগী সভা মাণ্ডপকী গুমাং অহু পুম্‌চোৎ
চোৎলি, সপ্তপর্ণ লৈনমম্ব মচুম্‌তনা
শামুশিঙ্গী, রাজাশিংনা খুদোল্ পীবিরকপ
[কিঃ আঃ ১।১৬]

মসিদা—দুর্য্যোধন মহারাজগী সম্পত্তি-ময়ামগী বর্ণনা তৌরি। অদুনা উদাত্ত অলঙ্কারনি।

## ২৩। উত্তর।

পাউথুম্ পীবগী কায়দাদগী রাহঙ্গী আন্দাজ লাক্‌পা মতাংদা উত্তর অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

করম্না লৈগনি শ্যাম, ঐহাকী ইয়ুমদা।

চৎখরে ইপুরোইবস্থ যমুনা মপান্দা ॥
নুপী ইথন্তা লৈরিদো ইকু-মিৎ তাভিভ, না পভিভ,
রারৌবিন্নু, লেংবিরো অতৈদা।
—পাউখুম্ অসিদা করি রাহংনো হায়বহু খঙলে।

## ২৪। পরিকর।

করিগুম অমা বর্ণন তৌবদা উদ্দেশ্য (object) অমা য়াওনা বিশেষণ হায়ববু পরিকর অলঙ্কার কৌই। (উক্তির্বিশেষণৈঃ সাভিপ্রায়ৈঃ পরিকরঃ স্মৃতঃ—সাঃদঃ) মহুদি :—

লৈব-পেম্ব-লৈরিক্-হুম্বা, শাম্মনমম্ব মুংশিৎনা
সেবা তৌরম্মী অনিবু বম্মরাম্ তপ্না হুম্হুমা ॥
[রবঃ ১৩৮]

মসিদা—'লৈব-পেম্ব' বিশেষণগী উদ্দেশ্য—অঙাংবা
'তপ্না হুম্ব' " " —অতম্না
'শাম্মনমম্ব' " " —মনমনুংশিবা

মুংশিৎকী বিশেষণ মখৈ উদ্দেশ্য উৎলি। অহুনা পরিকর অলঙ্কারনি।

মন্তব্য :—পীরিব খুদম্ অসিদা কবিনা মনুংহন্না থিব-লক্ষণ য়াওনা বর্ণন তৌরি। অহুনা স্বভাবোক্তিস্থ য়াওরে। অহুনা স্বভাবোক্তিগা সঙ্কর ওইরে।

## ২৫। যথা সংখ্য।

হান্না হায়খিব বিষয়গা মতুংদা হায়ব বিষয়গা মথং-মনাও নাইনা বিশেষণ অমদি করিগুম মঙংনা মরি থম্নবদি যথা সংখ্য অলঙ্কার ওই। মহুদি :—

(ক) নংনি ইন্দ্র, নংনি-চন্দ্র, নংনি বায়ু, নংনি সূর্য্য, নংনি অগ্নি অমসুং নংনি যম। হে ইংরাজ, য়েন্তঙ্ তোপ্ নঙ্গী বন্ড, ইন্‌কম্ টেক্স নঙ্গী কলঙ্ক (মাইহিং) রেলওয়ে নঙ্গী শাদোং, সমুদ্র নঙ্গী রাজ্য, নঙ্গী মঙাম্না ঐংখায়গী অজ্ঞানগী অমম্বা কোক্তল্লি; পোৎ পুম্নমক নঙ্গী চিঙ্গ্লাক্লি, ঐংখোয়গী প্রাণ-নাশকী পাওয়ার লৈ; বিশেষ ওইনা অফিসারশিঙ্গী, হে ইংরাজ ঐখোয়না নমাকপু প্রণাম্‌জরি। ( বঙ্কিমচন্দ্র )

(খ) বনাশঙ্গা ঈপাকনা মমিৎ-মায় খোইমু—
তেংবং সৈরাংশিংনা 'হুগা খম্বাল্‌শিংনা, মহৈ-
মহৈগী ফজবা য়েংলিমাল্লে ভগা-লুনা। (ভট্টি -২।৫)

মসিদা—'য়েংলিমাল্লে' উৎপ্রেক্ষা অদুগা বন অমসুং ঈপাক অনিগী বিশেষণ অমসুং ক্রিয়া মায়রে—তুল্যযোগিতা অদুগা 'খোইমু তেংবং-মমিৎ-মায়'—বিশেষণনা হায়রগী বিষয় বনগা মতুঙ্গী বিষয়—ঈপাক্কা মরি লৈরে; অদুনা যথা সংখ্য' নি। অহুম্‌সিনা তিন্থ সঙ্করনি। করিনা, বন অমসুং ঈপাক—জীব ওইনা লৌরে।

## ২৬। পরাবৃত্তি ( Chiasmus )

অমুক্ হল্লা হায়রবদা পদশিঙ্গী মথং মনাও ওনৈতনরবদি পরা-বৃত্তি অলঙ্কার ওই। মখুদি :—

(ক) নঙ্গী ঈশৈ বল্লনি।
বল্ল নঙ্গী ঈশৈনি।

(খ) কজবদি অচুম্বনি।
অচুম্বদি কজবনি।

## ২৭। অনুমান।

অতৈ অলঙ্কার অমগা তিন্নবদগী চমৎকার ওইনা কারন্দগী কার্য্য-জ্ঞান ওহনবদি অনুমান অলঙ্কার ওই। মতৌদিঃ—

কমুংগী কৃথদে মায়থকি কুশিন্দে
থারম্বগা মায়না লৈ।
অতৌ কোকী মোন্ কোক্কেব তিদাক্রা
মোংহন্দনা কায়দনা লৈ।
অনাইব পোথাকম্ ওইনব নিংথিব
থম্দে'সিদা করিমতা।
নাবিইরে মশম্দা কমুংবু কংবদা
খাদোক্লিংদে হেক্ মথন্তা॥ (স্বঃ বাঃ ৫'৪)

মসিদা—এানা 'অনাব-মীনা কমুংদা হিপ্তবগী মতৌ কৃপশিন্না য়েংহনা বর্ণনা তৌরি। অহনা স্বভাবোক্তিনি; অদগা 'কমুং কৃথদব নাচিংবা-কন্দগী মী হিপ্পম্দমাক্লে হায়বসি থতকে। অহনা অনুমান অলঙ্কাররনি।

## ২৮। ব্যাজোক্তি।

অরোম্ব বিষয় অমা থতনবব্দু ওইদব অমা চায়জিন্দুনা মহু লোৎপা মতাংদা ব্যাজোক্তি অলঙ্কাররনি।

তৌয়োক্ তৌব শরৎথাগুম্ লুংশিংনা হুব ভামিনি।
'কাশ লৈরাঙ্গী লৈরিক্লা ইপি শিন্থব মায়নিদো॥
(স্বঃ বাঃ ৪।৭)

মসিদা—রাজানা বাসবদত্তাগীদমক্ লুপ্তাইতহনা মমিত্তা মপি তাবহু পদ্মাবতীদা ওইদবা অমা 'লুংশিংনা হম্হনা কাশ-লৈরিক্

চন্ত্রবনা পি তাবনি।' হায়রুনা অরোম্ব রা অহু লোৎলি। অহুনা ব্যাজোক্তিনি। মসিদা কাব্যলিঙ্গসু য়াওয়ি। কাশ লৈরিকপু পি তাবগী ময়ম ওইনা লোরে। Verse অসি ভামহগী কাব্যালঙ্কার সূত্রবৃত্তিদা ব্যজোক্তিগী খুদম্ ওইনা quote ( উল্লেখ ) তৌই।

Dandin quotes instance of লেশালঙ্কার (কাব্যাদর্শ II, 267)

> "আনন্দাশ্রু প্রবৃত্তং মে কথং কণ্যকাম্।
> অক্ষিমে পুষ্পরজসা বাতোদ্ধুতেন দূষিতম্।"

## সঙ্কর অমসুং সংসৃষ্টি।

তিল ( থোইদিং ) অমসুং তণ্ডুল (চেং) য়াস্থিনরবস্থ তোঙান্ তোঙান্ খন্দোকপা য়ায়। ক্ষীর (বঙোম্) নীর (ঈশিং) য়াস্থিনরবদি তোঙানা খাইদোকপা যাদে। মওং অনিসিবু ন্যায় শাস্ত্রদা মথংশিৎনা 'তিল-তণ্ডুল-ন্যায়' অমসুং 'ক্ষীর-নীর ন্যায়' কৌনৈ।

অলঙ্কার অয়াম্বদা য়াস্থিনবা থেংনৈ।—য়াস্থিনবা অসি 'তিল-তণ্ডুল ন্যায়' নত্রগা 'ক্ষীরনীর-ন্যায়' মতুংইন্না ওই। অহাম্ব মওংদা তিন্নববু সংসৃষ্টি অমসুং অনিশুব মওংবু সঙ্কর কৌই।

সংসৃষ্টি—অলঙ্কার অমদগী হেন্না য়ামরবস্থ তোঙান্-তোঙান্ খাইদোক্তনা স্বাধীন ওইনা উৎপা য়ায়।

(ক) মিত্তাকবী মনাইশিংনা থোগম্লি চামম,
হাইহমদুনা থম্বো-পাম্বোম্ চন্দ্রমুখী হয়াও

হরাওনা। × × × (মে: বং ১১৪৮-৫০)

—মিত্তাকবী-মনাইশিংনা—অনুপ্রাস—ম—ম,
হাই-হুমৃহনা — " —হু—হু,
হরাও-হরাওনা — "—হরাও—হরাও।

—থম্বৌ পাম্বোম্, চন্দ্রমুখী—উপমা। শব্দ অলঙ্কার অহুম্ অহুগা অর্থালঙ্কার—অনি—অহুনা সংসৃষ্টিনি। অলঙ্কারশিং অমগামগা স্বাধীন্নি।

(খ) মতম্-মতুং-ইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্ন-হাৎপ-থম্বালগুম্ লাবানকী খাম্বীনা।
× × × × (স্বঃ বাঃ ৫।১)

অহাম্ব পরেংদা—ম—ম, ত—ত, হ—হ, ন্না—ন্না—অনুপ্রাস।

অনিশুর পরেংদা—ম্ব—ম্ব অনুপ্রাস ; না—না অন্ত্যানুপ্রাস।

অমস্তুং উন্ন-হাৎপ-থম্বালগুম্—উপমা ; অহুনা সংসৃষ্টি।

সঙ্কর—অলঙ্কারশিং খাইদোকপ-য়াদনা তিন্নবনি, ক্ষীর-নীর-ন্যায়গুম্বা। মহুদি :—

(ক) × × × ×
মশা চাকপিখিব ধর্ম্মচেম্বী-মতিকচাবী।
অবন্তিরাজ-কুমারীবু নিংশিংলক্লে ঐনা। (স্বঃ বাঃ ৫।১)

'অবন্তিরাজ কুমারীবু নিংশিংলক্লে'—মসিদা 'নিংশিংবা—কারণ য়াওদনা' ওইরক্লে। অহুনা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা নি। অহুগা অমম্বোম্নদা—'মশা চাকপিখিব' হায়ব—কারণ অসিগী নিংশিং-লোইদব-কার্য্য ( effect ) ওইগদোবনি, হায়বদি মাঙথবনিনা

নিংশিংবম্ থোক্তে। অতবু নিংশিংলকই ; অতুনা বিশেষোক্তিনি। অতুনা বিভাবনাগা বিশেষোক্তিগা সঙ্করনে। অতুনা অনুপ্রাস – ম—ম –ম, চ চ –চ, থ—থ—থ। অতুনা সঙ্করগা তিন্নবা সংসৃষ্টিসু ওইরে।

(খ) শব্দার্থগুম্ পক্‌শিন্নবা শব্দার্থ মুন্না খত্তনবা।
খুকয়জে হর-গৌরীদা জগৎ-পূস্থে মমা মপা।
( রঃ বং ১।১ )

মসিদা অনুপ্রাস, উপমা অমসুং কাব্যলিঙ্গ –অহুমগী সঙ্কর ওইরে। —উপমেয়—গৌরী, হর—উপমান মথংশিংনা শব্দ, অর্থ।

হর-গৌরী – শব্দার্থনি। হর –গৌরী –কারণা হর—গৌরীগী মশক্ শব্দার্থ (effect) ওইরে। অতুনা কাব্যলিঙ্গনি।

অনুপ্রাস—শব্দার্থ –শব্দার্থ, ন—ন—ন, থ—থ। র—র —র, জ—জ, গ—গ, ম—ম—ম, প—প।

(গ) সনা-লঙ্কাগী থবাল্-হুমিৎ তাখি অস্তাচলদা।
( মেঃ বঃ ৬।৬৬১)

মসিদা লঙ্কাগী থবাল্—রূপক, লঙ্কামক্ থবালনি। হুমিৎ তাবদা থবান্ থুত্রৈথে, অদুগুম্না মেঘনাদ শিবদা লঙ্কা রাবনা ফুম্বংনরে। মসিদা হুমিৎ অপ্রস্তুত (উপমান) মেঘনাদ প্রস্তুত (উপমেয়), অদু ওইরবদি—অপ্রস্তুত প্রসংসানা ? অদুগা হুমিৎ উপমানা মেঘনাদ উপমেয়বু উম্‌শিন্‌খয়ে ; অদু ওইরবদি অতিশয়োক্তিনা ? অদুনা সঙ্কর অলঙ্কারনি।

## মণিপুরীদা শিজিন্নরবা অখোইবু ইংরাজী অলঙ্কার থরগী থুদম।

১। ASYNDETON—তাইশিন্নব অব্যয় (conjunction) য়াওদবা।

(ক) × × সীতা-হুব-রাবন্না উরম্মী,
মতুদা সন্ত্রীরি রথ, রথী, শগোল্-শামু,
খোংমী ময়াম্। × × (মেঃ বঃ ১।২২২-২৪)

(খ) × × লমহুই সঙ্গ, হূই সঙ্গ, লাংজাশিং,
পিশাচশিং কয়া কয়া কোয়রি ইনিন্নিয়া।
(মেঃ বঃ ১।২৪৪-৪৫)

(গ) × × নীক্লক্লে লঙ্কা মিপাইনা; নীক্লক্লে
শামু-তোংব শামুথক্তা; রথীনা রথদা,
শগোল্তোংব শগোল্থক্তা, সিংহাসন্দা রাজা;
ইমুংদা মৌশিংনা, নীক্লে মহুম্দা উচেক্শিং;
গিরিগুহাদা নোংশানা; বন্দা বন্গী শামু।
( মেঃ বঃ ৩।১৭০-৭৪)

২। SIMILE

জাৎ তোঙাম্ব পোৎ অনি মাম্বা শেংনা তাক্পা। মসিদা ওম্না, দৌনা, মতোওম্—নচিংব রাহৈ য়াওই। মহুদিঃ—

(ক) উখোংনা য়ুম্ পুবদৌনা পণ্ডিত নেহরুনা কোঙ্গ্রেশ পুরম্মী। (খ) মহাক্ নোংশামুক্ কল্লি।

(গ) × × সনা লৈরাং পরেং
তাল্লিহুদা; কজখেদা; পীত-থড়া ওম্মী। (মেঃ বঃ ২।১৩০)

## ৩। METAPHOR

তোঙাম্ব পোৎ অমি মাম্নৈ হায়না কল্পনানা লৌবা অহুগা মাম্নব-রাহৈ য়াওনা শেংনা তাক্কবা।—মচদি :—

(ক) পণ্ডিত নেহরু কোঙ্গেশকী উখোংনি। (খ) নংদি পাঙ্গন্দা নোংশানি। (গ) 'হুদৈ কঙ্গনি নাথবু, বলী-মণি মানি। (বীঃ কাঃ ৬৷৮১) (ঘ) মেদিনী গৃহগী রমা—দ্রুপনন্দিনী।

(বীঃ কাঃ ৭৷৩৭)

## ৪। OXYMORON

বিরুদ্ধ ভাব (contrary idea) অমি মহৈ (effect) চেন্-গৎনবগী খত্রাংননা থমৃত্নুনা বাক্যদা শিজিন্নবা।

(ক) বিষয়গী মখাপোন্দবা বিদ্যা পুম্নমক্ হৈরবা।
ধর্ম্ম চেল্লব দিলীপ্পি হন্নুদনা হন্নুরবা। (রঃবং ১৷২৩)

(খ) আইন্ য়াওদব আইন্ চৎকয়োই।

## ৫। ANTITHESIS

কন্শিন্নবগীদমক্ (for Emphasis) ভাব অমনা অতৈ ভাব অমগী বিরুদ্ধদা শিজিন্নবা। অঙৌব অমুবগী মনাক্তা খন্নবদি হেন্না ঙৌরকই। অহিং অমম্বনা বিজুলী মঙান্ হেল্হল্লি। খুদম্ঃ—

(ক) ময়াম্ পুঙ্খিল্লগা চাওখৎপা খাইদোক্লগা লৈখাতাবা।

## ৬। 'EPIGRAM

রাঙাংদা বিরুদ্ধ মান্না উৎপদা ঙহাক্তং পাখৎহন্দুনা মন্নুংদা ফুম্নিব এক ওইব অর্থদা পুরিং চঙ্হন্ন—

(ক) য়েরুবদি ঐখোয়গী।
তেংবাংবনি ঐখোয়গী॥

(খ) মী-থল্লব পৃথ্বী অসি, হাইরে, হাই ঙসিদি,
ইচীক্ চীক্রে জনাদদি। (বীঃ কাঃ ১১'১১০-১১)

## ৭। CLIMAX (অনুলোম)

য়াহৈ নত্রগা য়াখল্—মথং মথং অম্পম্ হেন্‌গৎলক্‌না পুরিংদা পাম্বা ময়েক লাহম্বা।

তাজখে, য়াক্ষস্পতি, মেঘনাদ, সিংহনাদ,
সমুদ্র ঈরাওখোন্, ··· ··· ··· (মেঃবঃ১।১৫০-৫১)

মসিদা মখোন্-মেঘনাদ-দগী সিংহনাদ অদুদগী সমুদ্র-ঈরাও-খোম্না হেন্না উৎলি।

## ৮। ANTI-CLIMAX (বিলোম)

মসিদা য়াহৈ নত্রগা য়াখল মথং মথং হন্থরকৃপা climax গা ওন্নতৈনবা। মদুদিঃ—

হৌখিব আন্দোলন্দা শিখে নুপী-মিনাই।
করি হায়গনি শরাক্ হৈরব-হৌদোং কাওবা॥

## ৯। METONYMY.

পোৎ অমগী মমিং মরি লৈনব অতৈ পোৎ অমগী মমিংনা মতুং-শিন্না:—

১। অশাবনা মাগী পোৎকী, অদুগা মকম্না অথোকৃপ পোৎকী।

(ক) ঐদি বঙ্কিমগা স্কটকেলগা তম্বনা পাই।

২। খুৎলাই নত্রগা ইন্দ্রিয়না মপুগী—

(ক) থাঙদগী কলয়া কথা হেল্লি।

(খ) মহাকী মরৈ নাল্লি।

(৩) খুদম অমদি চিহ্ননা অতাক্প পোৎকী—

(ক) চহি তরামন্নিগী মতু'দা রাম্না সিংহাসন্দা কাখি।

৪। আধারনা (হাপ্‌ক্‌ম্-container) হাপ্লিব-পোৎকী (the contained)

(ক) × × × রাঙা চরণ'দু
কংনিংলিবনি বিশ্বনা, × × (মেঃ বঃ ২।৪১-৪২)

(খ) হন্দক্ ফুটবলদা মণিপুরনা নাওগাওবু থোইরে।

(গ) —তুম্নদরে লঙ্কা ওসি অহিং অথেং কাওবা—
[মেঃ বঃ ৪।৩৩৩ ৪]

## ১০। HYPALLAGE OR TRANSFERED EPITHET

বিশেষণ অমবু মাগী চপ্ চানব-রাহৈদগী মাগী মরি লৈনব অতৈ রাহৈ অমগী বিশেষণ ওইনা বাক্যদা শিজিন্নবদা অলঙ্কার [Figure] অসি ওই; মহুদি :—

(ক) × × × থুনা ওাল্লগনি
নঙ্গী অরাব-অহিংসে। × [মেঃ বঃ ৪।৬৫৩-৫৪]

(খ) পোথারন্নুসি অরাব লম্‌শাং লোইদৌরে।

## ১১। PERSONIFICATION.

থরাই-পান্দবা পোৎ অমসুং Abstract ভাবপু থরাই-পাম্বা

অমশুং জ্ঞান লৈবদৌনা হায়নববু Personification কৌই।

(ক) × × × × বিশ্রাম্ পীনবী
নিদ্রাদেবী মোংলদয়ে; নাথ, সনানাক্তা।

[মেঃ বঃ ৫।১৩-১৪]

(খ) × × × × তুম্বদয়ে লঙ্কা
ঙসি অহিং অথেং কাওবা, সেঙলি নিদ্রাদেবী
খোঙ. খুদিংদা × × [মেঃবঃ ৪ ৩৩৩-৩৫]

(গ) লেঙশিল্লক্লে নিশাদেবী, কুঙাইব লৈকোন্দা। [মেঃ বঃ৩।৭]

(ঘ) বিধুবু অমুক্ উবদা-হারাগা লোযননা
নোক্লক্লে সনা লঙ্কানা। অকৃব ঈশিংদা
চঙ্থনা, কৌমুদিনীনা অমুক্ ঈরুজয়ে
লুপা-হকচাং ; কুমুদিনী নোক্লক্লে হরাওনা।

[মেঃ বঃ ২।২৩-১৬]

মসিদা—সনা লঙ্কা, কৌমুদিনী (থাবল), কুমুদিনী (থরো) নোক্লক্লে, ঈরুজয়ে, হায়বদি মী অমগুম্না লৌয়ে।

## ১২। APOSTROPHE.

শিগ্রব, নত্রগা ইমাংদা লৈতব মীবু নত্রগা পোৎ নত্রগা রাখল অমবু মীওইনা লৌদুনা খঙ্হৌদনা অমদি তুলনা তৌবোইনা শন্না কৌববু Apostrophe অলঙ্কার কৌই। মদুদিঃ—

(ক) তারো নহাক্ বজ্রগুম্ব তম্.থব কোক্পক্তা,
হে লক্ষ্য। × × × [বোঃ কাঃ ৬ ১১৩ ১৪)

(খ) হা দযা ; করিগী, ইমা ! প প সংসারদা
মীগী থমোইদা নহ রা লৈবিরম্নিবনো !
[বীঃ কাঃ ৭।৫৮-৫৯]

(গ) × × কদায়, বারে নুংশিব মনোক্কো
চিন্বান্ অথুম্বদা নিাত ভাল্লম্ব, নুমিৎকী
মঙান্-মপৈগুম্না নঙ্গী তথাল-চিন্বান্ ভাম্ব
হা থম্বাল্ ও। × × × [মেঃ বঃ ৯।২৭৮ ৮১]

(ঘ) ঐনা ইবসি হুম্ব্রনা, হ' নু শিৎ নিংথৌও,
সনা চরন্দা থাদক। × × × [বীঃকাঃ ১।৬৯-৬৯]

## ১৩। HYPERBOLE OR EXAGGERATION.

হেক্স্রিনা হায়রনা বাক্য অমা emphasise তৌবা—

(ক) ঐ রাবনা শিরে।

(খ) য়েংখি য়েংখিবদা নংবুতা উরে,
ইবেম্মা! বিশ্বপূম্ব শিন্খরে।

## ১৪। IRONY [ বক্রাঘাত ]

হায়বনা অমা অথনা ওন্থৈনবা--হায়বদি ওন্নতৈননা থাগৎপ-রাহৈ হায়রনা কন্না অমুক্ হেন্না য়াক্রা থোক্হল্লি। মহুদিঃ—

চণ্ডালগী পদধূলি ব্রাহ্মণগী লাইৎক্কা ? (বীঃকাঃ ১১ ৯৬]

অনানা মপুরোইব নীলধ্বজদা হায়বনি—ব্রাহ্মণ হায়রনা থাগচিন্নরগা 'চণ্ডালগী পদধূলি' না নিন্দা উৎলে। মসি Irony নি। বক্তাগী নুঙাইতবহু চং-কংনা উত্তুনা শ্রোতাগী থম্মোইদা পালহল্লে।

## ১৫। CHIASMUS

রাহৈ নত্রগা বাক্যাংশ ওগ্নৈতেননা হন্না হায়বা বাক্য অমদা

(ক) নঙ্গী ঈশৈ বজ্রনি।
বজ্র নঙ্গী ঈশৈনি।

(খ) ফজবা অচুম্বনি, অচুম্বা ফজবনি।

## ১৬। ALLUSION

(ক) "রক্তবীজবু হাৎলগা হৌজিক্, বিধুমুখি,
লাক্রবোইনা কৈলাসদা ? য়াথ'বিরবাদ,
তু:গ'ত্তদি খুয়া-খাদ , পুন্সি চুপ্পা ঐদি
ননাইনি, চামুণ্ডে !" × × × [মেঃ বঃ ৩ ৫২৪-২৭]

প্রমীলাগী লানগী ফীজেৎ উবদা ইন্দ্রজিৎনা কুম্মৈ তৌহনা রাতা অসি হায়বনি। শুম্ভনিশুম্ভ–সেনাপতি রক্তবীজবু চামুণ্ডানা হাৎখি-হায়বা পুরাণগী ৱারী মতাংদু অসিদা তাক্লি।

(খ) বৈরী ভস্ম মহারথী পার্থ লাক্লনা ; যজ্ঞগী
শগোল্ লোয়নহুনা নারী দেশদা চঙবদা,
দেবদত্ত মোইবুং খোন্দা শাউহনা, হরাওনা
সাজিগুম্না বীরাঙ্গনা লান্-কুম্মৈ তৌনবা ;
চহূন্ কায়ে মাইগৈ মরি হুন্দুভি ধ্বনিনা ;
নুপী তেঙ্গোল্ বীর-মৎনা ঙাওহুনা থোরক্লে।
[মে ব: ৩'৮৬-৯০]

য়জ্ঞগী শগোন্ ফাহুনা অর্জ্জুন্‌গা লান্ তৌনবা নারী দেশগী প্রমীলামা লানুী সাজ তৌবগী প্রসঙ্গদু উৎলি।

## ১৭। SARCASM (পরীবাদ)

মসিদা থাগৎ-রাহৈনা নিন্দা তৌদনা হায়নিংব রাহ্ অঙকপ-মগুং অমদা হায, মহুনা করেম্নবা, তুকচবা অমদি নিন্দা তৌবা শে'না উৎলি। ওম্ন-তৈননা হায়হুনা য়াম্না তাথিনা চৈবা রা-ঙাংনি। মহুদি :—

(ক) নয়াম্বগী মতু তারা তারাগুম্বী শক্তা ;
মা-থাহুনা ক'রগীনে রথী সঙ্গ-রক্তা
'সিদা নং, কিষ্কিন্ধ্যানাথ ? থাদোক্লে, চচ্চ'রা
স্বদেশদা ! থোক্‌তন্‌গের মহাক্কী হন্না'মুক্
বিধবাদশা, অপচব ? মনাও-নিপা অচৈ
কনা লৈরি ? + + + ( মেঃ বঃ ৭।৬৮৩ ৮৮)

## ১৮। EUPHEMISM—মঞ্জুভাষণ

অকত্ব (অয়াকৃপ) রাবু মেঙ্‌না-থোৎনা হায়বা।

(ক) বীরটীকেন্দ্র শগাইথক্তা স্বর্গতি কংখি।

(খ) থল্লম্বনি, মেঘনাদ, উইশিন্‌গে থম্বদা
ইমিৎ অনিসে ঐহাক্না নঙ্গী নমাঙ্‌থানা ;
(মেঃবঃ ৯।৩৭৮-৭৯)

মসি—ঐহাক্না (রাবন্না) ইন্দ্রজিৎ শিবদা হায়বনি। মিৎ উইশিম্বা হায়বদি শিবা।

(গ) থল্লম্বনি, তিংচা'শিঙ্গী রাজ সিংহাসন্দা
পেল্‌হন্‌গে হমিৎসে, পারি, য়েংহনা নহাকপু,
ওইদা হিংচা-শিঙ্গী লক্ষ্মী হিংচা রাণী ওইনা
ইমৌবু ! বৃথারে আশা ! নৌবাম্নিবু ঙসি
কাল-য়াহিপ্তা উবদা, নহাম্মুক্‌ মহৈনা। [মেঃবঃ ৯।৩৮৩-
কাল-য়াহিপ্তা হায়বদি শিবা। ৮৭]

## ১৯। PLEONASM OR REDUNDANCY.

কঞ্জিন্নবগী (for Emphasis) অর্থ মান্নবা-ৱাহৈ কান্নদনা শিজিন্নবনি। মহুদি :—(ক) মহাক্ শিখরে কত্তব মীশিদা। (খ) করিগীনো, তুরুচব মীৎয়েং য়েংবিরিবা ঐতোন্দা?

## ২০। HYPERBATON OR INVERSION.

Emphasis ওইনবগী ব্যাকরণগী ৱাহৈ মথক্-মখা ওন্ননা হায়বনি। মহুদিঃ—লুপা-সনা লৈজদে ঐগী করিস্নু।

## ২১। LITOTE

য়াদবা (negative) খণ্ডনব-ৱাহৈ অতৈ ৱাহৈগী মমাঙ্দা শিজিন্নহনা অয়াবা (affirmative) কঞ্জিন্না হায়বা। মহুদি :—

(ক) মাবু বুদ্ধি লৈতবোই খন্গনু।

(খ) পুক্লিং চপ্নুংবগী মকমদা অসম্ভব করিস্নু লৈতে।

## ১২। PERIPHRASIS [Circumlocution]

অপাননা [directly] হায়দনা কোইনা [round-about or indirect way] করিগুম্ব খর হায়ববু Periphrasis কৌই। মহুদি :—

(ক) মতম্ অহুদা অমুকুং তুম্খিব মীহুদি, অমুক্ হোৌগগুরে।

সমাপ্ত।

ওঁ তৎ সৎ।

ওঁ শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

মহাও-মহাও-গ্রহ-থা খৃষ্টাব্দগী।

তেন্-তারিক্-নিংথৌকাবা-মিৎ-মুমিৎ থাগী॥

---

# সূচীপত্র

# অশন্মা-ময়েক

| | |
|---|---|
| রঘুবংশ অহাম্ব শ্লোক | রঃ বং ১।১ |
| " অনিশুবা " | রঃ বং ২।১ |
| মেঘনাদবধ-কাব্য সর্গ প৲রেং | মেঃ বঃ ১।১-২ |
| বীরাঙ্গনা কাব্য " " | বীঃ কাঃ ১।১-২ |
| মাধবী | মাঃ বীঃ |
| থাইনগী লৈরাং | থাঃ লৈঃ |
| লৈ-চরোং | লৈঃ চঃ |
| অঙাঙ্গী অনিশুব | অঃ অনিঃ |
| কিরাতার্জ্জুনীয়ম্ | কিঃ আঃ |
| মহাভারত | মহাঃ |
| রামায়ণ | রামাঃ |
| পৃথ্বীরাজ নাটক | পৃঃ নাঃ |
| স্বপ্নবাসবদত্তম্ | স্বঃ বাঃ |
| প্রতিমা-নাটকম্ | প্রঃ নাঃ |
| প্রতিজ্ঞা যৌগন্ধরায়ণম্ | প্রঃ যৌঃ |
| ভগবদ্গীতা | ভঃ গীঃ |
| সাহিত্য দর্পণ | সাঃ দঃ |
| অলঙ্কার কৌস্তুভ | অঃ কৌঃ |
| হিতোপদেশ | হিঃ উঃ |
| ভট্টিকাব্যম্ | ভঃ কাঃ |

## শরাবা চুমথোক্পা

| লামাই | পরেং | অবাম্বা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৫ | ২ | মযোম্মুক্ | ময়োম্মুক্ |
| ২৩ | ৮ | জলপাত | জলপতি |
| ২৩ | ১০ | খুৎলা গী | খুৎলাইগী |
| ২৪ | ২১ | শাবাব | শবি |
| ৩১ | ১৪ | থম্বা | থুম্বা |
| ৩১ | ২১ | হকচা | হক্চাং |
| ৩২ | ১৩ | পূর্ণচন্দ্র গুম্বা | পূর্ণচন্দ্র গুম্বা |
| ৫৪ | ১৫ | পূণমা | পূর্ণিমা |
| ৭৯ | ৪ | নম্বা | নম্বা |
| ৮৫ | ১০ | বিরোধাভাগ | বিরোধাভাস |
| ৮৫ | ১৮ | রাহুৎ | রাহৈ |
| ৮৮ | ১৯ | অমগমগা | অমগামগা |
| ৮৯ | ৬ | লপ্তুনবা | লূপ্তুনা |
| ৮৯ | ১৬ | অব স্বুরজ | অবাস্বুরাজ |
| ৯৩ | ২ | অস্বুরাশঙ্গী | অস্বুরশিঙ্গী |
| ১০২ | ১৯ | সাগরন | সাগরনি |
| ১০৬ | ৯ | কুকীত্তি | কুকীর্ত্তি |
| ১১৪ | ৮ | খুডা | খুডা |
| ১১৪ | ১৫ | উৎাল | উৎলি |
| ১১৪ | ২৪ | অকম্বী | অকম্বনা |
| ১১৭ | ১৩ | নরলোক্তা | নরলোক্তা |
| ১২১ | ১৪ | কুচু পাম্ব | কুচুপাম্ব |
| ১২৬ | ১৭ | য়াম্র স্থ | য়াম্রবস্থ |
| ১২৮ | ১২ | য়েম্থোক্লবনী | য়েম্থোক্লবগী |
| ১৪২ | ২ | প প | পাপ |
| ১৪২ | ৯ | মু শিৎ | মুংশিৎ |
| ১৪৪ | ১০ | থোক্হন্গের | থোক্হন্গেরা |

গ্রন্থকারগী অতৈ অতৈ লাইরিক ঃ—

রবি ঠাকুরগী নাটিকা—

১। মালিনী

মাইকেলগী নাটক ঃ—

২। পদ্মাবতী

৩। কৃষ্ণকুমারী।